# বাবাদা কৎচরিবা নবরত্ন

ডাঃ এল. গৌরগোপাল

শ্রীসত্য সাই বুক্স এণ্ড পব্লিকেসন্স ট্রষ্ট,
মণিপুর-৭৯৫ ০০১

ফোঙবা : কনভেনর, শ্রীসত্য সাই বুক্স এণ্ড পব্লিকেসন্স ট্রষ্ট,
মণিপুর-৭৯৫ ০০১
email: booktrustmanipur@gmail.com.



অহানবা খুৎনম : নভেম্বর, ২০০৯ ইং

কোপি মশিং : ১০০০

মমল : লুপা ৭৫/- (হুম্ফুতরা মঙা)



নম্ফম : সী টি ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল-১(মণিপুর)



ॐ

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী
চরণ থম্বাল খাদা কৎচরি।

# পল্লিসরগী ৱারোল

লেখক্না ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবাদা কৎচরিবা *'নবরত্ন'* অসি গ্রহ মাপনগী নূং মাপন্না লৈতেংবা খুদোপনি। হীরা, মণি, মুক্তা, সেফায়ার, টোপাজ, ইমরেল, রেদ-কোরেল, কেটস-আই, গো-মেদ। মাপলমক মমল লৈরবা নূং ঙাক্তনি। মগুণসু য়াম্না লৈ। নূংশিং'সি হকচাংদা থোংজবদা অকনবা ঈথিন পীনবগী মগুণ চেল্লি। মীওইবদা লাক্কদবা দষা-লাংফম পূম্বা কোকহনবা ঙম্মী থাজনরি। গ্রহগী দৃষ্টি পূম্বদগী ঙাকথোকই লৌনরি। মতৌ 'দুগুম্না, লাইরিক অসিদা আর্টিকল মাপল য়াওরি। আর্টিকল খুদিংমক মমল য়াম্লবা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। মমুৎ তানা নৈনরবদি তশেংনমক বাবাগী মঙাল ফংবিগনি। অশেংবা *'নবরত্ন'* গী মহৈ ফাওরক্কনি।

খৃষ্টাব্দ ২০০৬ কী শিবরাত্রি নুমিত্তগী খৃ: ২০০৯ গী শিবরাত্রি ফাওবগী তেনখ্রবা মতমসিদা লেখক্তা ফাওরকপা পুক্নিংগী ইথিল ময়ামদু মচাখায়না ইশিন্দুনা পুথোক্লকপনি। দর্শন শাস্ত্রগী ছাত্র ওইনা হৌরকপনা, বাবাগী লাইরিক মরাং কায়না ফংবনা, থোইদোক হেন্দোক্লসু পুক্নিংগী চপয়ুংনা থাজবা লৈবনা, মমল লৈরবা লাইরিকসি পুথোকপা ঙম্মকপনি। মতাংসিদা সাধু কবি পুরনদরদাসকী ৱাফম পনবা য়াই। "হে রাম! নংবু থাজবা বিভিষন্দদি নংসি ঈশ্বরনি; নংবু থাজদবা রাবন্দদি নহাকসি যমনি। মতৌদুগুম্না, কংসদদি কৃষ্ণসি অশিবনি; কংসগী মপা উগ্রসেন্দদি কৃষ্ণসি ভগবাননি।" তশেংনমক, 'থাজবা' হায়বসি আধ্যাত্মিক্কী লমদদি মমল য়াম্না ৱাংঙি।

বাবাগী লৈফম পুত্তপার্টীগী মরিকচুম্লবা বর্নণ্, বাবাগী দর্শণশাস্ত্রগী কুপথরবা তত্ত্ব ময়াম, বাবানা উৎপিরিবা ঙক্ল-ঙক্লবা মহিমা কয়া—মরিক চুম্না, মনুং হুঞ্জিন্না উৎলি, নৈনরি অইবনা লাইরিকসিদা। "কৌরিবা খোঞ্জেল অমা" কস্তুরিনা বাবাবু করিগী হায়রিবা? "কোয়না চৎলিবা চমম্লবা অমা" (peripatetic puzzle) বোরোনাউস্কিনা বাবাবু করিগী কৌরিবা? 'ইদ্যুকেয়ার' বু পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবা ঈশ্বরগী খুদোলনি করম্না হায়রিবা? পূম্নমকসিগী চপচাবা পাওখুম ফংবিগনি লাইরিকসিদা। ঋগবেদগী *"নেথি, নেথি, নেথি"* হায়বদুমক নিংশিংঙি। 'সিদা নত্তে, 'সিদা নত্তে, মসিদগী য়াম্না হেন্না য়াওরি লাইরিকসিদা।

লাইরিকসিগী মশাদা থোইদোকপা অমত্তং পনবা তারবদি, লেখক্কী ফোংদোকপা মফোংদোক অসিনি। পারু পারু খুদিংগী তোপ তোপ্পা মহাও অমা ফংবিগনি। ঙাংথোকপদা নুংঙাইবা ছন্দগী ঈপোম (rhythmic rhetoric) অমা মতম পূম্নমক্তা ফাওবিগনি।

জয় শ্রী সাই রাম।

কনভেনর

ইম্ফাল — শ্রীসত্য সাই বুক্স এন্দ পব্লিকেসন্স ট্রষ্ট,

তাং ২৩।১১।০৯ ইং — মণিপুর।

# অইবগী ৱাহৈ অমনিদং

*ওঁ সাই রাম!*

'সনাতন্ সারথি' দা হাপ্পবা আর্টিকল ইবা ঐহাক কীজে। 'রেসট্রিক্সন্' য়াম্না য়াওই। 'য়াই য়াদে' না পীক থল্লি। ইংলিসকী 'সনাতন সারথি'দগী খুবৈ অমফাওবা থৈদোকপা য়ারোই হায়। অদু ওইরবদি, ঐনা খনখি, অনুবাদতা খুৎ থারুবা কান্নররোই। ঐনা হোৎনজবা পূম্বা অরেম্বা তারনি। টোলসটোয়গী লোন্দাদা, "গালিচা ফীদাগী মনিংথংবা শরুক তাদুনা তোক্লনি।" ফজবা অরংবা উররোই; মনিংগী অমোৎপদমক উরগনি। অমরোমদা, ইটালিয়ানশিংগী পাউরৌনসু হায়রি—"ট্রান্সলেতরস আর ত্রেতরস।" *(ট্রাদুত্তোরি ট্রাদিতোরি)* তশেংনমক, লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি অরাইবা নত্তে। ফরগা, চাওরাক্লা মান্নবতনি। শোয়রগা, তাগদৌরিবনি মীহাৎপা। সাহিত্যগী বিশ্বাসঘাটক।

মরমদুনা, খৃ: ২০০৬ তগী হৌনা, চাউরবা সাইগী সাহিত্য পুক্কেদগী ফংজবা খরদং নৈনজরগা 'প্রবন্ধ' গী মওংদা ইথোকচরকপনি—ৱারেং খরদং। অমদগী খর, অমদগী খর লেংশিঞ্জবনি লৈ নাচোমগুম। সাই মন্দির কয়াদা 'দিসকোর্স' ওইনা সেবা তৌজখ্রে। মরক মরক্তা 'পোক্লফম' খবরদসু ফোংজখ্রে। বাবাগী গুণ্-গাণ্ মৈত্রবাক শিনবা থুংনা শন্দোকপদা মতেং-মতেং ওইনবা হোৎনজবনি। হৌজিক্তি, সাই ভক্ত কয়ানা তকশিল্লকপদগী অমসুং মণিপুরগী সাই পব্লিকেসন্স ট্রষ্ট লৈরকপদগী, লাইরিক ওইনা পুথোকচরকপনি। ফোংখ্রবশিং অদুতং মথং-মনাও নাইনা, ক্রোনোলোজিকেল্লি শেমজিন-শাজিঞ্জদুনা।

লাইরিকসিগী মশাদা অশোয়বা, অৱাৎপা কয়া য়াওরমলোয় হায়নিংঙাই লৈতে। পাবিরিবা ভক্ত'চাশিংনা ঙাকপিসি। শ্রী সত্য সাই বাবাগী মতিক-মগুণবু তোল্লবা ননাইনা করম্না মপুংফানা শীংথাবা ঙমগনি? খা-ভারতকী ফাওরবা কবি দি.আর. বেনদ্রেনা প্রকৃতিগা কবিগগী মরীদা হায়খিবা ৱাফম নিংশিংমিন্নসি। "মমানা মচাবু মথাদা চেজেৎ কোঔ্ঞে। ঙাইহাকসু লক্লদুনা শান্নজে। অদুগা নাওশুমদা মতোমতা থন্লম্মী। পিক্লিবা খুৎশাদুদা পলহৌবা সাড়ীগী লংলাদা য়েংদুনা, চোং-চোংদুনা শান্নদুনা লৈহৌই। অরাক অরাকপা মীওইদা লংলাদু উত্তুনা, শেংফাত্তবা লোন্দাদা 'মম্মা, মম্মা' কৌজে।" মতৌ অদুগুম্না, খোম্থাং শুদ্রিবা শেংফাত্তবা অঙাংগী খোঞ্জেলদুনি ঐঙোন্দগী থোক্লকলিবসি। খুৎশাদা পলহৌবা সাড়ীগী লংলাদুনি ঐনা উৎচরিবসি।

মপুং ফাদ্রবা লাইরিক মচাসিনা মণিপুরগী সাই প্রেমীশিংগী থম্মোইদা সাইগী মতিক-মঙালগী মশেক খরদংতা ওইরবসু ফংহনবা ঙম্লবদি, তোল্লবা ঐগী হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

ইম্ফাল

তাং ২৩।১১।০৯ ইং —ডা: এল. গৌরগোপাল

# য়াওফম তাকপা

১

# বাবা দর্শণগী অহানবা খোঙচৎ

*ওক্টোবর ৩১, ২০০৬ ইং*

মীওইবগী অহঙ্কার (ইগো) য়াম্না ৱাংঙি। 'ঐ মায়থীরে' কনামত্তনা হায়নীংদে। নম্নবদা মীনা মথক থংখ্রবসু, মখা থাবনা মথক থংবদা 'খঙবরা' হংনৈ হায়নরিবনি। মসি মীওইবগী অচৌবা অশোনবনি। অদুবু ঐদি য়াদবা ঙমদ্রে—পুক্সিদা অনীরক মায়থীখ্রে। অমনা, নহা ওইরিঙৈদা। ইমাগী মফমদা অমদি ঐজ্ঞা জাতিগী মফমদা। অতোপ্পা অমনা, অহল ওইরক্লবা কান্দা। ঐগী নুপীগী মফমদা অমদি সাই বাবাগী মফমদা।

ঐনা নহা ওইরিঙৈদা, একাদশী খুদিংগী নুমিদাংৱাই ঐখোয়দা ভাগবত পাঠ তৌরম্মী। মতাঙ অমদা, ঐজ্ঞা জাতিনা কদমগী মখোঙদা, ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিদা, চূড়ানা চেপ্লপ, মাঙদা ঙামঙাম তৌদুনা লেপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী অর্থ তরেৎ-তরা থোক্লা ফজনা বর্নন তৌরম্মী। ইমানা মমীৎতা মপি তানা কপ্লম্মী। ঐনা হায়খি—"করি খঙদুনা কপ্লিবনো?" মদুদা ঐজ্ঞা'দুনা হায়রকখি—"ইবুংঙো গোপাল! নঙদি খঙগে হোৎনবনি, নশাগী ওইজবা থিবনি। ইমাগীদি কৎথোকপনি। থম্মোয়দগী হৌরকপা পিরাং খরদং শ্রীহরিদা কৎচবনি।" ঐ মায়থীরে।

অতোপ্পা অমনা, অহল ওইরক্লবা কান্দা। হন্দক্তা খৃ. ২০০৬ তা। ঐগী লোয়নবীসি ঈশ্বরগী মফমদা মখায় য়াম্না য়াওজে। য়ূমগী লাই-তিনগী থবক্তা, হৌজিক্কানগী 'ইস্কোন' গী ঈশৈ-নোংমাইদা, ইনৌ নৌনা সাই বাবাগী ভজন্দা পুক্লীং লূপ্লী। ঙাঙলক্কনি হায়দুনা লোম্না কয়া চেঙ্গে; থবক্লি হায়জিন্নদুনা ভজন কয়া য়াওজে। মাগী চক্রিদগী খৃ. ২০০৬ কী শিবরাত্রি নংনবা পুত্তপার্টীদা চৎপগী খোঙচৎ য়াওরুই। থাজবগী চৎপা নত্তে, য়েংগে চৎলুবনি। খঙদুনা চৎপা নত্তে, খোঙবূ ফবগী কোয়রুবনি। অদুবু মফমদু য়ৌবদদি করিনো খঙদে—ঐহাক পূমঙক ঙকখ্রে। ইচম চম্বা লাই খুরুম্ফম ওইরমগদৌবোই নীংঙম্বনি, অদুবু অঙকপা ফূরা-দলাল ময়ামগী লাইফম ওইরম্মে। শূক্লবা 'তপবন' ওইরমগদৌবোই খল্লুবনি, অদুবু ফজখ্রবা 'স্বর্গ' হায়বদু ওইরম্মে। অমুকসু কার অঙৌবদা তোংদুনা লেঙথোক্লকপা বাবা—কলি যুগকী 'হিংলিবা লাই' তশেংনা ওইরম্মে। বাবাগী দর্শন হেক ফংনরকপদা সমুদ্রগুম পৈরিবা ভক্ত ময়ামদু মখূৎ লোন্ন-লোন্নদুনা মাগী মাগী অৱাবা পোৎলূম ময়াম থাদুনা হীক-হীক কপ্পদুনা খুরুম্নরকপদু উবদা ঐসু য়াওরম্মে। 'ইচাসিদদি মীওইবগী জ্ঞান পীনবিয়ু, বাবা!' নিজরম্মে। তশেংনমক, ঐ মায়থীরে—নুপীগী মফমদা অমদি বাবাগী মফমদা।

অন্ধ্র প্রদেশতা লৈবা প্রসান্তি নিয়লমদা শিবরাত্রি নংননবা সাই বাবা খুরুম্বা চৎচরুবনি। হায়নবা লৈ "শিবরাত্রি নুমিৎতা বাবাগী দর্শন ফংজবদি মহয় চাউই। ইবুংঙো মাগী হকচাংদগী 'লিঙ্গ' থোক্লকপা উবা ফংহৌবা মীদি মুক্তি ফংলে।" খোঙচৎ অদুগীদমক্তা, ফেব্রুৱারী ১৭ তা ইম্ফাল থাদোকপা —জেত এয়ার লাইন্সতা। গুৱাহাতিগী ময়ুর হোটেলদা লৈবা—নুপী, ইচাতোম্বা, ঐ। ইচাগী মঙ্গলগীদমক—মীওইবগী জ্ঞান হাপ্লিনবগীদমক। পঙলপ তৌবা (বোর্দর লাইন রিতার্দেসন) গী লায়না ফহন্নবগীদমক।

চৎকদবা নুমিৎকী মমাঙগী অহিং খাকপা লাউবা তৌদুন নোং হৈথবা। ঐনা বাবাবু ধ্যান তৌজদুনা হায়জবা; নত্তে শীঙনবা। "বাবানা অশেংবা লাই ওইরবদি চৎপসিদা নোং তাহনবিগনু।" থাজদনা চৎপা নুমিৎসি নোং হাংখি। প্লেন তোংবগী অৱাবসু অমত্তা লৈখিদে। তশেংনা খোঙচৎসি নুংঙাইখি। বাবানা ঐবু তশেংনা চিংশিনবরা খনবা হৌরকই।

তাং ১৯ গী অয়ুক পূং ৫.৩০ দা ত্রেন তোংবা। সাই বাবাদা কৎথোক্লবা রিতায়ার্দ ৱিং কমান্দর অকোইজম দেবেন্দ্রগী লীচিং মখাদা। পেসেঞ্জর ৭২ চনবা 'বোগী' অমা মণিপুরদগী লাকপা সাই প্রেমীশিংনা পীক থন্না রিজার্বতা চৎপা। অঙকপদি—ত্রেন তোংবগী অথূকপা, মিপাইবা, নুংঙাইতবা অমত্তা লৈতে। পোৎলুম থাংদোক-থাংজিন ফাওবা অমগা অমগা তেঙবাংনদুনা কুলিগী দরকার ফাওনদে। ছাত্র ওইরিঙৈদা, সার্ভিস তৌরিঙৈদা চৎখিবা খোঙচৎশিংগা পূমখেন খেন্নখি। অয়ূক্তা অমসুং নুমিদাংৱাইদা ঐখোয়গী কম্পার্তমেন্ত অদুদা চৎলিবা যাত্রিক তরামুক পূন্দুনা সাইগী ভজন নুমিৎ খূদিংগী শকখি। ঐদি হান্না বাবা নীংবসু নত্তে; ভজনসু অমুক্তা য়াওখিদ্রি। অদুবু ভক্ত নিপা-নুপী পূন্না বাবাগী ভজনগী ঈশৈ শক্লকপদুদদি ঐগী থম্মোয় পেৎথরকখি। লাইনি-লাই নত্তেগী ৱাখল মমি শাল্লকখি। ৱাখল অমসুং থম্মোয়গী লানফমদা থম্মোয়না জয় ওইরকখি। মপালগী ময়াঙ পেসেঞ্জর কয়াসু তারখি। য়াওরখি। লীরখি—বাবনা কৃপা পীবিখিবা কয়া। সাই ভজনগী অকনবা আকর্সননি।

ফেব্রুৱারী তাং ২১ গী নুমিদাং পূং ৭.৩০ দা বেঙ্গলোরদা থুংখি। অহীংদুমা বেঙ্গলোরদা পোৎথারগা তাং ২২ গী অয়ুক পূং ১১ দা বসনা পুত্তপার্টীগীদমক খোঙশাল্লি। নুংথিলদা পুত্তপার্টীদা বাবাগী আশ্রম 'প্রসান্তি নিলয়ম' দা থুংঙি। ম্নথোঙ হেক লানশীনবদা লৈবা শ্রীশ্রীগনেশ মন্দিরদা য়ুবী মপূম অমা কৎচদুনা খুরুম্মী। বাবা দর্শনগী লাকচরিবা অসি অপন-অরাক থোক্তনবা বর নিজবনি। অদুদগী *গেটকী* হেক ওন্ন-তৈনবদা লৈবা অহোঙবা হোটেল অমদা লৈশিল্লে। লাকমিন্নবা খোঙবূ ময়ামদি বাবাগী কেম্পস মনুংদা লৈবা সেদ ময়ামদা লৈনখ্রে।

তাং ২৩ গী অয়ূক্তা মরু ওইবা বাবাগী মফম খরা য়েংলুসি থোক্লকপা। ঐগী নুপীদি হান্ননা চৎলুরবনিনা মানা চিংদুনা চৎলি। প্রসান্তি মন্দিরগী নোংচুপলোমদা ম্যুজিয়ম চৎপা চীংলম্বীগী নাকন্দা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি। মদু অচম্বা উপাম্বী নত্তে। *ধ্যান বৃক্ষ* (মেদিতেসন ত্রী) হায়না খঙনৈ। নোংমা পূর্ণিমা নুমিৎতা (জুলাই ২৯, ১৯৫৯) ভগবান বাবানা মালংদগী পুথোকপা *বীর্য্য অক্ষর* (স্পিরিচুয়েল পোতেন্সী) হকপা কোরীগী শেম্পাক

অমনা মখা থারগা থাখিবা পাম্বীনি। পুক্লীং-হকচাং লৃপ্না মসিদা ধ্যান তৌজবদা নীংবা থুংঙি হায়নে। বুদ্ধদেবনা ধ্যান তৌদুনা *'নির্ব্বান'* ফংখিবা বোধ পাম্বী'দুগা চপ মান্নে—বাবানা তাকপিখি। অয়ূক অঙনবা অদুদা নিপা-নুপী ভক্ত খর তৃমিন তৃমিন ধ্যান তৌদুনা লৈহৌবসু উরকই।

মথংদা, *কল্প বৃক্ষ* য়েংঙুসি লাকই। বাবাগী মন্দিরদগী নোংপোকলোমদা কিলোমিতর মখায় অমরোম চৎলগা বাবানা অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নফম ওইরম্বা শেংলবা চিত্রাবতী তুরেল লৈ। অৱাং ভারতকী গঙ্গা যমুনাগুম ধর্ম্মগা মরী লৈনবা তুরেলনি। তুরেলদুগী নোংচুপ্তা লৈবা চীং অদুগী মথক্তা মঙ্গে পাম্বী অমা হৌরি। অঙাং ওইরিঙৈদা হায়রিবা মঙ্গে পাম্বী অসিদগী মমান্নবশিংনা চানীং-চানীংবা উহৈ সত্য নারায়ণ রাজু (বাবাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমিং)না হেক্তুনা পীজখি হায়। অপাম-অপাম্বা পী হায়দুনা পাম্বী অদুবু *'কল্প বৃক্ষ'* কৌই। পাম্বী অদুদা চিঠি ময়াম অপাম-অপাম্বা ইদুনা থেৎনরম্মী। ঐখোয়সু অঙাং ওইরিবী ইশূনুপী অহল 'গায়ত্রী' না ইরকপা 'I want to be a good girl' থাবা চিঠি অদু থেৎলম্মী। ইশূনুপীগী অপাম্বা থুংজনবগী আশাদা।

নুংথিলগী মতমদা বাবাগী কৃপা ফংলবা মণিপুরগী সাই প্রেমী ময়ামগী 'সার দেবেন' না লুচিংদুনা ঐখোয় ময়াম *'চৈতন্য জ্যোটি'* য়েংবা চৎলি। মন্দিরগী মখারোমদা কিলোমিতর অমরোম চৎলগা চৈতন্য জ্যোটিগী বিল্ডিং লৈ। ফুট ৭৫ ৱাংবা, লুপা করোর কুন চঙনা শাবা ফজখ্রবা বিল্ডিংনি। মমাঙদি চাইনীজ রুফকী মওংনি। মদুদা চঙবা নৃংগী উখোঙ অমসুং রুফ টাইল্স পূম্বা ম্যেনলেন্দ চাইনাদগী পুরকপনি হায়। বাবাগী চহী ৭৫ শুবগী সেলেব্রেসন নংনবা শাখিবনি। খৃ. ২০০০ গী নবেম্বর তাং ১৮ দা শঙ্গাখিবনি। কুৱাল লম্পুরদগী গো-শাই-তোং কৌবা মালয়সিয়া মচা অমনা আর্কিটেক্ট ওইদুনা শাখিবনি।

থোঙ্গাল মপান্দা নৃংনা শাবা ফুট মাপল ৱাংবা, নীংথিনা হক-খোৎলবা নোংশাগী মূর্ত্তি অনীনা চঙফমগী নাক-য়েৎতা লৈদুনা অরাকপা যাত্রিকশিংবু ওক্লি। মফমদুদা যাত্রিকশিংগী খোঙউপ লৌথোক্লে। মপালগী গেট হেক চঙলকপদা

ফজখ্রবা খূৎশেমগী ঈশিংচাইবী অনীনা লৈতেংঙি। ময়ায়দা ফুট ৯ চাউবা, মখোক্লা ফুট ২৭ ৱাংবা, মনা ১০৮ পানবা থম্বালগী মওংদা শাবা স্তুপা অমা ঈশিংনা নীক নীক লাউরবা পুখ্রী অমগী ময়ায়দা য়ুংলি। থম্বালদুদগী থোক্লকপা ঈশ্বরগী খূৎ অমগী খূদোম্বীনা 'ব্রহ্মাণ্ড' অসিগী মোদেল অমা পুরি। স্তুপা অসিগী মখাদগী মথক ফাওবদা পূন্না ৱাংঙিবসি ফুট ৩৬ নি হায়।

মনুংদা উৎলল্লিবশিং অদুসু অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তনি। কলি যুগকী অবতার ওইরবা শ্রীসত্য সাই বাবাগী তোঙান-তোঙানবা পাউজেল অমসুং পান্দমবু সাইন্তিফিক প্রেজেন্তেসন তৌদুনা ময়েক শেংনা উৎলিবা ম্যুজিয়মনি। খৃ. ১৯৭২ দা নাসাগী স্পেস সতলদগী পৃথিবীগী গ্রহদা য়েংঙকপদা উবা বাবাগী তঙাং-তঙাংবা মায়থোঙ। মপাল লমদগী পুরকপা স্পিসিয়েল সাউন্দ সিস্তেম শীজিন্নদুনা বাবাগী খোঞ্জেলমক্লা ঈশ্বরগী পাউজেল অরাক-অরাকপা মীপূম খূদিংদা তাহন্নবা ঈয়ার ফোন স্তেসন। বাবাগী লিঙ্গম পুথোকপা কয়া এল সি দি প্রোজেক্তর শীজিন্নদুনা মফম কয়াদা স্লাইত কাপ্পা। অসিদা নত্তনা, বাবাগী হৌখ্রবা অঙকপা থৌদোক ময়াম কা খূদিংদা স্ক্রন অপাকপা টেলিভিজন এতেচ তৌদুনা উৎপা। কা অমগা অমগা চীংনুংহূৎ শেম-শেমদুনা ফাওদোক্লহনবা। রাম, কৃষ্ণ, যীশু অমসুং দশ অবতারনচিংবা হৌখ্রবা ঈশ্বরগী শায়োন ময়ামগী লীলাসু কম্প্যুতর মখল মখলগী মতেঙনা উৎতুনা যুগ যুগ কয়াগী ম্যুজিয়ম (মিলেনিয়ম ম্যুজিয়ম) ওইরবা *চৈতন্য জ্যোতি* নি।

বিল্ডিং য়েংঙে ঙকই; মনুং য়েংঙে পৃঙক ঙকই। বাবামক্লা হায়বীখিবা "কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী অঙকপা" হায়বদু তশেংনা ওইরে।

য়েংবগী লোইবা নাইদ্রবা বাবাগী প্রসান্তিনি। অদুবু খোঙচৎ'সি অকক্ল বা মতমগী মনুংদা লাকপনিনা অককবা খরতমক য়েংলগা লোইশিল্লে। দাক্তরশিংনা ফহনবা ঙমদ্রবা অনাবা কয়াবু ফহনবা ঙল্লিবা সুপর স্পেসিয়েলিতি হোস্পিটালদি উরক্লে। বাবাগী কালেন্থাদা বাস ওইফম ওইরিবা হ্বাইত ফিল্ড (বৃন্দাবন) সু য়ৌবা ঙম্লক্লে। কে জিদগী পি জি ফাওবা লেম্না মহৈ তমহল্লিবা শ্রীসত্য সাই য়ুনিভর্সিটি লম্বীদগী উরকই; মনুংদা চঙদুনা য়েংলকপগী তাঞ্জাদি ফংলক্লে।

লাকমিন্নবা কাঙবুশিংদি বাবাগী দর্শন ফংলে হায়নরক্লে। ঐখোয়সু পুক্নীং ইরাঙ লাঙলক্লে। তাং ২৪ দদি ঐখোয়সু ঙন্তানা পূং ৪ দা হৌগৎতুনা ঈরু-মায়থজরগা মন্দির তন্নক্লে। পূং ৪.৪০ দা কাংশি ১২ রক য়েরকই। মন্দিরগী নাকলগী শূমাঙদা ময়াম কিউ লেংদুনা ফম্নবা হৌরকই। ইচানিপাগা ঐখোয় অনীসু য়াওশিল্লে। মমানা নুপীগী তোঙানবা পরেং লেংফমদা চৎখ্রে। পূং ৪.৫০ দা কাংশিং ৫ রক য়েরকই। পরেং অদুদগী তপ্না-তপ্না মন্দিরগী হোল—সাই কুলবন্ত হোল মনুংদা চঙশিন্নরকই। সেবাদলগী ভলন্তিয়ারশিংনা শীন-লাঙজি। পূং ৫ হেক তাবদা কাংশি অমুক য়েরকই। মনুংগী কাদা তিল্লিবা ভক্তশিংনা 'ঔমকার' ঈংনা তপ্না লাউনরকই। ২১ রক লাউরকই। আত্মাগা পরমাত্মাগা পূনশিন্নবগী মহামন্ত্রনি হায়। চীক্লবা অয়ূক্কী মালংগী ইপোমদা তাউদুনা পৃথি'পূম্বদা আধ্যাত্মিক্কী পাউজেল শন্দোকপা মাল্লি।

মথংদা, নুপী ভক্তশিংনা সংস্কৃত মরোলদা তাম্থা চানা বেদমন্ত্র ময়াম থীরকই। য়াকায়রোল শকপনি। বাবাবু ভক্ত'চা কয়ানা খৌরাংনা ঙাইরে হৌদোকপনি। 'সুপ্রভাটম' (the ceremonial wake up of the Lord) কৌই হায়। মদুগী মথংদা মন্দিরগী অকোয়বদা ভক্ত নুপী'চা কয়ানা নগর সংকীর্ত্তন শক্তুনা চৎলি। মদুগী হেক মথংদা নিপা ভক্তশিংনা নগর সংকীর্ত্তন শক্তুনা চৎপগী মখোল তায়। অদুদগীদি পৈরিবা ভক্ত ময়ামসি বাবা দর্শনগীদমক্তা ঙাইনরকই। চেক-মোক লাউনদে; তূমিন তূমিন ফম্লে। শান্তিশ্রীগী লোন্দাদা 'silent forest of heads' মাল্লি। কনাগুম্বনা লাঙলক্রবসু কনাগুম্বা অমনা 'সাই রাম' হায়রকপদা তূমিন লৈখি।

পূং ৯ তাবদা সেহনাই খোঞ্জেলনা মাঙ ওইননা, বাবা কার অঙৌবা অমদা তোংদুনা লেঙথোক্লকই। *'অভয় মুদ্রা'* দা খূৎ নাম্মা থাঙ্গৎতুনা ভক্ত ময়ামদা দর্শন পীবি। পূম্নমকপু ঙাকপী-শেনবিবগী মওংদা লেঙথোক্লকপা মাল্লি। জোন-জোন লাউবা অঙাঙবা ফীজোলনা লৈতেংলবা বাবাগী শকফম অদু "শান্তি, করুনা অমসুং প্রেমনা পূময়োম য়োম্বা মাল্লি।" (শান্তিশ্রী) অসুম্না ইহান হানবা বাবাগী দর্শনদি ফংজহৌরে। অদুবু ওনশীনবিরক্তুনা আশীর্বাদ পীবিবা হায়বদুদি ফংজরক্রে। ঐগী ভক্তি য়াৎপনা কৃপা ফংদবনি। বাবা দর্শন ফজনা ফংজনবগীদক্তা অমুক হন্না লাকচগে সংকল্প তৌজরকই।

অমুকসু নীংশিংলকই—১৯৭৮ দা ফিজিক্সকী প্রোফেসর ডা. ফ্রাঙ্ক বারোনাউস্কি (রাশিয়া) না *কির্লিয়ান কেমেরা* গী মতেঙনা বাবাগী সাইকোসোমেতিক পৱার অসি কুপ্না থিগৎখি। বাবাগী ঙাঙলৈনবা (rosy) 'ঔরা' অসি মীনুংশিগী মঙালনি; মায়কৈ মরিদা ফুট ৩০/ ৪০ শাংনা শন্দোকই—হায়খিবা লৈ। অদুনা মপাম্বোংগী আশীর্বাদ ফংদ্রবসু বাবাগী ঔরাদি ফংলে পেঙ্খি। মদুনা ওইরমাল্লে—ইচা দিনেশকুমার ঙাইহাক্তা লৈতানা ফম্মু য়াদবদু ঙসিদি শাংলবা মতম অসি চেক-মোক লাউদনা তুমিন্না ফম্মী। অয়ুক্কী পূং ৫ দগী ১০ ফাওবা শাংনা ফম্বগী অৱাবা করিমত্তা ফাওখিদে। ঐখোয় তুমিন্না ফম্মী। ঐখোয় ইটালিয়ান মচা অমগা থংননা অনীশুবা পরেংদা ফম্মিন্নবনি। ভজন ময়াম শক্লকপদা মানা ফজনা খুম্মকখি। ফোরেনর অমনা শক্লগা, ভারতবাসী ঐনা তুমিন্না লৈবদু ইকায়বা ফাওরকখি। ভজন অমুক্তা য়াওদ্রিবা ঐনা ইকায়খাঙদগী ভজন খুম্মকখি। খজিক্তংদি মরিং-মরাংবা ফাওই। অদুবু অদুম খুমখি। ইচানিপাসু মখূৎ অনী লোম্নদুনা খূকউ লৈতানা অদুম লৈখি। "Here life is a prayer... We are in a place apart from the world... a place half way to heaven." নীংশিংলকই আমেরিকান মিলিওনর ফ্রেদ স্নাইতনা হায়খিবা ৱাফম।

*ফেব্রুবারী ২৫ দদি ঐখোয় শোপিং সেন্তরদা চঙঙি।* বাবাগী কেম্পস মনুংদা ময়ায় ওইরপ চাউবা শোপিং সেন্তর অমা লৈ। লাক্লিবা যাত্রিকশিংদা হোঙনা হোঙনা পোৎ ফংহল্লি। ঐগীনা ফি-রোল খরা, নুপীগীনা কোল-লীক খরা, ইচাগীনা সুত কেশ অমা লৈরকই। অপাম্বা পোৎ খল্লগা, হ্বিল পানবা গাড়ীদা হাপ্লগা, কেস কাউন্তর মনাক্তা পুরক্লগা পৈশা থীবনি। ইন্তরনেশ্নেল স্তাইলনি।

নুংথিলদনা সাই লাইব্রেরীদা চঙলকই। বাবাগী মরমদা ইবা লাইরিক ঙাক্তনি। ভারতকী লোল অয়াম্বগী লাইরিক ফংঙি। মণিপুরীগীসু ঐখোয়না চৎপা কুমসিদগী য়াওহৌরে। ডা. জি ইবেমহল অমসুং ডা. এন সূর্য্যলাল শর্ম্মা অনীনা অনুবাদ তৌবা লাইরিক 'সাই বাবাগী অঙকপা—নুংশিরবা থৌজাল খরদং'। ঐসু বাবাগী মরমদা ইবা লাইরিক খর লৈজরকই।

তাং ২৬ শিবরাত্রি নুমিৎনি। হান্না তিনবদগী হেন্না মন্দিরগী মনুং-মপান্দা ভক্তনা পীক থল্লি। উখা খুদিং মাগী মাগী ফম্ফম শেম্নরম্মী। ইপা-ইচাসু মন্দির মনুংদা চঙবা ঙমহৌদ্রে। মন্দিরগী মপানগী অকোয়বদা কোয়চৎ চৎতুনা মরক্কী অহাঙবদা বাবাগী দর্শন ফংজনবা হোৎনদুনা লৈরম্মী। অসুম্না হৌখিদুনা নুমিদাং ওইশিল্লকখি। মীদি চীক্ল-চায়না ঙমদনা তিল্লে। বাবা মশা ঙমদ্রে, ঝা-ঝা লাউনরকখি। লিঙ্গ পুথোক্লমদাই খুদিংগী মশাগী টেম্পরেচর য়াম্না ঝাংখৎলি হায়; খাঙবা ঙমদবা অঝাবা চৈথেঙ ফাওই হায়। নুমিদাংদা কার তোংদুনা ঙাওদুনা কোয়চৎ চৎলকই। অঙকপদি চিনখ্রবা মীয়াম মরক্তুদা কার অদু কন্না কন্না থৌদুনা চৎলি—কনাসু শোকপা খোৎপা অমত্তা য়াওদে। মন্দির মনুংদা চঙবা ফংজহৌদ্রবা ভক্তশিংদা বাবানা দর্শন পীবিগে থৌরাঙবদুম মাল্লি। ঐখোয়সু মন্দিরগী মনীংদা বাবানা ঙাওদুনা কার তোংদুনা লাকপদা দর্শন ফংজহৌই।

মথংগী নুমিৎতদি *'প্রসাদম'* খুনবা নংনবা খরা ঙন্না মন্দির মনুংদা ইপা-ইচা চঙহৌরে। বাবা লেঙথোক্লক্লে। ভজন শক্লে। 'লিঙ্গম' পুথোক্লে—ঝা-ঝা লাউনরক্লে। মনীংদা ফম্বনিনা ঐদি শেংনা উহৌদ্রে। পূং ১১ রোম তাবদা *প্রসাদম* ফংলে। লোইরকপগী ক্রিক-ক্রিক ঈন্নবা মীয়াম মরক্তুদা ইপা-ইচাসু থোরক্লবা হোৎনরকই। আগাধদা তিনবা মীয়ামদু থোকফম গেৎ অমত্তদা থোক্লকপা হায়বসি অরায়বা থবক নৎলমদে। উচিন-নাচিন্না ঐদি লাম্থোক্লক্লে। হন্না য়েংবদা ইচানিপাদি উদ্রে। ঙাই লাক্লে, ঙাই লাক্লে। ঐহাক নুংশা থীবা হৌরক্লে। মীয়াম মরক্তুদা ঐ কদায়দা থিরুনি। মীমান্নবা ওইরগদি থোইনা ঝারুনীংঙাই লৈতবনি। অদুবু...। করিনো ঐনা তৌগদবা? ঐখোয়গা লোয়নরকপা ইশেননিপা করাম দোরেন থেংনদুনা, মানা কোয়চৎ চৎতুনা থিবিরে, ফংদ্রে। ঐখোয়গী লৈফম হোটেলদুদা য়েংবদসু লাক্লে হায়রে। মমাসু তাদুনা কোয়ঙাও ঙাওনা চেল্লে। ঐনা ময়ামগী খোঙউপ থম্ফম অদুগী ময়াদা খরা ঝাংখৎপা অমদা লেপ্তুনা লেঙদনা লৈরম্মী। মা লাকপরা য়েংঙম্মী। উপায় লৈত্রদুনা মীৎতগী পি শীন্থদুনা বাবাদা খুরুমজরকখি—"বাবা! নঙনা অশেংবা লাই ওইরবদি, ঐগী ইচা'দু মাঙহনবিগনু। ঐগী নাক্তা হলহনবিরকউকো। বাবাগী জাগাদদি কনাবুসু অঝা-অনা নংহন্দে

হায়বদাইনে।” পূংখায়মুক ঙাইরবা মতুংদা ঐখোয়না চৎকদবা মায়কৈগী ওন্ন-তৈনবদগী নোমহৌ-নোমহৌ তৌদুনা লাক্লে। ঐনা হরাওবা অমসুং কপ্লীংবা অনীনা পূন্না মাবু কৌরম্মী “দিনেশ! নঙদি কদায়দা চৎলুই?” “মখোয়গী’সি খূৎ হাম্ফম লৈতে। ঈশিং পীয়ু কনাসু য়াদে। খূৎ হাম্ফম থিরুবনি।” ঐ স্বায় লাউখি। মা ফংবসিদা হরাওবনা লুতোন কাখি। বাবাগী কৃপাসি উবদা কপসু কপ্লীংখি। খাম্বা য়াদনা মীৎতগী পি ঙাইহাক শীল্লুখি।

হল্লকপগী খোঙচৎনা হেন্না নুংঙাইখি। ফেব্রুৱারী তাং ২৭ তা আশ্রম থাদোক্লকই। নুংথিল পূং ১ দা বসনা বেঙ্গলোর তল্লকই। আমৃত হোটেলদা নুমিদাংৱাই পূং ৬ তা থুংঙি। মথংগী অয়ুক্তা বস অমা রিজার্ব তৌদুনা মহিশুর তল্লকই। মহিশুর কোনুং য়েংঙুই; বৃন্দাবন গার্দেন কোয়রুই। মহিশুর কোনুংগী ফজবা, বৃন্দাবন গার্দেনগী মৈ-ঈশিংগী কূম্মে ময়াম য়েংবদা মীৎ পেল্লি; অদুবু থোইনা ঙক্লুদে। লম্বীদা ‘মোদর্ন রত্নাকর’ হায়না খঙনবা স্বামী হলাগপ্পাগী আশ্রমদা চঙলুই। পুক্লীংদা থূক লাউবা ফাওই। হায়নৈ—মতম অমদা হূরানবা ওইরম্মী। ফোরেনর কয়াগী সুতকেস হূরাল্লগা চিত্রাবতী তুরেলগী ৱাংমদা লৈবা জঙ্গলদা লোৎতুনা লৈরম্মী। মমৈদা বাবানা থেমদুনা মমায় অহুম লোঙবা খূদোপ অমা পীবিদুনা, মদুদগী তারকপা অমৃতনা মাগী জীবিকা ওইহনখিবনি। মমা মপা লৈজদবা অঙাং ময়াম য়োক্তুনা অঙকপা বাবাগী ভক্ত ওইরকখিবনি।

ঐখোয় চৎলিবা পার্টিনা মদুদা লৈবা বাবাগী মন্দির অদুদা ভজন তরুক কৎলম্মী। দোনেসন বোক্সতা ঙমজ-ঙমজবা খরসু দান তৌনরম্মী। মহাক্না তূমিন্না ইচম চম্বা ফীজোলদা চৌক্রি অমদা ফমদুনা ঐখোয়গী ভজন তায়। ঐখোয়না হল্লমদাইদা, চৎলিবা যাত্রিকশিংগী মরক্তগী অমনা মখোঙ পায়দুনা খুরুমগে তৌবদা মানা য়াদে। বাবাগী ফোটোদা খুরুম্মু হায়। অদুবু মাগী মওং অদুদা ভক্তি কৎতবদি ইঙম ঙমদে। ঐখোয় খরনদি মঙোন্দা খুৎ লোন্নদুনা নমস্তে তৌই। থোক্লকপদা তাঙনা ফংলবা বিভুতি, অমৃত, প্রসাদী ফংহনবিরকই।

বেঙ্গলোরগী ঐখোয়গী লৈফমদা থুংবদা থেঙঙে। নুমিদাংগী পূং ১১ রোম তাথোকখ্রে। ঐগী নুপীনা হায়রকই—হৌজিক্তি বাবা দর্শনগী খোঙচৎসু

লোইশিল্লে। খোঙচৎ'সিগী মরমদা আর্টিকল অমত্তংদি থাগী চেফোঙ 'সনাতন সার্থি' দা হাপসি কন্না তকশীল্লকই। ঐনা ফাগি তৌই—জয়দেব কবিনা ইবা, পদ্মাবতীনা ঈশৈ শকপা। পদ্মাবতীনা শকপা, জয়দবনা ইবা। অসুম্না তৌরগা ফাওরবা *'গীতগোবিন্দ'* ওইখি। অদুনা ঐনা ইবা, নঙনা ঈশৈ শকপা তারেদনা। ঐগী নুপী লৈবাক্কী ঈশৈ শকপীদি নত্তে। অদুবু ইস্কোনগী মন্দিরদা তোয়না নাম শোঞ্জবীনি। থাজদনা মানা ঙংলকই গীতগোবিন্দগী ফাওরবা পদ খরা—*"স্মরগরল-খণ্ডনং, মম শিরসি মণ্ডনম, দেহি পদ-পল্লব মুদারম।"*

ঐনা হায় - অরোইবগী পদ'সি জয়দেব কবিনা খুৎ থাবা ঙমদ্রদুনা ঈরুজবা চৎখ্রিঙৈদা শ্রীহরি মশানা লেঙথরক্তুনা ইবিরম্বনি হায়। অদুনদি ঐখোয়সু ভগবান বাবাগী কৃপা অমত্তংদি ঙাইখিসি। থেঙঙে, তৃম্মসি।

ইথা থাজদনা মিনিট তরামঙারোমগী মতুংদা মেসেজ অমা লাকখি। অথেঙবদা লাকপা মেসেজ—নিপা অমগা নুপী অমগা কার্তুন পিকচর ওইনা য়েক্লগা মখাদা 'নুংঙাইরিবরা?' থাবা। ঐদি মোবাইল ফোন কয়া খুৎলোয়দবনি। মেসেজ রিসিপ তৌবসু হৈতবনি। ঙসিদি অমুক নম্মুবদা চোংথোক্লকপা। নুপীনা কনানো হায়দুনা ফোন নম্বর ইশিনবা। খঙনবা কনাগী ফোন নত্তে। নম্বরসু দিজিত তরাদগী হেল্লি। থারক্লিবসি কনানো হৌজিক ফাওবা চঙক্লরি।

মার্চ্চ তাং ১ গী নুংথিলদা বেঙ্গলোর থাদোক্তুনা গুৱাহাতি পাংলকই। পূং ৬৩ গী শাংলবা ত্রেনগী খোঙচৎ ৱাবদি লায়রদুনা হন্না হন্না চৎনীংবগী অপাম্বা পোকহল্লি। পূল্লগা বাবাগী ভজন শকপদুনা ওম্থোক্লা অঙকপা নুংঙাইবা পীরকই। অৱাবা পূম্বা কাউহল্লি। নীংশিলকই কোত অমা— *"Coming together is a beginning. Keeping together is progress. Praying together is success."*

মার্চ্চকী তাং ৪ গী নুংথিল পূং ২ দা গুৱাহাতি য়ৌরে। হান্ননা বুক তৌরম্বা ময়ুর হোটেলদা লৈরে। ময়ামদি সর্ফেস জর্নিদা হনখ্রে। ঐখোয় খরদি প্লেন্দা চৎনবা লৈহৌরে। টিকেট ফরক তান্নদুনা নুমিৎ নীনি-হুম্নি ফাইবা তারে। তান ফনা চারে খন্দুনা ঐনা লৈরকপা বাবাগী লাইরিকশিং অদু ৱাউরি-ৱাউরি

পাদুনা শান্নে। অহানবদা পায়খৎলুই জয় থোমাসনা ইবা লাইরিকশিং। আমেরিকাদা কুইনা লায়েংবদা ফবা ঙমদ্রবা, পোকপদগী লোয়নরকপা মখূ লেংবা য়াদবগী অনাবা, বাবাগী কৃপাদগী ফহনখ্রবদা—বাবাগী অশেংবা ভক্ত ওইখ্রবী লাইরিক ইবী কালিফোর্নিয়াগী জয় থোমাসনি। বাবানা তাকপীরকপা কেপসন মরিদা ইথোক্লকখি মথং-মথং লাইরিক মরি—*Life is a game; play it. Life is a challegne; face it. Life is a dream; realise it. Life is love; enjoy it.* পুম্নমক পুন্সিগী আদর্শ ঊৎপা লাইরিক ঙাক্তনি। মাগী পুন্সিনা বাবাগা থেংনরকপদগী ফংবা জ্ঞান (এক্সপরিয়েন্স) ময়ামদা যুম্ফম ওইদুনা ইবা লাইরিকশিংনি। পারুবদা (ক) পুন্সিগী অর্থ ময়েক শেংলকপগুম তৌই। (খ) বাবাগী দর্শন শাস্ত্রসু ময়েক লারকগুম তৌরকই। নুংশিবতনা তাশীন্দুনা শেম্বা বাবানি। *"Start the day with Love; Fill the day with Love; End the day with Love; That is the way to God."*

কালিফোর্নিয়া যুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর ডা. সম্যুয়েল সেন্দব্রিসনা হায়খিবা ৱাফম নীংশিংলকই ঃ *"With Love, Man is God."* নুংশিবা হেক য়াওবদা, মীসু লাই ওল্লকই। মসিনি বাবাগী ফিলোসোফী।

মথংদা পায়খৎলি হৱার্দ মুর্ফেতনা ইবা 'সাই বাবা - মেন ওফ মিরাকল্স।' পৃথিবগীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা বৃটিশ আর্মীদা থবক তৌরম্বা অস্ট্রেলিয়ান মচানি হৱার্দ মুর্ফেত। খৃ. ১৯৬৪ দা ভারত্তা লাক্লম্মী। নোংপোকলোমগী দর্শন শাস্ত্র অমদি যোগগী মরমদা খঙনীংবগী খৌরাংবা অমগা লোয়ননা লাকখি। মাদ্রাজগী আদ্যারদা লৈবা ইন্তরনেস্নেল হেদক্বার্তস ওফ দ থিওসোফিকেল সোসাইটিদা লৈদুনা ভারতকী অরিবা বেদ, পুরাণ, উপনিষদতা য়াওবা তত্ত্বজ্ঞান ময়াম নৈনখি। মতুংদা, হৌজিক্কী ভারত্তা আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল ফজনা চেনবা মী লৈরিববা থিবা হৌরকখি। শেংনা হায়রবদা, ভারত্তা 'লাই' হায়বসি লৈরিবরা খঙনীংলকখি। অৱাং ভারত থুংনা চৎলুরে। শেংলবা গঙ্গা তুরেল মশাংদা লৈবা আশ্রম কয়াদা থিরুরে। মুণি ঋষি কয়াগা ৱারী শানরুরে। হিমালয়গী চীক্লবা লোক্লুং কয়াদা সাধু সন্ন্যাসী কয়া থেংনরুরে। ঋষিকেশ য়ৌরুরে। কান্নফম খঙদ্রে। নীংবা কায়না আদ্যারদা অমুক হল্লক্লে।

লাইগী নোংদমদগী হোলিবুদকী আমেরিকান নিংঙোল গেরুৱা শেৎপী 'নির্মলানন্দ' (স্বামী সিবানন্দনা থোল্লম্বা) থেংনরে। পুত্তপার্টীদা মানা থেংনরকপা বাবাগী তৌবা ঙম্বা অঙকপা ৱারী ময়াম তারে। বাবা হৌজিক মাদ্রাজদা কোয়রক্লি; মদুদা মহাকসু য়াওরকপনি তাকপিরে। মাগা লোয়ননা লাক্কুনা বাবাগী পার্টিদা লোয়নরকপা আমেরিকান মচা বোব রেয়মর খঙনরে। সুইৎজরলেন্দ মচা গ্রেবিয়েল স্তেয়ারসু উনরে। মখোয়না বাবাগী অঙকপা থৌদোক ময়াম লীরম্মী। বাবাগী পুত্তপার্টীগী এদ্রেস হেক হংবগা বাবা লেঙলকপনা হান্দুনা ৱারী শানখিদ্রে। 'সোমদা বাবানা হেক লাকপগা মালংদা মখূৎ হাইরগা বাবাগী ফোটো য়াওবা আশ্রমগী এদ্রেস কার্দ অমা খূৎয়ায়দা চপ্লগা পুথোক্লকখি। "নঙনা ঐগী এদ্রেস পাম্মী হায়বদাই। মদু 'সিদা লৈরে। নঙগী ৱালেত্তা হাপচীল্লু।" পীরকখি। গেব্রিয়েলদা লোন্না হংখিবদনি। কনানসু তাহৌবা নত্তে। মাগী পুক্নীংগী অপাম্বদু করম্না খঙঙিবনো ঙকপা হৌরকখি।

খৃ. ১৯৬৬ কী শিবরাত্রি নুমিৎতা বাবাগী মচীন্দগী 'লিঙ্গম' পুথোকপা উরবা মতুংদা, নোংমা অখন্নবা মীওই খরদংগা পূন্না উনফম কাদা ফম্মিন্নরম্মী। বাবাগী মখূদাঙগী ফূরিৎ তাখৎলগা মুর্কেতকী মমীৎ মপাদা মখূৎ হাইরম্মী; অদুগা মালংদগী অরংবা খূদোপ অমা পুথোক্লম্মী। মন্দিরগী লাই ময়াম শান্নরিবা ধাতু মঙা (পঞ্চলোহা) না পূনবা খূদোপনি তাকপিরম্মী। অকোয়বদা লৈরিবা মীশিং অদুদা লাইবক কৎহল্লগা, অরোইবদা বাবানা মাগী খূৎয়ায়দা শিজিনবিরক্লম্মী। চপ চারম্মী। সনানা শাবা শির্দি বাবাগী মূর্ত্তিনা ময়ায়দা হক্লম্মী। মহাক পূমঙক ঙকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা কা অমদা মখোয় অনীতা উনরম্মী। অঙকপা মঙাল অমনা বাবাদগী থোক্লক্লগা মঙোন্দা চঙখিবগুম তৌই। খূদক্তুদগী খঙহৌদনা বাবাবু অশেংবা মমা-মপাগুম নুংশিবনা থূমহৎখি।

তশেংনমক ভারতকী লাই মহাক থেংনরে ফাওরম্মী। বাবাদদি ওইথোক্তবা হায়বসি লৈতে। ওইথোক্তবা কয়াবু ওইথোকহল্লি। মী মরক্তগী অথোয়ববু ভগবান নৎত্রবদি কনানি হায়গনি? ডা. কে এম মুন্সীনসু হায়খিবা লৈ— "উনরুরগা মঙোন্দগী থাপ্তোক্লীংদবা, নকশীন্ননীংবা ফাওহল্লিবা মহাক অদু অশেংবা লাইনি।"

অরোইবদা, পায়খৎলি  আর কে কারঞ্জিয়ানা ইবা লাইরিক অমা। কারঞ্জিয়া মোম্বাইদা ফোঙবা ফাওরবা 'BLITZ' খবরগী এদিতর-ইন-চীফনি। লাইরিক্তুদা ইরি- সত্য সাই বাবাগী তৌবা ঙন্মা মতীক-মগুণ অসি তাবদগী মপাল লমগী ইনভেষ্টিগেটিং টীম অমা লাকখি। নিয়ু য়োর্কতগী পেরা সাইকোলোজিস্ত অনী। আমেরিকান সোসাইটি ফোর সাইকিক রিসার্চগী দাইরেক্তর কার্লিস ওসিস অমসুং আইচলেন্দ য়ুনিভর্সিটিগী ডাক্তর হরাল্ডসন। ভারত্তা অনীরক লাকখি; বাবাগা কয়ারক হন্না উনখি। মখোয়না কন্ত্রোল এক্সপরিমেন্ত তৌগে হায়বদা বাবানা য়াখিদে। মাগী থোইদোকপা শক্তিশিংদি ধর্ম্মগী মরমগীদমক্তা শীজিন্নবনি হায়খি। চক্রি তৌনরিঙৈ মতাঙ অমদা খূত্নম তাশীল্লগা মখূৎ হাইদুনা বাবানা ময়ি অনি চৎপা সুগ্রীক (rudraksha) মরূ অমা পুথোক্লম্মী। নেপালদা ফংবা ধর্ম্মগী মরমগীদমক্তা সাধুশিংনা লুনা তৌজবা  উহৈ মখল অমনি। মদু খূবাম অনীনা চেৎনা পায়শিল্লগা বাবাগী স্বরনা কান্নম্মী। খুদক্তুদা সনানা শাবা ময়ায়দা অঙাঙবা রুবি হকপা ক্রোস ওন্থোক্লম্মী। বাবানা হরাল্ডসনদা মদু খূদোলপোৎ ওইনা পীরম্মী। মথংদা, বাবাগী ফোটো য়াওবা নূংনা হকপা সনাগী খূদোপ অমা ওসিসতা পীরম্মী। উনফম কাদা চঙবদা নূং অদু তাখিরম্মী। কোয়থি থিবদা ফংদ্রে। মমৈদা খূদোপ অদুদা বাবানা অহুল্লক কাম্বদা হান্নগী নূংদুমক য়াওরকখি। বাবাবু ঈশ্বরনি হায়বগী প্রমাণ তৌনবগী অমুক দরকার লৈত্রে খন্নখি। লাইনি লাই নত্তে হায়বসি এক্সপরিমেন্ত দরকার লৈত্রে, এক্সপরিয়েন্সনা খঙগদবনি য়ারম্মী। আমেরিকাগী কালিফোর্নিয়া য়ুনিভর্সিটিদা লৈবা পেরাসাইকোলোজী এসোসিয়েসনগী খৃ. ১৯৭৫ গী কনফরেন্সতা সাইন্তিষ্ট অনী অদুনা রিপোর্ট অদু পুথোকখি। ভারত্তা রিপোর্ট অদু BLITZ খবরগী আগষ্ট ২১, ১৯৭৬ কী চেফোঙদা ফোঙদোকখি।

বাবা লাই নত্তে, মানা তৌরিবা পূম্বসি মীত্রংনি হায়দুনা ভারত্তা কন্না য়েৎলল্লিবা অসি বেঙ্গলোর বিশ্ববিদ্যালয়গী হান্নগী ভি সি নরসিংহাইআ অমসুং মাগী কাঙবুনি। 'এম্পিরিকেল ইনভেষ্টিগেসন' নি হায়দুনা যোটাগুম্বা মশম ফাক্তুনা য়েংঙে, অশেংবা মশম ওইরম্মে। লীৎলিবা গাউন চেক তৌরে, অহোবা অমত্তা ফংখিদ্রে। বাবানা তৌরিবা পূম্বা ঈশ্বরগী মগুণনি, মীত্রংগী

চলাক নত্তে (Divine Grace; no Magic Trick) খঙহল্লম্মী। "সমুদ্রদগী মুক্তা ফংগে হায়রবদি লুনা লূপ্পা তাই। কংফাল ময়াগী অথেনবা ঈথক্তা চবৎ চবৎ চৎলগা, সমুদ্রদা মুক্তা লৈত্রে হায়বসি অরানবা ওইগনি।" বাবানা মখোয়দা তাকপিখি। পার্টি অসিদা য়াওরম্বা আর. কে. কারঞ্জিয়াসু খৃ. ১৯৭৬ কী সেপ্তেম্বর থাদা পূং অনী মখায় চুপ্পা বাবাগা ৱাহং পাউখুম চৎথনরবা মতুংদা মপুক্লীং ওনখি। হায়নৈ—"রুসি লাক্লম্মী, উনরম্মী, অদুগা শুমহৎখিরম্মী।" মপুক্লীংদা ফাওরকখি—বাবাদি 'সাইন্তিষ্ট ওব কন্সসনেস' নি। ইথোক্লকখি মাগী ফাওরবা লাইরিক—God lives in India.

মার্চ্চ ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎতা জেৎ ইয়ার লাইন্স তোংদুনা ইম্ফালদা থুংলে। দান ব্রাউনগী নোবেল 'দ দান ভিন্সি কোদ' কী ৱাথোক মণিপুরদা ৱা-ৱা লাউনরম্লে। যীশু খৃষ্ট লাই নত্তে মীনি। মেকদালিন মাগী লোয়নবীনি। রোমগী নিংথৌরেল কোন্সটেন্টাইননা ৩২৫ এ দিদা নৌনা ইথোকপা বাইবলদা মাবু ওক্তবীনি হায়জিনবনি। যীশু মী ওইনা উহন্দনবা, লাই ওইনা উহন্নবা হোৎনবনি। যীশু গী মতমদদি 'চিংনগনবা থোমাস' (Doubting Thomas) অমত্তনি। হৌজিক্তি লোইনমক 'চিংনগনবা থোমাস' ওইরক্লে। ঈশ্বরগী মরমদা মীশিং'সে ইচিং চিংনহল্লে।

শেংনা হায়রবদা, বিজ্ঞানগী যুগনিনা ঐখোয়সি sceptic য়াম্না ওই। থাজগন্দে। থোইদোক্লা ঈশ্বরগী মরমদা agnostic ওই। মীৎনা-খোঙনা উদ্রিমখৈ থাজদে। *White Miracles, Telepathy, Clairvoyance* নচিংবা মেতাফিজিক্সকী ওইরক্লিবা অনৌবা ফেনোমেনাদা ফাওবা চিংনবা মীৎয়েং থম্মী। মসিগী ৱাখল্লোন অসি হোংদোকপগী দরকার য়াম্না ওই। চিংনবনা হেঞ্জল্লক্লবদি মীওইবসি cynical ওইরক্কনি। কুনশুবা শতাব্দীদা 'লাই' শিরুরবসু, কুনমাথোইশুবা শতাব্দীদদি 'লাই' হিঙ্গৎলে। হৌজিক্তি সাইন্সতগী স্পিরিচুয়েলদা, ফিজিক্সতগী মেতাফিজিক্সলোমদা লাক্লবা মতমনি। ফিজিকেল সাইন্সনা পুথোকপা এস্ত্রোনোত্‌স, কোস্মোনোত্‌সতগী স্পিরিচুয়েল সাইন্সনা পুথোকপা আত্মানোত্‌সপুনা হেন্না পুক্লীং লূপ্নরক্লবা মতমনি। মতাঙ অসিদা ডা. ৱাই জে রাওগী এক্সপরিয়েন্স নীংশিংসি। ডা. রাও হায়দ্রবাদতা লৈবা ওস্মানিয়া য়ুনিভর্সিটিগী জিওলোজী দিপার্তমেন্তকী হেদ ওফ দিপার্তমেন্তনি।

পুত্তপাটীদা নূংনা লাই ওলহনখিবা মমীৎমক্লা উখ্রে। নোংমা বাবানা নূং (গ্রেনাইত) মচেৎ অমা খূনগৎলগা মনুংদা করি য়াওই হংখি। মিনরেল খরা য়াওই খুমখি। খরগা কূপ্না য়েংঙু হায়খি। মোলেকুল্স, এতোম্স, ইলেক্ট্রোন্স, প্রোতোন্স য়াওরি খূমখি। অমুকসু খরগা হেন্না কুপথনা য়েংঙু তাকপিখি। রাওনা খঙদ্রে হায়রে। অদুদগী বাবানা নূং অদু মখূৎতা পায়রগা স্বরনা কাম্লম্মী। খূদক্তা মুরলীনা চীনবান্দা থোংবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তি ওম্ব্রোকখ্রে। ইলেক্ট্রোন্স প্রোতোন্সকী ব্রাংমদা উদবা খূৎ (স্পিরিচুয়েল দাইমেনসন) অমা লৈরি - বাবানা তাকপিখি। বাবাগী বাইওগ্রাফী ইবা হৱার্দ মুর্ফেততা রাওনা হায়খি - তশেংনমক "বিজ্ঞান্না পীবদি অহানবা ব্রাহৈতনি, অরোইবা ব্রাহৈদি আধ্যাত্মিকী বৈজ্ঞানিকশিংগী খূৎতা লৈ।"

অদুনা ঐগীদমক্তদি পুক্নীংগী ফিরেপ লৌজরে - বাবাসি লাইরা নত্তবরা ঐ খঙদে। অদুবু ঙক্তবদি ঙমদে। খোঙচৎসি ঙক্লগদি হল্লকই। 'ঙকপা' হায়বা অসি খঙদবা অদু থেংনদুনা নুংঙাইবা ফাওবা ঙম্বা ওইনা ঐনা লৌজে। *"Wonder is to experience the unknown as pleasure."*

নুংঙাইবা ফাওহনখিবা বাবাগী ভজন য়ামখ্রে—তারক্লিবা, শোল্লক্লিবা। অদুবু কাউবা য়ারোইদৌবা থম্মোয়দা ঐগী ওইনা লৈহৌবদি অনীখক্তনি। অমনা, *"বাবা আজো মেরে কৃতন মে। অন্তরজামী দরশন দিখা জো। নৈয়া (হিনাও) হমারী পার লাগাজো। অন্তর জ্যোতি জলাজো সাই। জিবন জ্যোতি তুম হো সাই।"* তাবদা তশেংনা বাবানা ঐখোয়গী ইরক্তা লাক্কদবা মাল্লি। অতোপ্পা অমনা, *"হমনে অপনা সারা ঝুকা (ভক্তি) দিয়া। ভগবান তুমহারী চরনোংমেং। ভগবান তুমহারী চরনোংমেং...। হমহৈ সংসারকে হাথোংমেং। সংসার তুমহারী চরনোংমেং..."* ঐখোয়সে ভগবান্দা তশেংনমক কৎথোক্লবা মাল্লি।

## ২

# সাই বাবাগী পাউজেল অমসুং পান্দম

*ডিসেম্বর ১, ২০০৬ ইং*

**‘ত্বম-এব-অহম্’’ নহাকসি ঐনি হায়বনি। মতাঙ অসিদদি ভক্ত অদুনা অরৈবা পূম্বা অখাকপা লৈতনা ভগবান্দা কৎথোকই, মশামকসু য়াওনা। ‘ঐ’ অমসুং ‘ঐগী’ হায়বসিগী ব্রাখল লৈত্রে। থাক অসিদদি ভক্ত অমসুং ভগবান অমত্তা ওইখ্রে। রামায়ণদা হনুমান্তনা ভক্তিগী মতেঙনা অহুমশুবা থাক অসি য়ৌখি।**

কুমশিগী নবেম্বর কুনহুমদোই, য়াম্না মরু ওইবা নুমিৎ অমা ওইখি। কলি যুগকী অবতারনি হায়নরিবা বাবাগী মরিফুমাথোই শুরকপগী ‘জন্মদিন দিবস পালন’ পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা পাঙথোক্লখি। প্রসান্তি নিলয়মদদি ভারতকী রাস্ত্রপতি অব্দুল কলাম য়াওনা পাঙথোকখি। অন্ধ্র প্রদেশকী পুত্তপার্টীদা বাবানা ভুমিষ্ট ওইরমদাই অমসুং ওইরকপগী মতমদা থোকখিবা উপদ্রবশিং অদু থোইদোকপা নুমিৎ’সিদা নৌহৌনা নীংশিংনরকখি।

মমা ইবেম্মা ওইরক্কদৌরিবী ঈশ্বরম্মানা নোংমা নুমিদাংব্রাই গুহাদা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। নীংথিজরবা লৈচীন মতূম মানবা শংবান্নবা মঙাল

অমা উরম্মী। মঙাল অদু তপ্ন-তপ্না ওনশীল্লক্তুনা, খরা খরা পীকশিল্লক্লবা মতুংদা ঈশ্বরম্মাগী খোয়জীখাদা চঙখিরম্মী। নুমিৎ অদুদগী ঈশ্বরম্মা মথ্বায় পঙনুংদা নুংঙাইখি। মমঙ-মহাদসু লাইয়াম্না অথেনপোৎ থিল্লকপা, মখূৎ লোন্ন-লোন্নদুনা খুরুম্বা পঙউদা উখি।

খঙহৌদনা থা শুজিনখিরম্মী। খৃষ্টব্দ ১৯২৬ কী নবেম্বর তাং ২৩, লৈবাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক পূং ৫ মিনিট ৬ চৎপদা, জগৎকী মবুংঙো মীওইপোক্তা খোঙদারকখি। খূদক অদুমক্তদা মন্দির মতোন্দা লৈবা কাংশি মখোল থোক্লকখি। ফক্লাংদা য়ানবা মৃদঙ্গ (পূং), তানপুরা, মন্দিলা মতোমতা য়ৈরকখি। পোকপদা ফিনা কূপ্পুনা থম্বা অঙাং অদু লেঙমল্লি হায়দুনা হাইদোক্লনা য়েংলুবদা চাউরবা খারৌ অমনা য়েত্তুনা লৈরম্মী। মায়োক্লবীশিংনা 'লিন-লিন' হায়না লাউনরকপদা ইখঙ খঙহৌদনা মাঙখিরম্মী। ফৈদী কোন্দুনা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংদুগী ফমুং ওইনা লৈরম্মিবসি, অখঙ-অহৈশিংনা হায় - বৈকুন্ঠদা শ্রীবিষ্ণুগী শৈজা ওইনা লৈবা 'আদি-শেশা' হায়বা আনন্ত অদুনি। ঈশ্বরগী অবতারনি উৎপনি। অতোপ্পা অঙকপা অমনা, অঙাংদুগী খ্‌য়াদা শঙ্খ-চক্রনা লৈতেংলম্মী, অমদি মখূৎ মচা অনী অদুনা মমায়দা নানবা খূদিং বিভূটি থোক্লক্লম্মী। মবেনপোক্লা শ্রীসত্য নারায়ণবু পূজা তৌজরগা ফংজবনি হায়দুনা ইবুংঙোগী মমিং সত্য নারায়ণ রাজু থোনখি।

অসুম্না অঙকপা ওইনা থোরক্লবা যুগ অসিগী অবতারনি। বাবানি। মহাক্না খঙদবা লৈতে। য়ৌদবা লৈতে। ঙমদবসু লৈতে। ওইথোক্তবা হায়বসি ভগবান অসিদা য়াওদে। খূদম অমত্তং লৌখৎচরি।

**বাবাগী মহিমাগী খূদম ঃ**

জয় থোমাসনা ইবা *'Life is a Challenge, Face it.'* হায়বা লাইরিক অদুগী তরুকশুবা পন্দুপতা ইরি ঃ পোকপদগী মখূ লেঙবা য়াদবগী অনাবা ফহনখ্রবী, কালিফোর্নিয়াগী জয় থোমাস অমসুং মপুরোইবা রায়দা বাবানা ফজখ্রবা সনানা শাবা গনেশ মূর্ত্তি অমা খূদোলপোৎ ওইনা পীবিরকখি। অনাবা পূম্বা ফহনবা-ঙম্বা, অপন-অরাক পূম্বা কোহনবা ঙম্বা 'গনপতি' নি তাকপিখি। মাদ্রাজদগী কালিফোর্নিয়া ফাওবা বাজারগী বেগ অমদা হাপ্লগা

জয় থোমাসকী মণক্তা য়াব্দুনা চৎলু তাকপিরকখি। প্লেন মনুংদা ইনফ্লাইত মুভি য়েঙলম্মী। মমাঙদা ফম্বা অঙাং অনীনা ঙাইহাক লৈতনা হৌগৎ-ফমথা শান্নদুনা দিস্তর্ব তৌরম্মী। লীলা খরা নুংঙাইরকপা কান্দদি, অঙাং অনী অদু পূরা হৌগৎলকপদগী নুংঙাইতবা ফাওরক্লম্মী। ফাগি ওইনা গনেশ য়াওবা বেগ অদু খূৎনা থাঙ্গৎতুনা "ইবুংঙো গনেশ, নহাক্ল করিনো অমত্তুংদি তৌবিয়ু" নিজরম্মী। অঙাং অনী অদু লেপ্পদা মখোঙ চোকথরবরা করিনো খঙদে, অমুক হৌগৎলকখিদ্রে, সিত্তা অদুম তাশীন্দুনা লৈখ্রে। রায়গা জয়গা য়েংনরম্মী; কো ইন্সিদেন্সলা খন্নরম্মী। অঙকপা বাবাগী অঙকপা দয়ানি।

মাদ্রাজদগী কালিফোর্নিয়াগী খোঙচৎতা 'মাউই' হায়বা মফম অদুদা মতম খরা পল্লম্মী। মাউইদগী লোস এঞ্জেল্স পাইরমদাইদা মখোয় অনীগী লগেজশিং অদু অতোপ্পা এয়র লাইন্দগী য়ৌরক্তি, নুমিৎ নীনিগী মতুংদা মথংগী ফ্লাইত্তা য়াওরক্কনি হায়রক্লে। উপায় লৈত্রদুনা বেগেজ তেগ নম্বর, মমিং মথা, লৈফম অমসুং ফোন নম্বর পীরম্লগা প্লেন কাখৎলে। ষ্টেবার্দ অমা লাক্লগা মখোয়গী লগেজদি য়াওদ্রে, প্লেনদি পাইরনি তাকপিরখি। উপায় লৈত্রবনিনা জয় থোমাসনা "পূন্নমক্লা হোৎনবা য়াবা হোৎনবিরে, হৌজিক্তি নহাক্কী খূৎতা লৈরে, হে ঈশ্বর" হায়না নিজরদুনা মূর্ত্তি অদু পায়দুনা খুরুম্মম্মী। মীওইবনা ষাবগী পন্দোম লোম্লবদি ঈশ্বরদা চঙজরকই। রাশিয়াগী দোষ্টোয়েবস্কিনা ইবা 'ব্রদর্স করামাজোব' কী ইভান হায়বা নাস্তিক ফাওবা অব্রাবা তাবদা ঈশ্বরদা চঙজখি। মীকূপ অমগী মনুংদা কন্ট্রোল-রুমদগী কেপ্তেন্না প্লেন খরা থেঙথরনি লাওথোক্লকখি। মিনিট তরারোমগী মতুংদা 'প্লেন তেক-ওফ' তৌরনি অমুক লাউরক্লে। ষ্টেবার্দ অদু হাথু হাথু লাক্লুনা মিস্তর থোমাস! মিস্তর থোমস! নখোয়গী পোৎতু য়াওরে - তাকপিরকখি। রায়গা জয়গা ঙকচান্নদুনা য়েংনরম্মী। মসিবু তান চানরুবা হায়বদুরা নৎত্রগা ঈশ্বরগী অঙকপা থৌশীল্লা খন্নখি। প্লেন্দু ঙাইহাক থেঙথহন্দুনা, মখোয়গী পোৎতু য়ৌহল্লক্লগা বেগেজ কম্পার্তমেন্তরা হাপচীনখিবনি।

অহানবা পাবদদি মসি ফাগি মাল্লম্মী। অসুক পীকপা থৌদোকশিংদা বাবা পুশিল্লকপসি করিগীনো খঙ্গখি। ওভর-কনফিদেন্স নত্তবরা! অদুবু ঐ লাল্লম্লে। পূন্নমকসি থাজবগী ষানি। ধর্ম্ম হায়বসি থাজবদুনি। ঐখোয়সি

ইবুংঙো মাগী পক্ষদা উংইবনি। ঐখোয়না মাগী মনুংদা লৈ। মহাক্না ঐখোয়গী মনুংদা লৈ। লোইনমক খঙবিরিবনি, উবিরিবনি, শীনবিরিবনি। (*Omnipresent, Omniscient, Omnipotent.*) থৌদোক্তা মচা অচৌ খায়দনা, মতম পূম্নমক্তা বাবাদা চঙজবা তাই। *"ত্বব এব অহম্"* ঐদি নহাক্কীনি হায়বা স্বভাব লৈবা তাই। থম্মোয় শেংনা হায়জবদা তাবীদবা ঈশ্বর লৈরোই। "ইনাইশিংগী অৱা-অনা ঐনা পুরিবনি।" (যোগাক্ষেমম্ বহাম্যেহম্) ভগবান্না গীতাদা লাউরি। বাবানসু তোয়না তাকপিরি—"খোঙথাং অমত্তং নংনা ঐঙোন্দা থাংজিল্লকউ, খোঙথাঙ চাম্মা ঐনা নঙোল্লোমদা থাংজিল্লক্কনি।"

অদুবু মীওইবদি মশাগী লন-থুম, মিংচৎ অমসুং ফমথোন ফংনবগীদমক অমদি অৱা-অনা কোক্লবগীদমক্তা ঈশ্বরদা চঙজৈ। ভগবান ফংনবগীদমক ভগবান্দা চঙজবদি য়ামদে। কদাচিৎনি। "খূৎতগী পোৎশিং'দুতা মপাম্মী, পোৎ পীরিবা খূৎতুদি পাম্মুদে।" মসিদি অরানবনি। মতম পূম্নমক্তা, মফম পূম্নমক্তা, পূম্নমক্কী হৌফম মরু সর্ব্বশ্বরদা চঙজবা তাবনি।

**চঙজবা (শরনাগতি) হায়বসি করিনো?**

ঐখোয়না খঙনরিবা ফাওরবা গীতা-শ্রীমদ্ভাগবত গীতা হায়রিবসি আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী পূক্কৈনি। দর্শনশাস্ত্রগী মরীদা ইবা খ্বাইদগী লিরবা ভারতকী 'বেদ মরি' - ঋগ, সাম, যজু, অথর্ব্ব, মরু ওইনা, মখোয়'দুদা য়াওরিবা 'উপনিষদ মাপন' অমসুং পরাসর মুণিগী মচানিপা ব্যাসদেবনা লেংবিরম্বনি হায়রিবা 'পুরাণ তরানিপান' গী সরাংসনি। চিশিল্লকপা মচিনি। শনবীদগী শুমথরকপা শঙ্গোমনি। ভগবান্না ভক্ত অশেংবা আর্জ্জুন অমসুং সুধীজনশিংবু মশা-মউ ফহন্নবা পীবা আধ্যাত্মিক জ্ঞাননি।' সিগুন্নবা গীতাগী অনীশুবা তাক্কী তরেৎশুবা শ্লোক্তা ঈশ্বরদা চঙজবা (শরনাগতি) গী মরমদা য়াম্না কূপ্না নৈনরি। শরনাগতি মখল অহুম শুই ঃ (ক) *ত্বৈবেহম্,* (খ) *মমৈবত্বম্* অমসুং (গ) *ত্বমেবহম্।* খূদিংমক অসি মথং-মথং কাখৎলক্কিবা সীড়ী পরেংগী থাক অমমমগুম্বনি। অরোইবা অদুনা খ্বাইদগী ইৱাং ৱাংবা থাক্কি।

অহানবগী *"ত্বব-এব-অহম্"* ঐসি নহাক্কীনি হায়বনি। থাক অসিদদি ঈশ্বর মপূংফানা নীং তম্লি। ভক্ত অদুদি মপূংফানা পুল্লে। মসিদি হৌদোং মপী

মচাগী মতৌগা অমহানি। মপী অদুনা নীংঙক-নীংঙকপগী মতুং ইন্না মচা অদুবু কোয়চেন চেল্লি। কায়দা অসিদি মীপূম খুদিংমক্না লায়না লাম্বা ফংঙি। অনীশুবা থাক অদুদি, "*মম-এব-ত্বম্*" নহাকসি ঐহাক্কীনি হায়বনি। মসিদদি মপু অদু মনীং তমদ্রে। ভক্ত অদুনা ইবুংঙো মহাকপু পুল্লে। ভক্ত সুরদাস ফীবম মতা অসিগী চপচাবী খুদম্নি। "ঐনা কোঞ্জরিবা পাম্বোম অসিদগী, হে কৃষ্ণ! নহাক নাম্থোকখিবদি য়াই, অদুবু ঐগী থম্মোয়দগী নহাক নাম্থোকপদি ঙম্লোই।" অসুম্না ভক্ত অদুনা ভগবানবু পুল্লি। অহুমশুবা থাক, "*ত্বম-এব-অহম্*" নহাকসি ঐনি হায়বনি। মতাঙ অসিদদি ভক্ত অদুনা অরৈবা পূম্বা অখাকপা লৈতনা ভগবান্দা কৎথোকই, মশামকসু য়াওনা। 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বসিগী ৱাখল লৈত্রে। থাক অসিদদি ভক্ত অমসুং ভগবান অমত্তা ওইখ্রে। রামায়ণদা হনুমান্তনা ভক্তিগী মতেঙনা অহুমশুবা থাক অসি য়ৌখি। মসিনি *অদ্বৈত শরনাগতি* হায়বসি। মণিপুরগীসু শীঙ লাইওইবীনা গোবিন্দদা তিনখি। উন্না ঈশিং ওনখিবা, তুরেলগী ঈশিংনা সমুদ্রদা তিনখিবা, কায়রবা চফুগী অহাঙবনা অহাঙবদা তিনখিবা—আত্মানা পরমাত্মাদা তিনখিবা, 'ঐনা ঐ' ওনবা—অদ্বৈত বেদান্তগী মুক্তি হায়বদুনি।

## মুক্তি (অদ্বৈত শরনাগতি) ফংনবা লম্বীদি করিনো?

দ্বাপুর যুগতা ভগবান কৃষ্ণনা মুক্তি ফংনবা লম্বী অহুম তাকপিরম্মী। ভক্তি যোগ, কর্ম্ম যোগ অমসুং জ্ঞান যোগ। অদুবু বাবাদি তশেংনমক প্রাক্তিকেল ফিলোসোফরনি। বেদ পুরাণদা য়াওরিবা অরুবা দর্শন শাস্ত্রশিংবু লায়থোকহন্দুনা মীচম ময়াম্না খঙনবা, অমদি লায়না পাঙথোকপা ঙম্নবা হোৎনরি। লম্বী অহুম অসিসু কলি যুগকী মীচম ময়াম্না পাঙথোকপদা ৱারনি খনবীদুনা খরা লায়রপ তৌবা মওংদা ওন্থোকপিরি।

*ভক্তি মার্গ* অসি 'নামস্মরন' ওইনা ওন্থোকই। ঔমকারনা হৌরগা ঔম শান্তিনা লোইশিনবা। হৌখিবা অবতার ময়ামগী মমিং ভক্তিগা লোয়ননা তোয়না তোয়না শোঞ্জবা।

*কর্ম্ম মার্গ* অসি 'কম্যুনিতি সার্বিস' ওইনা ওন্থোকই। স্বামীগী লোন্দাদা মানব সেবা হায়বসি মাধব সেবানি। নর সেবা হায়বসি নারায়ণ

সেবানি। মীবু সেবা তৌবা হায়বসি ঈশ্বরবু সেবা তৌবনি। সেবাদলদা য়াওদুনা বাবাগী মন্দিরদা লেঙলক্লিবা ভক্ত'চা কয়াবু সেবা তৌরিবা অসি নিষ্কাম কর্ম্মনি। কর্ম্ম মার্গনি।

*জ্ঞান মার্গ* অসিনা 'বিবেক শক্তি' শীজিন্নবদা ওম্থোক্লে। জ্ঞান্না কৎথোকপগী লম্বীদা ওনশীল্লকপবু জ্ঞান যোগ কৌই। হকচাংনা ব্রাইখূনি। পুক্নীংনা শোজেনি। শো অদু পৃথিবী (*আদিভৌতিক*) লোমদা লৈশীল্লবদি মী অদু বন্দী ওইরে। অব্রা-নুংঙাই, পোকপা-শিবগী চক্রদা লৈবা তাই। অমরোমদা, শো অদুনা ঈশ্বরলোমদা (*আদিদৈবিক*) লৈথোক্লবদি মীদু নীংতম্মী। অঙাওবা য়োংগী পুক্নীং অদু ব্রাংখৎহনবা ঙমগনি। বাবাগী পাউজেলদি মীওইবগী হকচাংবু বন্দী ওইবদগী নীংতমহনবনি।

হেন্না শমজীনবা উপায় অমসু তাকপিরিঃ

সত্য সাই স্পিক্স, ভোল্যুম ২৮ গী পন্দুপ ৩০ দা বাবানা মনাইশিংগীদমক অমুকসু অশম্বা লম্বী তাকপিরি।

BABA হায়বা ব্রাহে অসি য়াম্না মেজিকেল ওইবা ব্রাহৈনি। ফ্রান্সকী নেপোলিয়ন পৃথিবী দ্বিগবিজয় তৌগে হোৎনরম্বা নিপানি। মাগী শক্তি ময়ামসি কবম্না ফংলিবনো হংবদা মানা খুমখি—'LUCK'. 'L+U+C+K' মসিদা য়াওরিবা ময়েক মরি . অসি বাবাদা য়াওরিবা ময়েক মরি B+A+B+A গা চপ মান্নে। Baba হায়বদি Luck হায়বনি। লাইবক ফবা পীবনি।

অমুকসু SAI হায়বা বাবাগী মিংথোল অসিদা লাইনীং লম্বী লোইনমক য়াওরে তাকপিরি।

'S' না খঙনৈ Service, হায়বদি কর্ম্মযোগ।

'A' না খঙনৈ Adoration, হায়বদি ভক্তিযোগ।

'I' না খঙনৈ Illumination, হায়বদি জ্ঞানযোগ।

অসুম্না SAI হায়বসি সাধনাগী ত্রিসুল ওইবা মওং অদুনি। Work, Worship, Wisdom লোইনা য়াওরবনি। ব্রানা হোৎনরুদ্রবসু 'SAI BABA' দা নীংজবদা অরান খুভম ফংলগনি—বাবানা তাকপীরি।

## করিগী বাবানা অশন্বা লম্বী পীরিবনো?

বাবাদি মশানা মশাবু কৌজে—*'লোকনাথ'*—মীওইবগী মপু। বৈকুণ্ঠনাথ নত্তে। তোঙান্না লৈবা পামদবা। মীয়ামগা পুন্না লৈমিন্নবা পাম্বা। আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপা মীপুম খূদিংদা পীনিংঙি। খোঙথাঙ খূদিং মীওইববু লমজীংঙি।

শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী মরিশুবা আধ্যায়দা ইরিবা "সম্ভবামি যুগে যুগে" গী মহুৎতা *"সম্ভবামি পদে পদে"* হায়রিবনি। যুগ যুগকী অবতার তৌবা নত্তে। খোঙথাঙ খোঙথাঙ খূদিংগী অবতার তৌবী। হৌজিক্কী অবতারদি, বাবাগী মোত্তা, অতিয়াদা পাইরিবা এরোপ্লেনগুম্বনি। দরকার ওইরকপদা প্লেন অদু তাথরক্কনি। লমমাঙনরবশিংবু লম্বী লমতাক্লমগনি। পূণ্য চেনবশিংবু পুখৎখিগনি। বাবাগী খোঙচৎতি কূম্মকপনি—কাখৎহন্নবগীদমক পূণ্য চেনবশিংবু।

### অচুম-অরান নৈনবাঃ

তশেংনমক, বাবাগী ব্রাখলসি কলি যুগকীদমক চানরবা ব্রাখলনি। ত্রেতা যুগতা রামনা রাবণবু হাৎলি। দ্বাপুর যুগতা কৃষ্ণনা কংসবু লানবী। কলি যুগতা বাবানা রুসিবু পুক্লীং ওলহল্লি। কংস অমত্তা ওইরবদি, রাবণ অমত্তা ওইরবদি লায়বা। হৌজিক্তি লোইনমক নৎত্রবসু অয়াম্বা কংস, রাবণ ঙাক্তা ঙায়রবনিনা লোইনমক লানবীরবদি জগৎকী খোঙথাং লেপকদৌরি। অদুনা বাবাগী অনৌবা টেক্নিক্তি ফত্তবদগী অফবদা চিংশিনবা। পুক্লীং ওলহনবনি। ফত্তবা উশা থাদোকপনি। লৌগী নাপী হাবেঙবগুম্বনি। ভাগবত গীতাগী—*"বিনাশায়া চা দুষ্কৃটম"* ফত্তবা মীবু মাঙহনবা হায়বদু নত্তে। *"বিকর্ষান্যায় চা দুষ্কৃটম"* নি। মীদুদা য়াওরিবা ফত্তবদু শেমদোকপনি। তশেংনমক, বাবানা পাল্লিবসি লৈশৌ চারবা পাম্বী অদু য়াম্নুবা নত্তে। হীদাক কাপ্নুনা পাম্বী অদু মশা-মরেঙ ফগৎহনবনি। আধ্যাত্মিক্কী লমদা চাওখৎহনবনি। মসিনি বাবাগী পাউজেল। বাবাগী ধর্ম্মতত্ত্ব।

### বাবাগী পান্দমদি করিনো? অরোইবা মীত্রং করিনো?

চহী য়াম্লকপগী মতীক সত্য সাই বাবাগী লীলা ময়ামসি মরোল য়াম্লক্লে। চহী তরেৎ চূপ্না বাবাগা শম্নরক্লবা শ্রীভেনকতেশ্ব শাস্ত্রিনা 'তপোবনম্'

হায়বা বাবাগী মরমদা ইবা মরীক চূন্নবা লাইরিক অমদি ফোঙবিরে। ভাগবত গীতাগুম পন্দুপ ১৮ থোক্না খায়দোকই। বাবাগা শোক্লবা (স্পর্ষন), উনবা (দর্শন), ৱারী শানবা (শম্বাসন) অমসুং তাজবা (শ্রবনম) শাংনা তৌরকপগী মতীক লাইরিক অসি অশেংবা 'সত্য সাইগী সৎচরিত্র' হায়বদু ওইরে। শগোলশেলদগী হৌরগা য়ুমশকৈশা ফাওবগী মনুংদা লোয়নবা পাঠ তৌগদবা অশেংবা গ্রন্থনি। বাল্মীকি মুণিগুম্বা অমত্তং লৈরম্লবদি নহান্না পৃথিবীদা রামায়ণগুম্বা মহাপুরাণ অমা পুথোক্লম্লগদবনি।

হান্নন 'ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস' কী এদিতর ওইরম্বা, হৌজিক্না মুম্বাইদা ফোঙবা 'ভবন জর্নেল' গী এদিতর ওইরিবা ভি এন নরায়নমনা ইবা "দি অলতিমেত সাই মীরাকল" হায়বা আর্টিকল অদুদা বাবাগী পুন্সিবু মরোল তরেৎ থোক্না খায়দোক্কুনা উৎলি।

অহানবা তাঙ্কক, মতীক-মপা চাদনা হৈ-শিংলবা খুঙ্গংগী অঙাং সত্য নরায়ণ রাজুবু 'সত্য সাই' হায়না খঙনরকপা। চানীং-চানীংবা উহৈ মঙ্গে পাম্বী অমদগী হেক্কুনা খুঙ্গংগী মমান্নবশিংদা পীজরকপা।

অনীশুবা তাঙ্কক, মখূৎতনা হাইরগা মালংদগী বিভূটি পুথোক্কুনা অরুবা অনাবা কয়া লায়না ফহন্দুনা খা ভারত্তা সাইগী মতীক-মগুণ শন্দোক্লকপা।

অহুমশুবা তাঙ্কক, শিরুরবা মীওই কয়া হিঙ্গৎহনবগী পাউনা ভারত শীনবা থুংনা শন্দোক্লক্কুনা বাবাবু 'অহীংবা লাই' ওইনা লৌনরকপা; প্রসান্তি নিলয়মদা শোইনাইরবা কয়াগীসু তীর্থস্থান ওল্লকপা।

মরিশুবা তাঙ্কক, ভারত্তা নত্তনা ভারতকী মপান লমদা ফাওবা মখূৎতা হাইরগা হীরা য়াওবা খূদোপ, ঈশ্বরগী মূর্ত্তি, মঙ্গলসুত্র পুথোকপগী অঙকপা পাউ পাক-শন্না শন্দোক্লকপা। সাই সেন্তর কয়া লিংখৎনরকপা।

মঙাশুবা তাঙ্কক, সাইগী নুংশিবা অমসুং সেবাগী পাউজেলদা য়ূম্ফম ওইবা *মানব অভ্যুদেয় শিক্ষন* লিংখৎলকপা। বিজ্ঞানগা আধ্যাত্মিক্কা পূন্না চৎমিন্নবা। পূম্নমকপু নুংশিবা, কনাবুসু তাথীদবা, মীওইবগী সেবাদা লূপ্পা হায়বা ফীরালগী মখাদা মীওই পূম্নবু পূনশিন্নবা হোৎনবনি।

তরুকশুবা তাঙ্কক, 'সবর্বদেবতা স্বরূপ' ওইবা মওংদা উৎপিদুনা ধর্ম্ম পূম্নমক্কী মীওই পূম্নমকপু মচীন-মনাওগুম খন্নহল্লকপা। হেন্না ফবা খৃষ্টিয়ান, হেন্না ফবা ইস্লাম, হেন্না ফবা হিন্দু ওইহন্নবা হোৎনরকপা ধর্ম্মগী বিপ্লবনি। অপীকপা ধর্ম্মগী ৱাংমদা অন্তর্জাতিগী ওইবা ধর্ম্ম অমা শাগৎনবা হোৎনবনি।

তরেৎশুবা তাঙ্কক, চহী মরিফু হেল্লক্লবসিদদি মপাম্থোংগী ওইবা লমদা ভক্তশিংগা শম্নবা তপ্না তপ্না হন্থরক্লে। মীত্রং তৌবা, মেসেজ থাবা, কোলিং কার্দ পীবা হায়বসি ভক্তশিংবু য়ারিমখৈ চিংশিন্নবা হোৎনবনি। হৌজিক্তি মীওই অমমমগী অপাম্বা ফংহনবগী অমসুং অৱাবা কোকহনবগী মহুৎতা পৃথিবীগী ওইবা মওংদা খনবা হৌরক্লে। মেক্রো কোস্মিক পর্পজ (macro cosmic purpose) পাঙথোকপরোমদা মায় ওনশীল্লক্লে। মসি উপায় লৈত্রবা, লৈতাফম খঙদ্রবা পৃথিবীগী মীয়ামদা অচৌবা আশা অমা পীবনি।

তশেংনমক, পুত্তপার্টী হায়বসি বাবানা শাগৎচবা ফিদম্নীংঙাই ওইবা পৃথিবীগী অপীকপা মওংনি। (a microcosm within the macrocosm) অৱাং-অপা লৈতে পুত্তপার্টীদা। মপাম্থোংদা, শিক্ষাগী, সমাজগী অমসুং হকশেলগী খুজিন থৌরাং (educare, sociocare, medicare) শুনা লৈরে। নুংগী ওইবদা, নুংশিবা, শান্তি, তোরোৎ-খোইদানবা (Love, Peace, Harmony) লোইনা লৈরে। সাইগী অরোইবা মীত্রংসু অসিগুম্বা পুত্তপার্টী অমা ওম্থোকপনি পৃথিবী অসি। চরাংনরবা পৃথিবী অসি ওম্থোকনীংবনি শান্তি ওইবা পৃথিবী। পুত্তপার্টী। প্রসান্তি।

# কৌরিবা খোঞ্জেল অমা

(অনীরকশুবা ওইনা চৎলুবা বাবাদর্শনদগী ফংজরকপা মশেক-মশান খরা)

মে ৭, ২০০৭ ইং

অফবা লাইরিক পাবগী পেনবা নাইদে। পারু-পারু খূদিংগী অনৌ-অনৌবা অর্থ থোক্লকই। খূদম ওইনা, শ্রীমদ্ভাগবত গীতা। মসিগী সাধারণগী অর্থদি—ঈশ্বর ফংনবা লম্বী অহুম লৈ। জ্ঞান মার্গ, ভক্তি মার্গ, কর্ম্ম মার্গ। অদুবু কলিগী যুগ অসিদদি ঐখোয়না কর্ম্ম মার্গ চৎপা তাই। শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুন্দা লীরুং পায়খৎতুনা লান তৌ তাকপিখি। ইথৌ পাণ্ডথোকপনা ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীনি। অমব্রোমদা, বাবানা তাকপিরি—অহানবা স্তেঞ্জাগী, অহানবা পরেংগী, অহানবা তঙ্খায়দা গীতাগী মরু ওইবা রহস্য লোইনা য়াওরে—*"ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে।"* মদুবু অরায়বা মওংদা অর্থ হন্দুনা তাকপিরি—*"ক্ষেত্রে ক্ষেত্রে ধর্ম্মম্ কুরু।"* *'ক্ষেত্রে ক্ষেত্রে'* হায়বদি in every aspect of life— পুন্সিগী লম খূদিংদা; *'ধর্ম্মম্ কুরু'* হায়বদি follow the righteousness— অচুম্বা চৎলু। পুন্সিগী লম খূদিংদা অচুম্বা চৎলু—তাকপিবনি। অসুম্না অখণ্ড-অহৈশিংনা পার পারগা অনৌ-অনৌবা অর্থ হন্দোক্লরি। ইন্তরপ্রিতেসন, রি-ইন্তরপ্রিতেসন, মিসইন্তরপ্রিতেসন—কয়া কয়া থোক্লক্লি।

মতৌ অদুগুম্না, প্রসান্তি নিলয়মদা চৎলুবগীসু পেনবা নাইদে। চৎলু চৎলু খুদিংগী অনৌ-অনৌবা কয়া থেংনরকই। মঙাল কয়া উরকই। অচুম্বা, অঙানবা, অনৌবা কয়া কয়া। মতাঙ অসিদা আমেরিকাগী ফাওরবা কবি টি এস ইলিওটকী ৱাফম অমা নীংশিংবা তারকই "We had the experience, but missed the meaning." নুংগী ভাবতি খঙদনা, উবতনদি করি কান্নগনি?

বাবা কনানো? পাক খুম্বা ঙম্বা ৱাহং নত্তে। হোলিৱুদকী ফাওরবা প্লেরাইত আর্নোল্ড সুলমেননা নোংমা বাবাদা হংখি—"নঙবু ঈশ্বর হায়বদুরা?" বাবানা ফজনা নাথেদুনা খুমখি—"ককচেং অমনা সমুদ্রগী অরুবা করম্না ওনবা ঙমগনি? ঙা অমনা অতিয়াগী ফজবা করম্না উবা ঙমগনি?" বাবা কনানো হায়বগী অশেংব পাউখুমদি মাগী অশেংবা ভক্তদগী তাবা ফংবিগনি। মথংগী শাইওন ওইরক্কদৌরিবা 'প্রেম সাই' গী মমাইবেম্মা ওইনবগীদমক থূপশ্রবা ডা. এন কস্তুরিনি। মাগী ফাওরবা *'সত্যম, সিবম, সুন্দরম'* হায়বা লাইরিক্তুদা ইবিরম্মী—"ঐঙোন্দদি বাবাসি কৌরিবা খোঞ্জেল অমনি।" কৌরিবা খোঞ্জেল অমা—অৱা-অনা কোকপিগে, নুংঙাই-য়াইফ য়েনবিগে হায়না। অরাপ্পা অনকপা মীওই খুদিংদা। তশেংনমক, বাবাদি অঙকপা শাইওননি। গোকুলতগী 'কৃষ্ণ' অদু নত্তে। আযোধ্যাতগী 'রাম' অদু নত্তে। মুরুলীধর কৃষ্ণনা শুমহৎলম্বদি বৃন্দাবনতনি। ধনুধর রামনা শুমহৎলম্বসু আযোধ্যাতনি। কল্কী বাবানা শুমহৎলিবনা পৃথিবী পূম্বনি, পুত্তপার্টীতা নত্তে। পৃথিবীগী লৈবাক ১৮৫ গী ভক্তশিংবু খূৎলাম তোয়না হৎতুনা কৌরিবা শুমহৎয়াই পুরিবা খোঞ্জেল অমনি। কুরুক্ষেত্রগুম্লবা পৃথিবীবু ধর্ম্মক্ষেত্রগুম্লবা প্রসান্তি ওম্হোক্লবা শাইওনবিরক্লিবা অঙকপা বাবানি। অদুনা হায়নৈ—

বাবাগী ৱাহে খুদিং মন্ত্রনি।
মাগী পদ খুদিং উপনিষদনি।
মাগী দিসকোর্স খুদিং বেদনি।

—আনিলকুমার

কার্ল মাক্সকী 'ম্যাটিরিয়েলিজম' মিকাইল গোর্ভাচেবনা রাশিয়াগী প্রসিদেন্ট ওইরকপদা মাঙখ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৯৮৯ গী রেভোলুশন্না মাক্সকী, লেনিনগী, ষ্টেলিনগী মূর্ত্তি থুগাইখ্রে। কম্মুনিজম শিখ্রে। রাশিয়া মচেৎ কয়া থোক্লা কায়খ্রে।

কম্মুনিষ্ট চাইনাদসু গণতন্ত্রগী ঈহৌ লাকখ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৯৮৯ দা থোকখিবা 'টিয়ানানমেন স্কার' গী মীহাৎনা কম্মুনিজমগী মমি শাল্লে উৎলক্লি। 'ধর্ম্মবু আফিংনি' হায়রম্বা চাইনীজ অমসুং ধর্ম্মবু তাথীরম্বা রাশিয়ান—হৌজিক্তি 'জড়বাদ' (materialism) কী ব্রাখল থাদোক্লরক্নে। ধর্ম্মদা মায় ওনশীন্নরক্নে। সত্যা সাই বাবাগী ভক্ত কয়া ওইনরক্নে। বাবামক্না মাগী হন্দক্কী শিবরাত্রিগী পাউ জেলদা হায়বিখি—"মপান লমদগী লাকপা ভক্তশিংগী মনুংদা রাশিয়ানশিংগী মশীং য়াম্না য়াম্মী। মফমসিদা মখোয়না য়াম্না নুংঙাইবা ফাওবা উই।" মতৌ অদুগুম্বা, কুমশিদি চাইনীজশিংসু বাবাগী মন্দিরদা অনৌবা চহীগী কুমওন পাঙথোক্লখি।

তশেংনমক, হন্দক্কী প্রসান্তি খোঙচৎতা অঙকপা অমত্তং হায়রবদি মপান লমগী ভক্ত মশীং লাকঙমদনা লাকপা অসিনি। হাকুম শিবরাত্রিদা *'লিঙ্গম'* পুথোকখিবা অদুনা কুমশিসু পুথোকপা য়াই খনবনা ওইরম্বা য়াই। অদুবু কুমশিদি পুথোকখিদ্রে।

ফেব্রুৱারী তাং ১৫ গী অয়ূক্তা, সাই কুলৱন্ত হোলদা অনীরকশুবা চহীগী ওইনা অহানবা চঙবা—বাবা দর্শনগীদমক। হন্দকসু মপান লমগী মীগা ফম্মিন্নবা। হাকুমগী ইটলিয়ানদু নত্তে; রাশিয়াননি। মমিং কোন্সটেন্টাইল কৌই হায়। ইংলিস খঙদে। মাগী লোন্দা 'English little little' হায়। ঐনা দর্শন লাকপা কয়ারক শুরে হংবদা তূমিন্না লৈখি। ঐনা করিনো খল্লি। মাদি মখূৎ থেক্তুনা পারল্লিবা ওইরমাল্লে। ঙাইহাক লৈরগা খূৎ-শা মাপন উৎলকই; অদুগা নোক্লকই। অমুকসু ঐনা নুংঙাইরিবদি ভজন শকপদা ঐদি হন্দক্তি ফজনা খুম্মে। ইকায়দ্রে; হৈনরক্নে। নিপাদুসু অদুম খুম্মে। অদুবু ঐনা মাঙোন্দা বাবাগী নিয়ম অমদি তাকপিবা ঙল্লে। ঔমকার লাউবদা মখূৎ খূদোম্নীনা খূবী মখোঙদা পায়দুনা মুদ্রা শাবদু খঙলমদে। ঐনা গুরু শাবা ঙল্লে। মাঙোন্দা

তাক্রে। হাকুম ঐনা পঙলম্বা অদু খল্লুবদা ইতোমতা নোক্লীংঙি। ভজনগী অরোই-অরোইবা পদশিং লাকপদা খূবাক কন্না কন্না খূমিন্নরে।

ফেব্রুৱারী তাং ১৮ গী অয়ূক্তা ধ্যান বৃক্ষ (মেদিতেসন ট্রী) গী মখোঙদা ধ্যান ঙাইহাক তৌরুবা। মমাদি লোইরক্লদুনা ইপা-ইচা ঙাইহাক ঙাইবা। চীংদু হেক কাখৎপগী চঙফম ময়াগী গেট ময়াদা লৈবা সাইনবোর্দতা ইরম্মী—"It is only in the depth of silence that the voice of God is heard." (ঈশ্বরগী খোঞ্জেলদি চীক্ত-চীকখ্রবা মফমদতা তাবা ফংঙি।) ফজখ্রেদা খল্লম্মী। তাঞ্জাদুদা হুইল চিয়ারদা ঙৌরোক ঙৌবা, ফজখ্রবা নিপামচা চহী ৪/৫ গী বোয়োস ওইগদবা অঙাং অমা মপানা ঈন্দুনা পুরকপা। নুংশিদুনা ঐনা হংঙুবা—"What's your name?" অঙাংদুনা খুম্মক্তে। মপাদুনা খুম্মকই—"ৱাগা।" রাশিয়াননি। কাজিকিস্থান্দগীনি। ঙাইহাক ৱারী শাই। রসিয়াননি হায়বদুদা ঐনা বোরোনাউস্কিগী কির্লিয়ান কেমেরাগী ৱারী অমসুং বাবাগী রোগ নির্ভানা শক্তি (Bogging Medical Miracles) গী মরমদা ৱারী খরা শানরম্মী। মরক্তা মমাদুনা হায়রকই—'মদুগী ব্লেসিংস (কৃপা) অদু ফংনবা, মচাদুগীদমক খন্দুনা লাকপনি।' ঐনা করি তৌরে হংবদা, য়াম্না নুংঙাইতনা, শকফম হঞ্জিন্দুনা "মখোঙদা কেন্সর তৌবনি" হায়রকই। ইস! মপা-মমা অদুনা মচাদুগীদমক ৱারিবা মৈচাক ঐঙোন্দা খংপান পানখি।

নোংঙাল্লকপদা অয়ূক্কী ভজন য়াওবা। মপা-মচাদু মাঙদা ফমদুনা লৈরম্বা। ভজনগী ঈশৈ খূদিং ফজনা খুমদুনা শকপা। পীক্লিবা মচাদুবুসু নুংঙাইনবা মানা হোৎনবা। তশেংনমক থম্মোয় কায়নীংঙাইনি।

ফেব্রুৱারী তাং ১৬ শিবরাত্রি নুমিৎসিদি নোংঙাল্লমদাইদগী মীনা আগাধদা পৈখ্রে। মন্দিরগী নাকন্দা শাংনা ক্যু লেংদুনা ফোরেনর ময়াম, ভক্ত ময়াম পৈবা। নুপী ফোরেন্নরশিংনা সাড়ী শেৎতুনা, নিপা ফোরেনরশিংনা পাইজমা-কুর্টা শেৎতুনা মপৈ-মপৈ। অঙকপনি, ফোরেনরশিং অদুদগী গদাগড়ী ওনবা হায়বদুনি। অকে-অমৌগী ৱাখল লৈরমদে। নোংঙাল্লকপদদি, সেবাদলগী ভলন্তিয়ারশিংনা ভক্তশিং অদু মন্দির মনুংদা অমমমতা ওইনা থাজীল্লকখি। অদুবু চাউখ্রবা কুলৱান্ত হোলদা চন্দ্রদুনা অকোয়বদা ভক্ত ময়াম

পাথোক্লককখি। লৈরিবা পার্ক, হৈকোল-লৈকোল, অরৈবা জগা পূন্নমক মীনা কৃক কৃক ঈন্নখ্রে। মচী মচীদা চবুন চবুন পৈনখ্রে। ঈশিং ঈচাও লাকপদা খরা খরা কৃৎপা মফম পূন্বা ঈশিং হাজনবগুম বাবাগী ভক্ত'চা কয়ানা ফম্ফম থি থিদুনা ফম্নরকই। লেপ্পরকই। অসুক য়াম্বা মীয়াম্বু করম্না থাজবা পীদুনা চিংশিল্লিবা অঙকপা বাবাগী *'আকর্সনায় সবর্ব জননম্'* শক্তিনি।

ইপা-ইচা ঐখোয় অহুমসু নুমিৎসিদা বাবা লেঙথোক্লকপদা কুলবন্ত হোলদা চঙবা ফংহৌদ্রদুনা গনেশ মন্দিরগী মনীং পাংলপ্পা লৈবা উরুম অমদা ফম্লম্মী। *'দর্শন'* ফংবা ঙমদ্রবসু *'স্পর্সন'* গী খুদোংচাবা লৈত্রবসু, 'সন্তাসন' তা ওইরবসু শিবরাত্রি নুমিৎ অসিদা তাবা ফংজহৌনবা মন্দির ময়াদা লৈনীংঙুবনি। ঙাইহাক লৈরগা কলম্বিয়া মতৈ-মনাও অনীসু ঐখোয়গী নাক্তা ফম্লরে। ব্বারী অসুম শানবদা খঙলকই—মখোয় অনী মীয়ায় চল্লবনি। মচা লৈতবগী ঈখৌ লাংবা ওইরম্মী। পোৎলূম থাবা লাকপনি। পোৎলুম অমা পুদনা বাবাগী নাক্তা লাকপা কনা য়াওরমগদগে?

ফম্না ফম্না ঐনা উরকই—গেট হেক চঙবদা লৈরিবা চাউরবা, লাইওইরবা সনাখোংনাং পাম্বী অমনা নাখল ওইনা থম্লগা মনীং পাংবদা লৈবা গনেশ মন্দিরনি। মন্দির অদুগী মাঙগী নাক-য়েৎতা ইবুংঙোনা পামজরবা য়ুবী পাম্বী অনী হৌরি। মন্দিরগী মনীংদা ফজখ্রবা হৈক্রু পাম্বী অনীসু হৌরি। প্রকৃতিগী লৈতেং ওইনা উরি। লাক্লিবা ভক্ত ময়ামদু গনেশ মন্দির অসিগী অকোয়বদা য়েৎওয়ননা কোয়না কোয়না চৎতুনা পরিক্রমা তৌনরি। অতৎ-অখম লৈতনা চৎলিবা ভক্ত পরেং পরেং। পরেং পরেং। (Streams of Bhaktas) অঙকপদি, ইন্দিয়ান নুপী মুরৈনবী, সাড়ী শেৎপী, অনোয়বী নুপী অমনা মখূৎ ওয়দা য়ুবী অখোকপা অমা পায়দুনা থুনা য়াঙনা চৎপা। লেপ্পা লৈতনা চৎপা। ফোরেনর নুপীমচা অমসু সাড়ী শেৎলগা কোয়না কোয়না চৎপা। মমা মানবী অমনসু মতম খর মতুং ইল্লম্মী। মখূৎ ওয়না মালা জপ্ তৌ-তৌদনা চৎলি। লেপ্তনা চৎলি। কোয়রি। অপাম্বা করি তান্নরিবনো খঙদে। থুনা য়াঙনা অপাম্বা অমা ফংনবা মওংদা চৎলি। নাক-য়েৎতা লৈরিবা ময়াম্বু করিসু নাচুংলুদে। করিবু থিরিবা ? করিবু খৌরাংলিবা। ঐ খঙদে।

তাং ১৯ দা চৈতনা জ্যোটিগী হোল মনুংদা খোঙ হেক থাংজিনবদা ঐ ঙকপা হৌরে। হান্নসু চৎলুরবনি, অদুবু ঙক্লি। ব্যাসনা ইরমদবা কয়া, বাল্মীকিনা শক্লমদবা কয়া নাক-য়েৎকী ফক্লাংদা ইরি, উৎলি, ঙাল্লি।

ইহান হানবদা, ব্রহ্মাণ্ড শেম্লকপগী মথং-মনাও নাইবা ঈশ্বরগী খূৎশেম। মৈঙালদুদা ফক্লাংগী নাক-য়েৎতা উৎলি। অহানবদা আকাশকী শকফম, মথংদা নুশিৎকী শকফম। অদুদগী মৈগী, ঈশিংগী অমসুং অরোইবদা পৃথিবীগী শকফম।

অনিশুবদা, ফিজিক্স ওফ মেতাফিজিক্স থাবা তসবীর (slide) অমা থেংনৈ। ব্রাংলবা চীংদোন অমদা বাবানা ফম্লগা, চীংখোঙগী তোঙান-তোঙানবা মফমদগী মীওই ময়াম কাখৎলকপগী তসবীর। অদুগা মখাদা ইরম্মী—“চীংদোন য়ৌনবা লম্বী কয়ামরুম লৈ। লম্বী পূম্নমক পম্বুং অমত্তদা থুংমিন্নরগদৌরিবনি।” ধর্ম্মদি য়াম্মী, ঈশ্বরদি অমত্তনি উৎপনি।

অহুমশুবদা, লেঙনাইদ্রবা মঙাল অম উৎলকই। সাইন্সনা সার্কল তঙ্খায়নি, স্পিরিচুয়েলনা সার্কল মপূংনি। সাইন্সনা সৃষ্টি (creation) বু খঙনবা হোৎনৈ। স্পিরিচুয়েলনা সৃষ্টিকার (creator) বু থিরি। সৃষ্টিকারবু খঙলবদি, সৃষ্টিদি মশানা খঙজরক্লগদৌবনি। *‘সত্যোপনিষদ’* হায়বা লাইরিক্তুদা অনিলকুমারনা রূপক তৌবদু নীংশিংলকই - "Spirituality is like the letter 'O' which is full and complete, whereas Science is like the letter 'C' which is incomplete with a hollow space within." অমনা মপূং ফারবা 'O' অমনা মপূং পাদ্রিবা মনুং হোবা 'C' গী রূপ ওইনা উৎলি।

ঐখোয়না ফেব্রুৱারী তাং ২১ দা প্রসান্তি থাদোক্লবা থৌরাঙ তৌরবা কান্দা, চাইনীজ ভক্ত ১,১০০ থুংঙদুনা ‘চাইনীজগী অনৌবা চহীগী সেলেব্রেসন’ প্রসান্তি নিলয়মদা পাঙথোক্লবা থৌরাঙ তৌহৌরে। নুমিৎয়ুংবা মতুংদা শেংলবা বৌদ্ধগী মন্ত্র ময়াম বুদ্ধিষ্ট মোঙ্ক ৩৬ না শোন্দুনা হৌহৌরে। অরোইবদা, গায়ত্রী মন্ত্র ২১ রক শোন্দুনা লোইশিল্লি হায়না মার্চ্চ থাগী ‘সনাতন সার্থী’ দা থেংনজে। শীল্লিবা শিঙ্গাপুরগী কেপ্তেন ওং (Ong) দা বাবানা বুদ্ধদেবগী ফোটো য়াওনা সনাগী লীক পরেং অমা, মালংদগী পুথোক্লগা

কয়াগা লোয়ননা ফম্মিন্নরম্মী। বাবানা লাউথোক্লম্মী—"ঙসিদি ঐ ব্বাহং অমা হংগে। পাউখুম চুম্না খুম্বা ঙম্বা মীদা মনা চাউনা পীগনি।" ময়াম পূম্নমক মথূম-মরাঙ হৌনরম্মী। করি হংলক্কদৌরিবনো খন্নরম্মী। লুরবা শাস্ত্রগী, পুরাণগী ব্বারী-ব্বাতায় নৎত্রগা মুণি-ঋষি কনাগী ব্বা হংলক্কদৌরিবনো খঙান্নরম্মী। মতাঙ অদুদা বাবানা মশাদা খূদোম্বীনা থিল্লগা হায়রক্লম্মী—"ঐ অসি কনানো?" খূদক্তুদা ময়াম পূম্নমক পূল্লগা অমসুং হরাওনা "ঈশ্বরনি" লাউরক্লম্মী। ইরায় লায়বা ব্বাহংনি খন্নরম্মী। অদুবু বাবানা মোমোন নোক্তুনা "নত্তে, লাল্লি।" হায়রক্লম্মী। ময়াম পূম্নমক চঙক্লরম্মী। ছাত্রশিং অদুগী মরক্তগী অমনা হায়রক্লম্মী—"স্বামী! নহাক্তি শিব-শক্তি স্বরূপনি।" বাবানা হন্দকসু মোমোন নোক্লম্মী, অদুগা "লাল্লি" হায়রক্লম্মী। অদুদগী ছাত্রশিং অদুগী মরক্তগী অমনা হায়রম্মী। "স্বামী! নহাক্তি শ্রীকৃষ্ণগী শায়োন্নি।" বাবানা ফাক ফাক নোক্লম্মী, অদুগা "লাল্লি" হায়রম্মী। অদুদগী অহল ওইরপ তৌরবা ভক্ত অমনা হায়রক্লম্মী—"স্বামী! নহাক্তি সবর্ব-দেবতা স্বরূপনি।" হন্দকসু বাবানা "চুমদে" হায়রম্মী। নহা অহল পূম্নমক মিহুল চেঙগুম-চেঙ্গানরম্মী। ময়াম মরক্তগী অমনা হায়জরকই—"স্বামী! ঐখোয় খঙবা ঙমজদ্রে। ইবুংঙো নহাক অসি কনানো হায়বদু চানবীদুনা ঐখোয়দা তাকপিরো।"

ভগবান্না হায়রকই—"ঐদি ঐনি।" (I am I) পূম্নমক ব্বা লাউনা নোক্লম্মী। স্বামীনা চীং-লেম্না হায়রকই—'ঐ' হায়বসিনা পূম্নমক্কী হৌফম্নি। ঐবু অদুনি-অদানি হায়রবদি 'দ্বাইতা ভবম্' হায়বদি ঈশ্বর অসি অনী থোক্লে হায়বনি। 'ঐসি ঐনি' হায়রবদি 'অদ্বাইতম্'/'একত্বম্' (Oneness) অমত্তা ওইরে তাক্লবনি। মসি অচুম্বনি। ঈশ্বর, রাম, কৃষ্ণ, শিব, অল্লা, যীষু হায়না তোঙান-তোঙানবা মিং কৌনরিবসি 'ঐ' হায়বসিবুনি। অসুম্না ধর্ম্মগী মরীদা 'আদ্বৈত বেদান্ত' বু থাজবা বাবানি উৎলি।

লাইরিক অদুগী অরোইবা পন্দুপ্তা ভক্তগা ভগবানগা লৈনগদবা মরীগী মতাঙদসু বাবানা অরায়বা মওংদা ফোঙদোকপিরম্মী। নুংঙাইবা ব্বারী (parables) কয়া লীদুনা অরুবা ভক্ত-ভগবানগী মরী খঙহনবিরম্মী। বাবাসি ওজা ব্বারী লীবা (Master Story-teller) হায়না খঙনৈ। মাগী ব্বারীশিং

অদুনা 'চিন্না কথা' হায়না খঙনৈ। পেরেবল্স ঙাক্তনি। মনুংদা অর্থ চেনবা নুংঙাইবা ৱারীনি। মখাদা অহুমদং খনগৎচরি।

ক। পণ্ডিত শাবা অমসুং ঙাঙবা হৈবখক্তনা ঈশ্বর ফংবা ঙমদে। সংস্কৃত শ্লোক কয়া থীদুনা ঙাঙলিবা অমসুং ময়াদা মৈ হৌবমখৈ বক্তা পীবা ঙল্লিবা মীওইনা ঈশ্বর শোয়দনা ফংলগনি হায়বগী প্রমাণ নত্তে। অঙাংগুম ইচম চম্না ঈশ্বরদা ভক্তি লৈজবদসু অঙকপা কৃপা ফংঙি। তশেংনমক, ঈশ্বরগী লম্বীদা দরকার ওইরিবসি শ্লোক নত্তে; শক্তি নত্তে। শ্রদ্ধানি; ভক্তিনি। অচেৎপা থাজবনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৮২ গী জানুৱারী ২৩ দা মাদ্রাজদা ভগবান্না ৱাফমসি—চানখ্রবা, অর্থ চেল্লবা ৱারী (পেরেবল) অমা লীবিদুনা তাকপিখি।

বৃন্দাবন্দা লৈবা শঞ্জেন্নহাশিংনা পীক্লিবা কৃষ্ণদা লৈরিবা ভক্তিগী মরমদা অফাওবা শ্রীমদ্ভাগবতপু মুন্না খঙলবা পণ্ডিত অমনা শীংথারম্মী। ভাবোক মরক্তা হুরানবা অমা য়াওরম্মী। কৃষ্ণ অদু সনা-লূপা, মণি-মুক্তানা লৈতেংঙি তাবদা কৃষ্ণগী মমল য়াম্লবা লৈতেংশিং অদু হূরান্নীংলম্মী। দিসকোর্স লোইরবা মতুংদা, কৃষ্ণ অদু কদায়দা উনবা ফংগনি হংঙম্মী। "বৃন্দবন্দা, যমুনা মপান্দা, অহীং নোংয়াইদা" হায়না পণ্ডিত অদুনা শাউরংননা খুম্লম্মী। হূরানবা অদুনা খূদক্তুদা মফমদুদা চৎলম্মী। ভগবান্না চহী তরানিথোইগী তনৌ-তনৌরবা রূপতা সনা-লূপা, মণি-মুক্তানা লৈতেংলবা নিপামচা অমা ওইনা চোংথোক্লম্মী। হূরানবা অদু নীংথিজরবা শ্রীকৃষ্ণগী শকফম অদু উবদা শুমহৎখিরম্মী। হূরান্নীংবগী ৱাখল মাঙখিরম্মী। ইকায়-নুংশি য়ান্ননা ঈশ্বরবু য়েংদুনা লৈখিরম্মী। কনাগী মতৌগুম্না? খোইমু হায়বসি অকনবা উ-ৱাদা ফাওবা হূৎলগা মকোল শাবা ঙম্বা জীবনি। অদুবু সন্ধ্যা য়ৌরক্তুনা থম্বালগী লৈহী চূপ্লিঙৈদা থোৎলবা লৈনাশিং অদু উমশিনখ্রবদি লেঙবা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্লদনা, ঙাওরবা পুক্নীং অসি ঈশ্বরগা সক্ষ্যাত থেংনরবদি পূরা পঙথখি। ঈশ্বরগী আকর্সন শক্তি অমসুং পরিবর্ত্তন শক্তিনা অহোংবা পীরকই। ট্রান্সফোর্ম তৌরকই। ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদি মদু খঙঙম্মী। নুংবঙনবরা হূরানবা অদুদা মাগী লৈতেংগী পোৎশিং অমমমতা ওইনা লৌথোক্লগা পীবিরম্মী। অদুগা অন্তর্ধ্যান ওইখিরম্মী। মাঙখিরম্মী। নুমিৎতুদগী নিপা অদু ভগবানগী অশেংবা ভক্ত ওইখি।

খ। মুগলগী নিংথৌরেল আকবরগী পুন্সিদা থেংনখিবা পুক্নীং শুমহৎনীংঙাই ওইরবা থৌদোক অমা বাবানা লীবিখি। নোংমা নুমিদাংবাই আকবরনা মাগী কোনুংগী ঈশৈ শকপা (court musician) তানসেনগা লোয়ননা কোনুংগী অকোয়বদা কোয়থোক্লম্মী। লম্বীদা অহল অমনা শেংলবা থম্মোয়গা লোয়ননা ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ শীংথাদুনা মতোমতা ঈশৈ শক্লম্বা থেংনরুই। ভজন অদু তাবদা মহাক পূরা শুমহৎলম্মী। মানা শগোলগাড়ী লেপহল্লম্মী অদুগা ভজন অদু মপুক্লীং লূপ্লা তারম্মী। ফজমনত্নদুনা মাগী থম্মোয়দা পাল্লম্মী; ঈশৈ তানা তানা মমীৎতগী মপি শীন্থরম্মী।

ঈশৈ হেক লেপখিবদা নিংথৌরেলনা তানসেন্দা হায়রকখি—মতম অসুক কুইবসি নঙগী ঈশৈ তাদুনা লাক্লি। নঙগী ঈশৈ তাবদা নাকোংদা নুংঙাইবা ফাওই; থম্মোয়দসু অদুম পাল্লি। অদুবু অহলসিগী ঈশৈ তাবদদি খঙহৌদনা মীৎতগী পি শীন্থরকই। স্বগগী নুংঙাইবদা ঐবু তাউহল্লি; শেংলবা নুংঙাইবা অমদা আত্মাসি পুখৎপগুম ফাওহল্লি। নঙনা শকপা ঈশৈগা ঙসি ঐনা তারিবা ঈশৈসিগা খেন্নরিবসি কদায়দনো? আকবরনা হংঙকখি। তানসেন্না য়াম্না নোল্লুক্না খুমজখি—মহারাজ! ঐনা শকপা ঈশৈদি মহারাজগী পেন্ননবা শকচবনি। অদুগা ভক্ত অসিনা শকপনা ঈশ্বরগী পেন্ননবা শক্লকপনি। থম্মোয় ফূক্না, *'একান্ত ভক্তি'* গা লোয়ননা। মদুনা পূম্নমকসি খেন্নরিবনি।

গ। থাজবা হায়বসিগী শক্তি উৎপা ৱারী—ঐতিহাসিক ওইবা অশেংবা নুংঙাইবা ৱারী অমসু লীবিখি।

অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা, ভারতকী সিপাই ময়াম পুবা স্টিমর অমদা জাপানীজশিংনা বোম থাদরম্মী। জহাজ লূপ্লম্মী। মনুংদা তোংলকপা অয়াম্বা মী শিখিরম্মী। মখোয় মঙাখক্তং হিংহৌই। ঈথক-ইপোম হৌরবা সমুদ্র অদুদা অকায়বা হি অমদা তোংদুনা কংফাল য়ৌনা হোঞ্জন্নবা হোৎনরম্মী। সমুদ্রগী ঙাওরবা ঈথক্তুদা পূং কয়া লূপফেৎ-লূপফেৎ হোন্দুনা মপুন্সি হিংনবা হোৎনরম্মী। অমনা পাখৎতুনা লাউরকখি—সমুদ্রনা শোয়দনমক্কী ঐবু য়োৎলনি। শার্কনা ঐবু শোয়দনা চাথোক্লগনি। পাখৎমনখিদুনা মহাক সমুদ্রদা তাশিনখি। অতোপ্পা সিপাই অমসু তেংথা-নাওইবা হৌরকখি। ইস! ঐগী

ইমুং-মনুংগী মীশিংদো ৱাহৌরনিদা। মখোয়গী তুংগী পুন্সিগী করিসু শেম্বীদনা ঐ শিবা তারেদো। থাজবা মাঙখ্রে। অকিবনা থূমহৎখ্রে। সমুদ্রদা হাইথখ্রে। অহমশুবা অমসু ইস! ঐগী ইন্সুরেন্স পোলিসীগী দোক্যুমেন্ত লোইনা ঐঙোন্দা য়াওদুনা লৈরে। ঐগী নুপীনা করম্না শেনফমশিং অদু ফংগনি! ঐদি শিবা-চঙবা খঙদরে। খন্না খন্না মাসু সমুদ্রদা লেকথখ্রে।

লেমহৌরিবা অনীদুদি ঈশ্বরদা কন্না থাজবা থম্লম্মী। ঐখোয় করিগী কিগদৌরিবনো! মফম পূম্নমক্তা লৈবিরিবা (*Omnipresent*), পূম্নমকপু নুংশিবিরিবা (*Omnicompassion*) ঈশ্বরবু থাজবা করিগী থম্মোইদৌরিবনো! মখোয়গী অহোবা হি অদু তোংবা য়ারক্তদুনা হুন্দোকখ্রে। অদু ফাওবদা আশা হল্লমদে। কংফাল তম্না ঈরোইদুনা লাক্লবা হোৎনরকখি। মিনিট খরগী মনুংদা কোস্তেল শিপতা লূপখ্রবা স্তিমর অদুগী সিগ্নেল ফংদুনা হেলিকোপ্তর অমা থারক্লম্মী। মদুনা মখোয়বু উরম্মী। মখোয় অনীবু অশোয়-অঙাম য়াওদনা লৌখৎখি। হিংবা শিবা হায়বসি মিনিট মঙাখক্তগী খেন্নবনি। থাজবনা মায় পাকখি। থাজদবনা মায়থীখি। অশিবগী খায়াৎতা তাখি।

ভক্তগা ভগবানগা লৈনগদবা মরী অসি ঐদি মসিতনা পেন্দ্রি। 'চঙ-শি-চঙ' ফিলমগী পুস্পারাণীগী ঈশৈ নীংশিংলকই—

"হিংলিবা পুন্সি'সে নুংশিবগীদমক্কি;

নুংশিবা য়াওদবা অরেম্বা মপোক্কি।"

রোমান্তিক সোংনি। অদুবু আধ্যাত্মিক সোং ওইনা লৌবসু য়াই। রাধা-কৃষ্ণগী 'যুগোল মূর্তি'—মীওইবগী আত্মানা ঈশ্বরগা লৈনবা মরীগী য়াম্না সিম্বোলিক ওইরবা মশক্কি হায়নরি। আদ্বৈত বেদান্তগী 'নহাক্তি ঐহাক্কি' (ত্বম্ এব্ অহম্) হায়বগা করিসু খেন্নদে। মপাম্বোংদা কামগী নুংশিবা ওইনা উরিবা জয়দেবগী 'গীত গোবিন্দ' পণ্ডিতশিংনা ভক্তিগী ওইবা ৱাংলবা প্রেমদা থাঙ্গৎনরি। ভক্তি প্রেমদা কামগী অলঙ্কার য়াওদে। থাবলগী মঙালনা থাবু উবগুম নুংশিবগী শক্তম ওইরবা ঈশ্বরবু নুংশিবতনা উবা ফংগনি। বাবাগী লোন্দাদা—"পুন্সিদি নুংশিবনি; নুংশিবদি পুন্সিনি।" সেন্দৱিসকী "Man is

God" হায়বা লাইরিক্তু বাবাদা য়েংহল্লুবদা বাবানা মমাঙদা "With Love" হাপচীল্লকখি। "With Love Man is God" তারকখি। অফাওবা লাইরিক ওইখি। আরিজোনা যুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর অমনা হায়খি—"বাবাদি মখোঙ অনী পান্দুনা চৎলিবা নুংশিবনি।" (Love Walking on two legs.) প্রোফেসার কস্তুরিনা অমুক হাপচীল্লি—"চৎপু চৎলবসু, ফম্বু ফন্নবসু, ঙাঙবু ঙাঙলবসু, তূমিন্নবু লৈরবসু; বাবাদি নুংশিবনি—মতম পূম্নমক্তা, মীপূম খূদিংমক্তা, মফম পূম্নমক্তা। অদুননি—সাঈ মন্দির খূদিংদা, বাবাগী ভজন শকপদা, তোয়না তোয়না তারিবা—"প্রেম স্বরূপীনি বাবা।"

৪

# সাই বাবা ঃ কোয়না চৎলিবা চমম্নবা অমা

*জুলাই ১১, ২০০৭ ইং*

মৈতৈ পাউরৌদা হায়নৈ—
'থাপ্লিঙৈদা লাই ওই;
নকশীল্লগা মী ওই।
মসিগী পূমওন-ওন্ন-তৈনবনি বাবাদি—
'থাপ্লিঙৈদা থাজরমদে;
নকশীল্লুরগা লাই ওইরম্মে।'
হায়নরিবদুনি প্রসান্তিদা—
'রুসি লাক্লম্মী, উনরম্মী, খূদুম চনখিরম্মী।'
ধর্ম্মক্ষেত্রদা বোম্বেগী মুনশিসু লাউখি—
'ঐ চৎলুই, ঐ উখি, ঐবু জয় তৌখি।'

'সিগুম্বা সত্য সাই বাবাগী 'মহিমা' কনানা শীংথাদুনা লোইবা ওমগনি? *'সত্যম্ সিবম্ সুন্দরম্'* ৫শুবা ভোল্যুমগীদি হান্না পাউদমজখ্রে।

'সিদা নত্তনা মমিং চৎলবা লাইরিক (ক) ডা. জোন হিসলোপকী 'কনভর্সেশন্স ৱিথ ভগবান শ্রীসতা সাই বাবা', (খ) ডা. সেম্যুয়েল সেন্দৱিসকী

'ব্রিথ লভ মেন ইজ গোদ', অমসুং (গ) ডা. এন কস্তুরিগী 'লভিং গোদ' নচিংবা অফাওবা লাইরিক খরসু লৈরকই; পাজরে। খঙমিন্নসি; খরদং পাওদমজগে।

অহানবমক্তদা, ভগবানগী বাণী অমত্তং তাবীসি। গীতাগী মরিশুবা আধ্যায়গী ৭ শুবা অমসুং ৮ শুবা শ্লোক্তা ইরি—

*"যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি* ভারত... ॥৭॥
পরিত্রানায় সাধুনাং, বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সংভ্বামি যুগে যুগে॥৮॥

(ধর্ম্মনা মরায় চায়থরকপা মতম অদুদা, মফম অদুদা-অফবশিংবু কনবিনবা, ফত্তবশিংবু মাঙহনখিনবা, ধর্ম্মবু অমুক নৌনা য়োকখৎনবগীদমক—ঐনা যুগ যুগকী ওইনা অবতার তৌরকই।) মনাই আর্জ্জুনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিবা পাউজেলনি। মৃৎনাইদ্রবা পাউজেলনি।

অদুবু হংনরক্লিবা ৱাহংদি-ধর্ম্মনা মরায় চায়থরক্লবা কান্দা ঈশ্বরনা করিগী মী ওইনা অবতার তৌরিবনো? ধর্ম্ম কন্নবগীদমক মাগী মখাদা লৈবা লাইয়ামশিং অদু থারকপা য়াদবরা? ৱাহংসিমক নিংথৌরেল আকবর মশামক্লা মাগী কোর্টকী মীওইশিংদা হংখি। মরুওইনা, ঈশ্বরবু নিরাকার ওইনা লৌরিবা মুস্লিমশিংনা হিন্দুশিংগী ঈশ্বরনা মী ওইনা (সাকার ওইনা) অবতার তৌই হায়বসি নোক্লরম্মী। তানসেন্না মদুগী পাউখুম চয়োল অমগী মনুংদা খুমগে হায়খি। নিংথৌরেল আকবরনা য়াখি।

নোংমা তানসেন্না নিংথৌরেল আকবর অমসুং মাগী নুপী-অঙাংগা লোয়ননা পাৎতা হি তোংদুনা কোয়থোক্লম্মী। নিংথৌগী অপীকপা মচাদুগা চন মান্নবা লাইফদিবী অমা খঙহৌদনা ঈশিংদা লংথরম্মী। তানসেন্না য়াম্না হৈ-শিংনা কপ্পগী খোঞ্জেলসু থোকহল্লম্মী। অদুগা 'রাজকুমার ঈশিংদা তাপ্রে' লাউরক্লম্মী। খুদক্তুদা নিংথৌরেল অদু মচা কন্নবা পাৎতুদা খংচোং চোংথরম্মী। তাঞ্জাদুদা তানসেন্না লাউরক্লম্মী—"মদু লাইফদিবীনি; অঙাংদি করিসু তৌদে।" তানসেন্না মদু মানা শান্নবা দ্রামানি হায়দুনা আকবরগী অশাওবা ফাদরম্মী। ধর্ম্ম কন্নবগীদমক ঈশ্বর মশামক্লা অতোপ্পা কনাদা

শিন্নদনা মীওইবগী শক্তম লৌদুনা অবতার তৌরকপনি হায়বা হিন্দুগী থাজনবা অদু অচুম্বনি প্রমাণ তৌবনি। মচাদুনা ধর্ম্মনি; আকবরনা ঈশ্বরনি। লৈরিবা মনাই-মশল ময়ামদুদা হায়রগা মচাদু কলহনবা য়াবনি। মদু তৌদদুনা মশামক্না ঈশিংদা চোংথদুনা মচাবু কন্ননবা হোৎনখি। অসুম্না তানসেন্না ফজনা প্রমাণ পীদুনা আকবরগী মপুক্লীং ওলহনখি।

মতৌ অসুম্না বাবানা লুরবা ধর্ম্মগী পাউখোঙবু লায়না নুংঙাইবা ৱারী পীদুনা ফোঙলম্মী। ডা. জোন হিসলোপনা ইবা 'কনভার্সেশন্স ৱিথ ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবা' হায়বা লাইরিক্তুদা বাবানা তাকখিবনি উৎলি।

তানসেন্না অমুকসু মখা তাখি-ঈশ্বরনা মীওইবগী রূপতা লেঙলক্লবদি-মীৎসিনা মায়থোঙ'দু উজবা ফংজরে (দর্শন্); খূৎসিনা চরণ'দু সেবা ঙমজরে; (স্পার্সন্); নাসিনা নুংশিরবা খোঞ্জেলদু তাজরে (শ্রবনম্); চীনসিনা ৱারী শানজবসু ফংজরে (সম্ভাসন্)। *দর্শন, স্পার্সন, শ্রবনম্, সম্ভাসন্*। উজবা, শোকচবা, তাজবা, ৱারী শান্নজবা-কৃপা লোইনা ফংলে। মসি মীওইবা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। কলি যুগকী মীওইশিংনা খ্বাইদগী হেন্না লাইবক ফবা ওইরিবসি মতাঙসিদনি।

মথংদা, ডা. সেম্যুয়েল সেন্দৱিসকী 'ৱিত লভ মেন ইজ গোদ' পায়খৎচরি। মে থা খূদিংগী-তামিল নাদুদা লৈবা কোদাইক্যানেল মন্দিরদা কালেনগী পোৎথাবা ওইনা বাবানা হেক হেক চৎলি। মাগী স্কুল কলেজগী ওজা ছাত্র ময়াম হৌদুনা চৎলি। হান্নগী সাই য়ুনিভর্সিটিগী ভি সি প্রোফেসর সম্পাতনা মদুগুম্বা খোঙচৎ অমদা থেংনখিবা থৌদোক অমা সেন্দৱিসতা তমখি। সেন্দৱিসনা লাইরিকসিদা মদু ময়েক শেংনা ইরি—

> নোংমা প্রভু রামনা মনাই হনুমাণদা হংখি—
> "নঙনা ঐবু করম্না য়েংবগে?"
> হনুমাণনা খুম্লকখি—
> "মপাঙ্গোংগী ওইনা—নঙনা ঐগী মপুনি, ঐনা নঙগী ননাইনি।
> নুংগী ওইনা—নঙগী দৈব্যজ্যোতিগী ঐদি মরীক অমখক্তনি।
> আত্মিক্কী ওইনা—নঙ অমসুং ঐ অমত্তনি।"

অসুম্না *ভৌতিক, দৈবিক* অমসুং *আত্মিকী* মীৎয়েংদা লৈরিবা মপু মনাইগী তোঙান-তোঙানবা মরী অদু হনুমাণনা মচা খায়না খুন্নরুম্মী। হনুমাণগী পাউখুম তাবদা প্রভু রামনা পূমপেন পেল্লম্মী। মবেম্মা সীতাদা-লুহোংলকপা কান্দা মপাইবুংঙো জনক নিংথৌনা পীরকপা 'মুক্তা পরেং' অদু হনুমাণদা মনা ওইনা খূদোল তমথ্রো—তাকপিরম্মী। মমল য়াম্লবা লীক পরেং অদু হনুমাণনা পায়রম্মী; অদুগা মুক্তাশিং অদু অমমমতা ওইনা লৌথোক্লম্মী। মনাদা ঙাইহাক ঙাইহাক থাংগৎলগা ময়ানা চীক-চীক্তুনা হুন্দোক্লম্মী। হনুমাণগী মওং অদুদা সীতানা ঙক্লম্মী। য়োংগী হৈনবী অদু থাদোক্লি খল্লম্মী। তৌরিবদু করিগীনো হায়বা শ্রীরামচন্দ্রদি খঙলম্মী। অদুবু সীতাদা খঙহন্নবগীদমক হংলকখি—"হনুমাণ! মমল অদুক য়াম্বা মুক্তাশিং অসিবু নঙনা চীক্ল-চীক্লগা হুন্দোক্লিবসি করিগীনো?" হনুমাণনা খুম্মকখি—"হে ভগবান! ননাইনা মুক্তাশিং অসিদা নহাক্কী মিংলেন তাবরা য়েংবনি। তাদবদুদা, মখোয়বু হুন্দোকচবনি। শ্রীরামগী মিংলেন শক্তবদি মুক্তাশিং অসি ঐঙোন্দদি নৃংগী পাংখক্লি।" খোয়শাওনরবী সীতানা হায়রকই—"হনুমাণ! নঙনা খল্লিববু মথ্বায় পান্দবা পোৎশিংসু শ্রীরামগী মমিং শোনগনি হায়রিবরা? নঙগী নশাদা য়াওরিবা নতুশিং অদুসু রামগী মিংলেন শোল্লমগদ্রা?" হনুমাণনা মাগী পাম্বোম তিংথোক্তুনা মতু অমত্তা ফোয়বিয়ু হায়না সীতাদা হায়জরম্মী। মবেম্মা সীতানা মতু অমা ফোয়রগা মনাদা থাংগৎতুনা তারম্মী। 'রাম, রাম, রাম!' হায়বা হনুমাণগী মতু অদুনা শোনবা তাবদা সীতা অদু পূমঙক ঙকখি। রামদা লৈবা ভক্তিনা রামগা হনুমাণগা অমত্তা ওইখ্রে তাকপনি। মহাক্কী মশাগী লূ-তোং পূম্বা রামগী মমিং শোল্লি। তশেংনমক, হনুমাণদি *অদ্বৈত শর্ণাগতিগী* শেংলবা মশক্লি। প্রতিক্লি।

ব্বারী অদু তাবদগী ছাত্রশিং অদুনা সীতাগী লীক পরেং অদুমক পুথোকপিদুনা ঊৎপিয়ু হায়না স্বামীদা হঙ্গৎপিনবা হায়জরম্মী। প্রোফেসর সম্পাতনা হায়জরম্মী; মতম খরদং লৈরগা তৌগে য়াবিরম্মী। কোদাইক্যানেলদা লৈবগী মতম লোইশিল্লক্লবদা স্বামীনা হায়বিখিবদু পাঙথোক্লবা নীংশিংজরম্মী। খূদক্তুদা বাবানা মালংদা মখ্যৎ ঙাইহাক হায়রগা

সীতাগী ফজখ্রবা লীক পরেং অদু পুথোক্লম্মী। ময়ামদা পীদুনা য়েংহল্লম্মী। ফজখ্রবা পৌর-পৌরবা মুক্তাশিং অদুদা নত্তনা, হনুমাণনা চীকপগী য়াখূলশিং য়াওনা পুথোক্লকপা অদু উবদা প্রোফেসর সম্পাত পূন্নঙক ঙকখি-তল্লম্মী।

অহুমশুবদা, ডা. এন কস্তুরিগী 'লভিং গোদ' হায়বা লাইরিক্তু নৈনসি। গোকুলদা অমসুং বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্বা বাল্য লীলা ময়ামদু বাবাসু মাগী বৃন্দাবন্দা অমসুং গোকুলম্দা শান্নখি হায়বা য়াই। মশাগী চহী ১৬ শুবা ফাওবা কৃষ্ণগুম্না বাবাসু মমান্নবা কম্নাবু নুংঙাইবা ফাগি (prankish pleasantry) কয়ানা শুমহৎলম্মী।

(ক) বৃন্দাবন্দা যসোদানা পীক্লিবা কৃষ্ণবু য়োকখিবগুম, পীক্লিবা সত্যগীসু করনাম্ সুব্বাম্মানা ওইখি। সত্য সাইনা পূংকক চাউরক্লবা কান্দা, মচা লৈজদবী সুব্বাম্মানা সত্যবু পীজ-পীথক তৌজবদা মাতৃ প্রেমগী লক্ষনা ফাওজরম্মী। ব্রাহ্মণগী য়ুমদু নিপামচা রাজুবু চাকশঙদা পুশিন্দুনা মাংথোক্লে হায়বা বদনাম পীরক্কনি কিজদুনা, লোন্না লোন্না পীজ-পীথক তৌজরম্মী। রাজুবু মখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা লৈবা খরা তোঙখৎপা মফমদা কৌরগা সুব্বাম্মাগী ময়ূমগী থোঙনাওদগী লামদুনা পীজরম্মী। সত্যনা চহী ৬ লোম শুরকপা কান্দা নোংমা অসিগুম্বা তাঞ্জাদুদা সুব্বাম্মাদা সত্যগী দৈব্য শক্তিবু উৎপিখি। উফূল চায় হায়দুনা যসোদানা মচা কৃষ্ণগী ময়া কাথোকহনবদা উখিবগুম, সুব্বাম্মাগী পাত্রদুদগী ঈশিং থক্লবা ময়া কাথোক্লকপদা 'ব্রহ্মাণ্ড' অসি মখনাউ মনুংদা উরম্মী। সৌরজগৎকী গ্রহশিং অসিনা মাগী মাগী পক্ষদা লৈনা লৈনা চৎপদু উরম্মী। অকিবা, তুজুংবা, হরাওবা ফাওরম্মী। থুনা য়াঙনা চেম্থোক্লক্লগা সত্যগী চরণদা কোন্দুনা কপচরম্মী। পিরাংতনা বাবাগী চরণদু শেংদোকচরম্মী।

(খ) চহী ১৩ রোম শুরক্লবা মতমদা নোংমা সাই কৃষ্ণনা শনবী-শন্নাও শেন্দুনা লৈরিবা খুঙ্গং অদুদা মতম চাদনা নোংনা পূমমম মমশীল্লম্মী। নোং হৈথরক্কদৌবগী খাকপা লাউবা হৌরক্লম্মী। মীশিং অদু ইপা পাখৎনদুনা কোয়চেন চেন্নরম্মী। মরুওইনা, রাজুগী মচে ভেনকম্মা অদু থরক হুনগৎলম্মী। ময়ূম শানবনি হায়দুনা কিলা শাদুনা চেক খরা পৈজবনি।

মৈদি ঈকহৌদ্রি; চোৎলি। নোং তাশিল্লবদি কিলাদু কায়রনি; চেকশিং অদুসু লোইনা লৈবাক ওম্থোকখ্রনি পাখৎচরম্মী। লৈকায়গী অহন-লমন খরনা পুত্তপার্টীগী মায়োক্লবদা, চিত্রাবতী তুরেলগী ৱাংমদা লৈবা খাংপোকশঙসিদগী চু মনা অকঙবশিং অদু খোম্লুরগা কূপশল্লু তাকপিরকখি। মদুগীদমক মখোয় খুঞ্জা তরামঙা রোম্না মচেগা লোয়ননা তুরেলগী লৈঙোই মথক্তুদা চেল্লম্মী। বাবাসু মখোয়গী মতুং ইন্দুনা ঙাইহাক চেল্লম্মী; অদুগা মরক্তা লেপ্লম্মী। মখূৎ য়েৎ থংবগী অপীকপা খূবাম অদু মথকলোমদা ঙাইহাক ৱাংনা থাংগৎলম্মী; অদুগা লাউরক্লম্মী—"*ভেনকম্মা! ভানা রাদু...*" '*ভানা*' হায়বদি 'নোং', '*রাদু*' হায়বদি 'লাক্লরোই'। নোং লাকখিদ্রে। বাবাগী সংকল্প মতুং ইন্না নোংশিং অদু লোইনা হূমদোকখ্রে। অঙকপা বাবাগী নুংশিরবা লীলানি।

(গ) চহী ১৪ রোম শুরকপা কান্দা ঈংখ্রবা ৱাকচীং থাদা অয়ূক্কী পূং মরি নংনবা হনুমাণ মন্দিরদা বাবানা মমান্নবা ময়ামগা লোয়ননা হেক হেক চৎলম্মী। মন্দিরদুগী শেংলবা পুখ্রীদা 'মাঘস্নান' তৌমিন্নরগা, মখোয়বু মন্দিরগী অকোয়বদা পরিক্রমা হেক হেক চৎহল্লম্মী। নোংমদি মমান্নবশিং অদুনা কন্না তকশীল্লকপদগী বাবাসু মন্দির অদু কোয়বা য়াওরম্মী। অমুক্তং কোয়রুবা লোইরকপদা, য়োং অচৌবা অমা কদায়দগীনো খঙদনা চোংথোরক্লম্মী; অদুগা বাবাগী লম্বী থৎলম্মী। ময়াম— 'হে প্রভু! ওন্নরে, ওন্নরে। ঐনা প্রভুদা পরিক্রমা তৌজগদবনি। প্রভুনা ঐঙোন্দা তৌবিগদবা নত্তে।" য়োং অদু কনা নত্তে; হনুমাণনি তাকপিখি বাবানা। হনুমাণ মন্দিরগী ৱারীনা ৱা-ৱা লাউনখি। বাবাসি অঙকপা ঈশ্বরগী শাইওননি শন্দোক্লখি।

(ঘ) চহী ১৫ রোম শুরকপা কান্দা নোংমা বাবানা মমান্নবা নিপামচা অমদা থুমোক অমা থন্না 'হঙোই' খূলহল্লম্মী। থুমোক অদু ফিনা কূপশিল্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মখূম অদু হাংদোকপদা হঙোইশিং অদু লোইনা 'শেন্দ্রাং' ওল্লম্মী; অদুগা হরাওনা পূন্না ফ্রুঙ পাইথোকখিরম্মী। রামানা মহাঋষি আশ্রমগী চহী মরিফু হেল্লবা সন্ন্যাসী (Octogenerian monk) অমনা লীখিবনি হায়না ডা. এন কস্তুরিনা মাগী 'লভিং গোদ' হায়বা লাইরিক্তুদা ইরি।

অসিগুম্বা ময়াম অসি 'অঙকপনি' হায়রুবদা বাবানা ফাগি তাথোকই। মাগী অঙকপশিং অদু করিসু নত্তবগুম খলহল্লি। কাঙনা শামুদা তোংবগুম হায়দোক্লকই। অশেংনমক, বাবানা 'অঙকপা' পাঙথোকই হায়বসি ঐখোয়গী 'অপঙবা' উৎপনি। ঈশ্বরগীদি মাঙোন্দা য়াওরিবা 'দৈব্যশক্তি' অদু মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনরকপনি। শক্তিশিং অদু উৎথোক্লকপনি। শন্দোক্লকপনি। 'সেল্ফ রিভিলেসন' নি। মখোয়শিং অসি অঙকপা নত্তে; নুংশি-নুংশিখ্রবা থৌদোক ঙাক্তনি। মখোয়শিং অসি ঐখোয়না খক খঙবসু ঙম্মোই। মরমদি মহাক মশামক অসি খঙবা ঙমদবা অমনি। *'অন্তরঙ্গ শক্তি'* শীজিন্নদুনা মাগী হান্নগী হকচাং'দুনা অদুম নোঙ্গুম্লকপনি। *'সৎচিদানন্দ'* ওইবা বিগ্রহ'দুনি। অহল খক ওইশিল্লোই। অহল ওইনা কৃষ্ণ উরোই। পোক হৌবা বাবা, মায় খুইজিনবা বাবা খক থোক্লক্লোই। বাবাগী লোন্দাদা, 'Self-same Rama, Self-same Krishna' নি। গীতাগী লোন্দাদা *'অচিন্ত্য'* হায়বদুনি। ঐখোয়গী খঙবা ঙম্বগী ব্রাংমদনি। লোজিক্কী ব্রাংমদনি। মীওইবগী যুক্তি, তর্ক অমসুং দর্শনিক অনুমান্না য়ৌবা ঙম্বা নত্তে। নোংচুপলোমগী লোন্দাদা, মরু ওইনা ইমানুয়েল কান্টকী লোন্দাদা হায়রগনা, ঈশ্বরদি 'ফেনোমেনা নত্তে, নৌমেনানি।' ট্রান্স-এমপিরিকেল নি। জড় জগৎসিগী ব্রাংমদা লৈবনি। অদুননি *ইসা উপনিষদতা পরব্রহ্মণ* (এবসোল্যুত) বু ওন্ন-তৈনবা মগুণ (কন্ত্রাদিক্তরি প্রেদিকেত্স) পীরিবা। 'মাদি লেঙদবনি; অদুবু পুক্লীংদগীদি হেন্না য়াঙখি।'

কস্তুরিগী ব্রাফম অমত্তংগা তাবীসি। কস্তুরি হায়বসি বাবাগী অশেংবা ভক্তনি। বাবাগা তোংন-তিন্নদুনা শাংনা লৈরক্লবা মীওইনি। মীতোপ অমত্তং লাকপদা 'নচে' উনৌ হায়দুনা ফাগি তৌদুনা মীয়াম্বু ঙকহল্লিবনি; মমৈদা কস্তুরিনি খঙনরক্লগা ব্রা-ব্রা নোকমিন্নরক্লবনি। মহাক মশানদি হায়জে-"চৈ অমদা থরাক থরাক য়াম্দুনা লৈরবা, কৈসু লৈত্রবা শেগায়রবা কোত হায়বদু ঐনি।" (a paltry thing, a tattered coat upon a stick.) অদুবু হায়নবা অমা লৈ-'ফিজোন্দুনা হেন্না হেন্না শেগায়রকপা খূদিংগী, খূব্রাক্ত খূনা খূনা ঈশৈ শক্লবা, হৌনা হৌনা শক্লকপা ঙম্লবদি, হুন্দোকখ্রক অরেম্বা ওইরম্বদু কান্নবা অরেম্বা ওল্লকই।' বাবানা ঐগীদি শেগায়বা ফিসু, ঈশৈসু অনীমক

শীনবিরি। হায়বদি, থীনা অহল ওইরে; অদুবু ভজন্দা লৃপ্তুনা পুক্লীং হকচাং তেকখৎলি। অসুক্কী মতীক নোল্লুক্লা, নাপল য়াওদনা অমদি বাবাগী ভজন্দা লৃপ্তুনা হিংলম্বা অহল ওইরবা কস্তুরিনি।

অসিগুম্বা কস্তুরিনা হায়রম্মী—"ঐগী নুংশিরবা সাইনা, মহাক্কী ইচ্ছা মতুং ইন্না লীলা শান্নদুনা, পৃথিবী পৃম্ববু পূমণাও ঙাওহল্লি।

মাগী মীৎখৎ অমনা 'মতম' বু শাংদোকহনবা/তেনশীলহনবা ঙম্মী;

মাগী ঙকহাই অমনা নোংদোন অতিয়াগী 'অহাঙববু' থক-খা ওন্থোকপা ঙম্মী;

মাগী মীৎয়েং অমনা চূমথাঙগী অখোয়ববু চুমথোকপা ঙম্মী;

মাগী খৃৎপায় অমনা শংবান্নবা সোরারেনবু মতৃম তাশীলহনবা ঙম্মী।"

অসিগুম্বা মীচম ঐখোয়গী মীৎয়েংদা নাতৈ চাদ-চাদবা কয়াবু, জুৎ চানা-চানা উহনবা ঙম্বা-শ্রীসত্য সাই বাবানি। অদুননি ডা. বরানাউস্কিনা হায়রিবা—"ঐনা মাবু লুনা লাৎচরিবসি, মাগী কোয়না চৎলিবা চমম্নবা (peripatetic Puzzle) অসিদনি।"

৫

# গুরু পূর্ণিমা ঃ সাই পূজা

*আগষ্ট ২২,২০০৭ ইং*

ইঙেন থাগী পুর্ণিমা নুমিৎ অসিদা অয়াম্বা ধর্ম্মগী সংস্থানশিংনা 'গুরু পুর্ণিমা' হায়না গুরুবু পুজা তৌনে। 'গুরু পূর্ণিমা' হায়বসি মীৎয়েং মঙাথোক্লা য়েংবা য়াই। অহানবদা, পৌরানিক (Mythological) কী মীৎয়েংদা য়েংসি। পরাসর মুণিগী মচাইবুংঙো বেদ ব্যাস অসি অংশ-অবতার অমনি। লৈশেমঙেদগী লৈরক্লবা শ্রুতি-গুরুগী চীনবান্দগী সেবক্কী নাকোংখক্তদা তাকপী-তম্বিদুনা লাকপা ব্রহ্মজ্ঞানশিংবু মহাক্লা লাইরিক ওইনা পুথোক্লকখি। *বেদ মরি-ঋগ, সাম, যজু,* অথর্ব্ব অমসুং মঙাশুবা বেদ হায়না খঙনরবা পুরাণ তরানিপাল ইথোক্লকখি। কনানসু ঙমদ্রিবা থবক অসি পাঙথোক্তুনসু, মপুক্লীংদা ইপেন পেল্লমদে। ঋাখলগী শান্তি লৈরমদে। চিন্তা তৌদুনতা লৈরম্মী।

নোংমা গঙ্গাদা হকচাং শেংদোক্লুরগা কারকপদা আকাশ মার্গদগী লেঙথরকপা *দেবঋষি* নারদগা থেংনরম্মী। ব্যাস দেবনা ইরাং লাঙলিবা মপুক্লীংগী ঋাফম কয়া পাউদমজখি। নারদ মুণিনা ব্যাস দেবদা তাকপিখি— "বেদ অমসুং পুরাণগী মতেঙনা ভগবান ফংবদি নাকোয়নবনি। ভগবানগা

ভক্তশিংগা লৈনবা ভক্তিগী মরমদা ওইনা লাইরিক অমা ইয়ু।" মতেঙ ওইনবা শ্লোক মরিসু পীবিরম্মী। মদুগী মতুং ইন্না শ্রীশ্রীমদ্ভাগবত ইখি। ভক্তি-প্রেমগী ব্রাফম ফোঙদোক্লকপদগীদি মপুক্রীং শান্তি ওইরকখি। ব্রহ্মতেজ ফাওরকখি। অদুগুম্লবা মমল নাইদ্রবা ব্রাফম কয়া তাকপিরম্লিবা নুমিৎ অদু ইঙেন থাগী পূর্ণিমা অসিদনি। নুমিৎ অসিবু 'গুরু পূর্ণিমা' হায়না মিংথোন্দুনা ঙসি ফাওবা গুরুবু পূজা তৌনরি।

অনীশুবদা, ব্রাহৈগী মরু থিবা (Etymological) গী মীৎয়েংদগী য়েংসি ঃ *'গুরু'* হায়বসি ময়েক অনীনা শাবনি। *'গু + রু।'* *'গু'* হায়বদি অমম্বা; *'রু'* হায়বনা মাঙহনবা। অদুনা গুরুগী অর্থদি 'অমম্ববু মাঙহনবা' হায়বনি। মীওইবগী অমম্বা জ্ঞানবু ঙাম্থোকহনবা ঙম্বা মীওইবু খঙনৈ। খরদং অমুক কৃপশিনবা অর্থদা, *'গু'* হায়বদি *'গুণাতীতা'*-গুণ য়াওদবা (Infinite)। *নির্গুণ* ওইবা। *'রু'* হায়বনা *'রুপাভর্জিতা'*-মওং লৈতবা। *নিরাকার* ওইবা। 'নির্গুন নিরাকার' ওইবা ভগবান অদু গুরুনি তাকপনি। 'ভগবান' হায়বা শব্দ অসিগী 'ভা' হায়রিবা ব্রাহৈসিমকসু, সংস্কৃতগী অভিদান (lexico graphers) কী মোত মতুং ইন্না অরংবা মঙাল (effulgence) বু খঙনৈ। বিজুলীগী মঙান্না ঙালহনবদি মফম খরতনি। মতম খরতনি। ভগবান্না ঙালহনবদি বিশ্ব-জগৎ পূম্নমক্কি। মীপূম খূদিংদনি। মীপূম খূদিংগী অমম্বা জ্ঞানবু ঙাম্থোকহন্দুনা, ঈশ্বরগী লম্বীদা চিংশিনবী তাকপিবনি।

অদুগা, 'পূর্ণিমা' হায়বা ব্রাহৈসিনা খঙনরিবসিনা করিনো? অমকপা লৈতবা, পূমঙান ঙানবা, অঙৈংবা মঙালবু খঙনৈ। প্রকৃতিদা পূর্ণিমানা ওইবগুম, মীওইবদা গুরুনা ওইবিরি। নুমিদাংগী অমম্বা পূম্বা পূর্ণিমাগী থাজনা মাঙহনবগুম, মীওইবগী অমম্বা ব্রাখল গুরুনা মঙাল পীদুনা ঙালহনবিরি। নাকোংদা মন্ত্র কান্নগা মখূৎনা পৈশা ঙাইবা সাধুশিং অদু গুরু নত্তে। ধর্ম্মগী মকোকথোংবা শারিবা অমদি সংসারগী অব্রা-অনা পূম্নমক থাদোকপা শাজিন্নরিবা সন্ন্যাসীশিং অদুসু গুরু নত্তে। গুরুদি *সদগুরু* ভগবানতনি। জগৎগুরু বাবাতনি। মতাঙসিদা চানক্যগী শ্লোক নীশিংসি-

*"এক চন্দ্রঃ তমো হন্তি; নশ্চ তারা গনৈরপি।"*

(থা অমখক্তনি অমম্বা পূম্বা মাওহল্লিবসি। কৃফেৎ-কাফেৎ তৌরিবা থৱাম্মিচাক ময়াম্না করি কান্নগনি?)

*অহুমশুবদা, ‘গুরু স্তুতি’গী মীৎয়েংদা য়েংসিঃ*
*“গুরু ব্রহ্মা, গুরু বিষ্ণু, গুরুদেবো মহেশ্বর।*
*গুরু সাক্ষ্যাৎ পরমব্রহ্ম, তস্মৈ শ্রীগুরুবে নম:॥’*

গুরু হায়বসি ব্রহ্মাগা চপ মান্নে। মহাক্না সৃষ্টি শেম্বগুম, মাগী শিষ্যশিংগী লমচৎ শেম্মী। গুরু হায়বসি ভগবান বিষ্ণুগা অমহানি। মহাক্না মাগী সেবক-সাখাশিংবু ঙাকপী-শেনবী। গুরু হায়বসি ভগবান মহেশ্বরগা পাংখক্লি। মহাক্না মহাক্কী ভক্তশিংগী ফত্তবা গুণশিং মাওহনবী। মরম অদুনা গুরু হায়বসি মীৎনা উবা পরমব্রহ্মনি। অদুগুম্বা শ্রীগুরুবু প্রনাম তৌজরি হায়বনি।

নোংমা ভক্ত কেলকারনা শির্দি সাই বাবাদা হংজখি—‘স্বামী! ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুমসিগী মরক্তগী করম্বনো ঐনা পূজা তৌজগদৌরিবসি? মদুদা সাই বাবানা শাউবা মানবা মওংদা হায়খি—“হে শৈতান! ঐহাক নহাক্কী নমাঙদা লৈরে। ঐঙোন্দা পূজা তৌনে।” অসুম্না বাবা মহাকসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরগী অপূনবা শক্তমনি হায়বদু মীওইবা জাতি পূম্বগী মহুৎ শিল্লিবা কেলকারদা তাকপিখি। মরম অদুনা কল্কী অবতার ওইরিবা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাবু গুরু পূর্ণিমা নুমিৎসিদা পূজা তৌজগদৌবনি।

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাসু মহাক্কী ইহান হানবা উপদেশ ওইনা গুরু মহিমা শক-শোল্লম্মী। খৃ. ১৯৪০ গী ওক্তোবর ২০ দা (মশাগী চহী ১৩ থা ১০ হায়বদি চহী ১৪) দা ময়ূমদগী বিদায় লৌদুনা থোক্লক্লবা মতুংদা ভক্ত অঞ্জানেয়লুগী ইঙ্খোলদা চীংদূম অমগী মথক্তা ফল্লদুনা মীয়ামদা ইহান হান্না তম্বিবা গুরু মহিমা অসুম্না শৈথাখি—

*“মানস ভজরে গুরু চরনম্*
*দুষ্টর ভব সাগর তরনম্*
*গুরু মহারাজ, গুরু জয় জয়...।”*

(হে ঈশ্বরবু থিজরিবশা! গুরুগী কৃপা নত্তনা, পোকপা-শিবগী অৱাবা ঈপাক লান্নবা অতোপ্পা পাম্বে লৈতে। গুরুগী চরণবু থৱায় হকচাং

য়াওনা পূজা তৌজৌ।) ঈশৈ অসিদা শৈরেংগী ফজবা ছন্দ অমসুং মনুং হুঞ্জিনবা অর্থ লোইনা য়াওই। অদুনা মসিবু সাই বাবাগী "ফাষ্ট সারমোন ওন দ মাউন্ট" হায়না খঙনরি।

মরিশুবদা, বাবাগী 'গুরু পূর্ণিমা শন্দেস্' অমা তাবীসিঃ পূজা তৌজরিবা নুমিৎ অসিদা ঐখোয়না গুরুদগী নিজগদৌরিবসি করিনো? খৃষ্টাব্দ ২০০২ গী গুরু পূর্ণিমা নুমিৎতা প্রসান্তি নিলয়মগী কুলৱন্ত হোলদা বাবানা ৱাফম অনীখক তাকপিখি।

(ক) Detachment: বৈরাগ্য ওইবা তম্মু। মপাম্বোংগী পুন্সিদা লৃপ্পা হন্থনবা হোৎনৌ। নঙনা শিবা কান্দা কনাসু লোয়নরোই। উফূল খূবাম অমফাওবা নঙনা পুবা য়ারোই।

(খ) Enlightenment : দৈব্যজ্যোতি ফংনবা হোৎনৌ। নঙগী থম্মোয়দু নুংশিবনা থলহল্লু। পূম্নমক ঈশ্বরনি খনবা তম্মু। মৈবূল অমত্তগী মৈরীক ঙাক্কনি। মসিদগী হেন্না ৱাংবা সাধনা লৈত্রবনি।

অসুম্না অহানবদা, স্বার্থত্যাগকী লম্বীদা চৎপা ঙমহনবা। অনীশুবদা, বিশ্বপ্রেমগী মৈরী চূখৎপিবা। মসিনি ঐখোয়গী ঙসিগী প্রার্থনা।

তশেংনমক, ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাদি জগৎগুরুনি। নুংশিবগী শায়োন্নি (Cosmic Compassion in human form) মাগী পুন্সিনা মাগী পাউজেলনি। মাগী পাউজেলদি নুংশিবনি—মশাগী ওইজবা থিদবা। কৎথোকপা। ত্যাগ। লৌশীনবা য়াওদে সাইগী পাউজেলদা। মসিদি পীথোকপতনি—পীথোকপা। পীথোকপা। মাতৃ প্রেমদগীসু হেন্না ৱাংঙি বাবাগী নুংশিবদি। মাদি তশেংনমক ইমানি, ইপানি, গুরুনি অমসুং ঈশ্বরনি—অমত্তদা লোইনমক পূনশিল্লবা।

পূম্নমকপু নুংশিয়ু—মহাক্না হায়রি।
পূম্নমকপু সেবা তৌ—মহাক্না তৌরি।

শম্না হায়রবদা, সাইগী পাউজেলদি নুংশিবনি। তেঙবাংবনি। মদুতদা ঐখোয়গী পুন্সিদা অহোংবা (transformation) লাক্কনি। অতৈনা পুন্সিদ্ তমজনফম ওইরক্কনি।

মগুাশুবদা, বাবানা তাকপিরিবা পাউজেল অনীসি মরীক চুম্না খগুনবা ঐতিহাসিক ওইবা ৱারী (parable) অমগা, জয় থোমাসকী ৱাফম (personal experience) অমগা তাবীসি।

### (ক) ঐতিহাসিক ওইবা ৱারী

নিংথৌরেল অশোক্না মাগী মন্ত্রী অমগা লোয়ননা নোংমা কোয়থোক্লম্মী। লম্বীদা বৌদ্ধ লম্বোইবা অমা থেংনরম্মী। খূদক অদুদা অশোক্না মাগী লূহূপ লৌথোক্লগা লম্বোইবা অদুগী মখোগুদা দগুবত তৌদুনা খুরুম্লম্মী। মদুদা মন্ত্রীদু নুংঙাইত্তবা ফাওরম্মী। করিসু লৈত্রবা লম্বোইবা অমগী মখোগুদা অসুক চাউথ্রবা নিংথৌরেল অমনা মকোক নোনবা অসি ফজদে খল্লম্মী। নিংথৌনা মন্ত্রীগী ৱাখলদু উরম্মী। মতাগু চানা পারা অমা তম্বিগে খল্লম্মী। মহারাজ অশোকতি ধর্ম্ম পূম্নমক ইকায়খুম্নবনি। সত্য অমসুং ত্যাগকী লম্বীদা চৎতুনা মীওইবদা ফিদম্নফম ওইবা লীচৎ উৎলিবনি। মতম খরগী তুংদা, নোংমা মাগী মন্ত্রী অদু কৌশিল্লম্মী। হামেগু মকোক অমগা, য়াও মকোক অমগা, মী মকোক অমগা পুরকউ তাকপিরম্মী। পুরক্লবা মতুংদা, মখোয়শিং অদু কৈথেলদা য়োল্হোক্লবা হায়রম্মী। য়াওগা হামেগুগগী মকোক্তি থুনা শীৎখ্রে; মী মকোক্তুদি কনাসু লৈবা লাক্রে। পাউসি তম্নুবদা, নিংথৌরেলনা কনাগুম্বা অমদা লেম্না পীথোকখ্রো তাকপিরম্মী। মন্ত্রীনা মী মকোক অদু কৈথেলদা অমুক হন্না পুরম্মী; নুমিৎ নিনি চুপ্না হারম্মী; লৌবীনবা কনাসু চোংথোক্লকখিদে। পাউ অদু তম্মুবদা, নিংথৌরেল অশোক্না হায়রম্মী-খগুঙেদনা মন্ত্রী, ঐনা লম্বোইবগী মখোগুদা ইকোকসি থম্বদা নগুনা য়াম্না নুংনাংখিবদো। হিংলিঙৈদা পুম্নিসে খরদংতা ওইরবসু ঈশ্বরগী নাক্তা নকশীন্ননবা হোৎনহৌগদবনি। আত্মানা থাদোকখ্রবদা মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং অসি মমল করিসু য়াওদবনি। মপাল্হোংগী লন-থুম অমসুং ফমথোন হায়বসি মতম খরা খক্তগীনি। মিংশেলদা তাবা মমিগুম্বনি। অশেংবা নত্তে। নগুগী য়েৎথংবা মীৎতু মিংশেলদদি ওয়থংবা ওইনা উরিবনি। মদু অচুম্বনি খল্লুনু।

### (খ) জয় থোমাসকী ৱাফম

নুংশিবা হায়বসি শাগৎনবা হোৎনবদা অকনবা সাধনা চঙঙি। "লাইফ ইজ লভ, এনজোই ইট্" হায়বা লাইরিক অদুদা কালিফোর্নিয়াগী জয় থোমাসনা ৱাফমসি য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি। মানা ইরি—"ঐনা ভারত্তা 'হিংলিবা গুরু' থিবা লাকপনি। তশেংবদি জ্ঞান থিবা লাকপনি। পুন্সিগী পান্দম করিনো হায়বসিদা মীয়াম্না পঙাঙ ঙাঙনৈ। পাউখুম অদু খঙনা ব্যাখা তৌবা ঙম্বা মীওইনি ঐনা থিরক্লিবসি। ঐ কনানো? করম্না ঐ ওইরক্লিবনো? করি তৌবা তাবনো? শম্না, পুন্সি হায়বসি করিনো?"

খৃষ্টাব্দ ১৯৮১গী দিসেম্বর ১৬ তা ইহান হানবা উনবদা, সত্য সাইনা হংঙকখি— "নঙগী নচা কয়া লৈ?" "অনী লৈ, স্বামী" হায়না খুম্বদা বাবানা হায়রকখি— "লাম্লি, নঙগী অঙাং তরেৎ লৈ।" বাবানা মখা তাথখিদ্রে; ঐসু ৱাখল খন্দুনা লৈহৌই।

চহী মঙা চুপ্না ভজন শক্কুনা, কীর্ত্তন য়াওদুনা, লাইরিক পাদুনা, জ্ঞান থিদুনা বাবাগী ৱাহে অদুগী অর্থ থিরম্মী। মরূপ অমদগী ইখঙ খঙহৌদনা "দ একারিয়ান গোসপেল্ ওফ জেষস, খ্রাইষ্ট" হায়বা লাইরিক অমা ফংঙম্মী। পারুবদা থেংনরুই— "তরেৎ হায়বসি মী পূম্নমক'সিগী অপূনবা মশীংনি।" খৃষ্টানশিংগী মোত্তা তরেৎনা খ্বাইদগী চাউবা মশীংনি। বাবানা তাকপিরিবসি লোইনমকপু মচা ওইনা নুংশিযু তাকপিবনি হায়বসি খঙলে। নুংশিনবা হোৎনৈ, অদুবু ঙম্লমদে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৯২গী এপ্রিল থাদা কোদাইক্যানেলদা বাবাগী দর্শন অমুক তৌজে। বেলকোনিদগী মখাদা য়েংথরক্লগা ঐঙোন্দা ৱাহং অদুমক অমুক হংঙকখি—"নঙগী অঙাং কয়া লৈ?" ঐ পূমঙক ঙকখি। চহী ১১ শুরফাওবদা বাবানা ঐবু নীংশিংলমখি। ৱাহং অদুসু কাউবিরমদ্রি। ৱাহং অদুদা ইপা পাখৎতুনা হান্নগুম ঐনা খুমখি—"অনী, স্বামী।" স্বামীনা য়ানীংদবগী মখূৎ হাইরম্মী। অদুগা তূমিন চৎখি।

ব্রাহং অসি আধ্যাত্মিক্কী থাক্তা কাখৎনবা বাবানা থারকপা কৈরাক ওইরমাল্লে। মীকুপ অদুদগী ঐগী ব্রাখলদা অহোংবা অমা লাকখি। বিশ্বপ্রেমগী তীর্থ যাত্রিক অমা ওইরকখি। ঐখোয় পূম্নমক স্বামীগী মচানি। দৈব্যজ্যোতিগী মৈরীক অমমমনি। বাবানা মীয়ামদা নুংশিবা য়েনবগুম, ঐখোয়গী নুংশিবসু ময়ামদা করিগী ফংহল্লোইদৌরিবনো? খল্লকই। চঙশিল্লকখি। অদুবু লম্বেলসি য়াম্নদি নাল্লি। লাকপদা অব্রাবা কয়া নংখি। কয়ারক নাম্থখি। কয়ারক তুখি। অদুবু ঐনা লেপখিদে। সুম সুম চঙশিল্লি। অনেম্বা থাক্কী ঈচেলদদি পুক্সিগী সমস্যা ময়াম লৈরি—অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা, য়েংথীনবা কয়া কয়া। অনেম্বা থাক্কী মথক্তা চেল্লিবা নুংশিবগী ঈথক-ইপোমদা ঐহাক তাউথরকখি। ঐখোয় পূম্নমক ইপা অমত্তগী মচানি। থাদোক্লবা য়াদবা ইমুং অমত্তগী মীওইনি। খন্ন-খন্না ঐগী নুংশিবসি শন্দোক্লকখি। পাকথোক্লকখি। বাবাগী নাক য়ৌরকখি।

নুমিৎ অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৯৩গী ফেব্রুব্রারী তাং ১ নি। স্বামীগী ওয়রোম থংবদা পুত্তপাটীগী উনফম কাদা ঐ ফন্নম্মী। য়েৎলোমগী অদুদা ঙাইহাক ঙাঙলম্নগা ঐঙোন্দা ওনশীল্লগা হান্নগী ব্রাহংদুমক অমুক হংলকখি—"নঙগী নচা কয়া লৈ?" হন্দক্তি অচেৎপা পুক্নীংগী থাজবা অমগা লোয়ননা বাবাদা য়েংজরম্মী। অদুগা থুনমক ঐনা ঐগী খুৎ য়েৎ অসি ঐগী থম্মোয়দা থম্নগা খুমখি—"পূম্নমক অসি ঐগী ইচা ঙাক্তনি, স্বামী।"

হরাওনা, অঙকপা মীনোক অমগা লোয়ননা বাবানা তিল্লিবা মীয়ামদা ওনশীন্দুনা লাউথোকপিখি—"মাদি অচুম্বা খঙলে। অচুম্বা খঙলে।" চহী তরানিথোই চঙনা হোৎনরগা জয় থোমাস বিশ্বপ্রেমগী মঙাল ফাওখি। বাবাগী আশীর্ব্বাদ ফংজখি।

তশেংনমক, ব্রাফম অসি অরায়বা নত্তে। লাইগা হিংচাবগা শঙ্গোমগী সমুদ্র নৈখাইবদা অহানবা থোক্লকপসি হূনি। জীব কয়া শিবা য়াবা অকনবা হূনি। অদুবু লেপ্তুনা চৎথখি। মমৈদা অমৃত ফংখি। লাইশিংনা অমৃতদু থক্কুনা মাঙলূরবা মপাঙ্গল মরৌশিং অমুক নৌনা ফংখি। হিংচাবশিং অদুদি বিষ্ণুনা পুথোকপা মশক-মতৌ ফজরবী মায়াগী নুপী অমদা ঙাওরিঙৈদা অমৃত থকপা ফংহৌখিদে।

বারোইশিন্দা, বাবানা তাকপিরি—ভগবান যীশু, জোরোস্ত্রা, অল্লাহ, রাম, কৃষ্ণ, বুদ্ধ কৌনীংবা কৌ। পূম্নমক তেলেগু মরোলদা, বাবাগী লোন্দাদা— '*পেত্তিনা পেরু*' নি। কনাগুম্বা খরনা থোঙ্গিনবা মিংনি। নুংশিবখক্তনি, 'পুত্তিনা পেরু' ওইরিবসি। ঈশ্বরগী অশেংবা মমিং ওইরিবসি। কৌনরিবা 'মিংশিং' অসিদি হোংবা নাই; 'নুংশিবা' হায়বসিদি হোংবা লৈত্রে। অদুগুম্বা নুংশিবদু য়োকখৎলু। মদুতনা অশেংবা ভক্তিনি।

*"Start the day with Love;*
*Fill the day with Love;*
*End the day with Love;*
*That is the way of God*

*–Baba*

## ৬

# সাই বাবা ’সিবু লাইরনে?

*নভেম্বর ২৩, ২০০৭ ইং*

(সাই বাবা লাইনিংগী অণ্ডকপা ঈহৌ অমা মণিপুরদা হৌজিক লাক্লে। ঈশিং ঈচাওগুম সাই ভক্ত মশিং অতৎ-অখম লৈতনা হেনগৎলক্লি। ভজন মন্দলি কয়া মণিপুরগী কাচিন কোয়া শিন থুংনা লৈনরক্লে। সাই সমিটিশিংগী সাইজ নোংমা নোংমগী চাওবা হেনগৎলক্লি। ওর্গেনাইজেসনগী মতাংদসু, মথং মথং চাওখৎলক্লুনা মণিপুর ষ্টেটকী তোঙানবা সাই য়ুনিট অমা বাবানা পীবিরক্লে। মণিপুর হৌজিক সাই ষ্টেট অমা ওইরে। খৃ: ২০০৭ গী ওক্টোবর তাং ২৫ দদি এদভোকেট হৈস্নাম মণিহারবু ঐতিহাসিক ওইরবা ইহান হানবা শ্রীসত্য সাই ওর্গেনাইজেসন, মণিপুরগী প্রসিদেন্ট ওইনা ভগবান বাবানা কৃপা পীবিরক্লে হায়না ওল ইন্দিয়া প্রসিদেন্ট (AIP) শ্রীনিভাসন্না ই-মেল্ থাবিরক্লে। বাবাগী ইঙ্গিৎ মতুংইন্না ২০০৭ গী নবেম্বর ২৩ দা বাবাগী ৮২ শুবা জন্ম দিবস পালন নুমিত্তা শ্রীসত্য সাই ওর্গেনাইজেসন, মণিপুরগী মন্ত্রী পুখ্রি সাই মন্দিরদা ভক্ত লিশিং অমরোম তিন্দুনা উদঘাটন তৌখ্রে। ঈশ্বরগী চরণদা সাই ভক্তশিংনা ভজন ১২ কৎচরবগী মতুংদা চৎনবী অমা ওইনা ‘দিসকোর্স’ মতেক অমা সেবা তৌজখি। মদু মখাদা থমজরি।)

মন্দিরসিদা ঐখোয়না শোল্লিঃ *"শিবোহম, শিবোহম"*-ঐ শিবনি, শিবনি হায়না। সমাজদদি মীয়াম্না তেংথারিঃ *'শবোহম, শবোহম'*—ঐ শিরে, শিরে হায়না। কয়াদা তায়োন্নখ্রবা তাইবংনো! অমুকসু, মন্দির'সিমক্তদা তিল্লিবা ভক্তশিংগী মরক্তসু ভেদা ভেদি লৈরি। 'তু বি ওর নোট টু বি'-হায়দুনা পল্লেপফম খণ্ডদবা সেক্সপিয়ারগী হেমলেটকুম, ঐখোয় খরদি স্পিরিচুয়েল হেমলেট ওইনরি। সাই বাবা'সিবু লাইরা, লাই নত্তবরা! খঞ্জান্নবা কয়া লৈতবা নত্তে। অহানবদা, ভারতকী নুং অমসুং পানগী লাইওইরবা খরগী ভবিষ্যবানি (প্রিদিক্সন) তাবিসি। খুদম চাংদম য়েংমিন্নসি। মথংদা, চহি ৮১ রোমসিদা বাবানা উৎপিরিবা মিরাকলস, মল্টিফেরিয়স মিরাকলসময়ামশিং অসিদগী মহিমা খরসু খণ্ডমিন্নসি। অদুগা ব্বারেপ লৌমিন্নসি।

(ক) চহি ৫০০০ রোমগী মমাংদা ব্যাসদেবগী মচানিপা সুকদেব গোস্বামীনা ইবিরম্বা 'সাই চরিত্রনাম' হায়বা লাইরিক্তুদা জগৎকী মপু ওইবা মহাক্না খা-ভারত্তা ঈশ্বর পূম্নমক্কী শক্তি অমসুং শক্নোন পুন্না লৌদুনা 'সাইনাথ' হায়না অবতার তৌরগনি, চহি ৯৬ লৈদুনা অঙক অঙকপা লীলা কয়া শান্নরগনি হায়না ইদুনা থম্বীরম্লবনি। অদুগুম্বা সাইনাথ অদু প্রসান্তিগী সাইবাবা অসিনি।

(খ) চহি ৫০০ রোমগী মমাংদসু ফ্রন্সকী মাইকেল দি নোষ্ট্রাদামস হায়বা তুংদা থোক্লগদবা থৌদোকশিং খণ্ডবা নিপাদুনা 'দ মেন হু শো টু-মোরো' হায়বা লাইরিক্তুদা ইরম্বা থোক্লগদবা মরুওইবা থৌদোক ময়ামগী মনুংদা মরিখক্তি বাবাবু তাকপীবা ওইরম্মী। (১) মতম কুইনা ঙাইরিবা মহাক্তু যুরোপতা পোক্লরোই, এসিয়াদা লাক্লনি। (২) মায়কৈ অহুম ঈশিংনা কোয়বা মফমদা পোক্লনি। (৩) শগোলশেল নুমিত্তা পুজা তৌ হায়রগনি। (৪) নিংথৌ পূম্নমক্কী নিংথৌ ওইরগনি। মসিসু ঐখোয়না ঈরাৎচরিবা বাবাগী বর্নণনি হায়বদা করি লাল্লিবগে?

(গ) বাবানা ভুমিষ্ট ওইরমদাইদা, মন্দির মতোন্দা লৈবা কাংসি মখোল থোক্লকখি। ফক্লাংদা য়ানবা মৃদঙ্গ, তানপুরা, মন্দিলা মতোমতা য়ৈরকখি। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং'দুগী মনাক্তা, বৈকুন্ঠদা শ্রীবিষ্ণুগী শৈজা ওইনা লৈবা 'আদি শেশা' হায়না খণ্ডনবা আনন্তগুম্না, খারৌ অমনা ফৈদী

কোন্দুনা লৈরম্মী। মমৈদা মাংখি। অঙাংদুগী খুয়াদা শঙ্খ অমসুং চক্রনা লৈতেংঙম্মী। অসুম্না পোকপদা ঈশ্বরগী ওইবা চিহ্ন কয়া লোয়নরকখি।

(ঘ) খৃঃ ১৯২৬ কী নবেম্বর তাং ২৪ (হায়বদি সত্য সাই বাবানা পোকপগী পুং ২৪গী হেক মতুংদা) য়ুমশাকৈশ নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা, পণ্ডিচারি আশ্রমদা মহর্ষি শ্রীঅরবিন্দোনা নুমিৎ হুম্নি ধ্যান তৌরুরবা মতুংদা য়াম্না হরাওনা মোমোন নোক্তুনা থোক্লকখি। "পৃথিবীসিদা শ্রীকৃষ্ণনা মীওইনা লেংথবিরক্লে" হায়না আশ্রমদা লৈবা সেবক সাখাশিংদা লাওথোক্লম্মী। নুমিত্তুদা হান্ননা লৈরম্বা প্রোগ্রাম পুম্বা ককথৎলগা আশ্রমদা লৈবা সাধকশিংবু কৌশিন্দুনা অথুম-অহাও চামিন্নরম্মী। নুংঙাইবা ফোংদোক্লখি।

(ঙ) ঈশ্বরবু থাজখিদ্রবা কম্যুনিষ্ট রাশিয়াগী পোলেণ্ডদা পোকপা ওল্ফ মেসশিং মনোবিজ্ঞানগী অঙকপা শক্তি লৈরবা মীওইনি। ফাওরবা ডা. বরোনাউস্কিগী ওজানি। খৃঃ ১৯৩৬ তা মহাক ভারত্তা লাক্লম্মী। কুন্দাপাহদগী আনন্তপুর চৎপগী ত্রেন্দা তোংলম্মী। আনন্তপুর য়ৌদ্রিবঁদা কমলাপুরম রেলবে ষ্টেসন্দা ঙাইহাক খাম্লম্মী। বাবাগী লাইরিক তম্ফম জগানি। মমান্নবা অনিগা ষ্টেসন অদুদা লৈরম্মী। চহি তরামুক্তা ঙাইরিবা বাবাবু উবদা, নুংদা লৈরিবা দৈব্যশক্তিশিং অদু উজদুনা ট্রেন্দগী চোংথরকখি। চেনশিল্লক্তুনা বাবাবু হন্না হন্না চুপচরম্মী। "ঐ নুংঙাইরে", "ঐ নুংঙাইরে" লাউরগা মখজাইদা পি মতুম মতুম শিন্থরম্মী। ব্রাং চাউরবা ঙৌরোক ঙৌবা নিপাদুনা তৌরিবা মতৌদুদা মমান্নবশিং অদুনা পাখৎলম্মী। ফাগদৌরিবোই নিংঙম্মী। থুনা য়াংনা বাবাবু মমান্নবশিং অদুনা পুথোকখিরম্মী। মানা মদুদা জগোয় শার শারদুনা য়েংদুনা লৈজহৌই।

পূম্নমক অসিনা বাবাবু ঈশ্বরনি হায়বগী প্রমাননি হায়বদা করি অমুক চিংনরি? মথংদা মহিমা খরা তাবিসি। (ক) প্রসান্তি নিলয়মগী শ্রীসত্য সাই ইন্সটিট্যুট ওফ হয়ার লার্নিংগী ভি. সি. ওইরম্বা, হৌজিক্তা রেদিও সাই গ্লোবেল হার্মোনিগী দিরেক্তর ওইরিবা, পদ্মশ্রী ডা. জি ভেনকতরমননা বাবাগী প্রোক্সি পব্বার উৎপা থৌদোক অমা লিবিরি।

চহি ৪৫ রোমগী মমাংগী ৱারীনি। ভেনকতগীরিগী লৈখিদ্রবা রাজা অদু বাবাগী অশেংবা ভক্ত অমা ওইরম্মী। মতমদুগী পুত্তপার্টী অমসুং আশ্রম হৌজিক্কীসিগদি য়াম্না শাথিনা খেন্নরম্মী। কুম্মৈ নুমিৎশিংদা রাজাদুগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা বাবাবু দোলায় অমদা হাপ্লগা শাংনা শাংনা সভাযাত্রা চৎনরম্মী। নোংমদি অয়ুক অঙনবা অমদা মথক্তা হায়প্রিবা সভাযাত্রা অদু চৎলিঙৈদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখিরম্মী। লমদম অদুগী মীওই অয়াম্বনা বাবাবু য়ানরমদে। খদ্রকনি খন্নরম্মী। নুমিৎ অদুদদি মীয়ামগী ঈহৌদু য়াম্না শাথিরম্মী। দোলায় মথক্তা লেংশিল্লিবা বাবানা দৃশ্য অদু উবদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মমিৎ খানা য়েংঙম্মী। খাংবা ঙমদ্রদুনা মীয়ামদু কায়দুনা চেন্নরম্মী। অদুবু সভাযাত্রাদু থুগায়নবা হোৎনবদি লেপ্লমদে। অচৌবা ইরোই অমা মীয়াম মরক্তুদা থাজিল্লক্লম্মী। সভাযাত্রা চৎলিবা ভক্তশিং অদু ইপা পাখৎনরম্মী। তাঞ্জাদুদা রাজাদুগী মনাই অমা ইরোইদুগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লম্মী অদুগা মচি অনিদু পায়দুনা ইরোইদু লাক্তুনা লংঙম্মী। সড়ক ৱাংমদা তারম্মী। খনবিয়ু, চাউপ্রবা ইরোইদুবু মীওই কনানা লংবা ঙমগদৌরিবনো? ওলেম্পিক্কী অরুম্বা থাঙ্গৎপা কনানসু মদু তৌবা ঙম্লোই। অদুবু রাজাদুগী মনাই অমনা ইরোইদুবু থাঙ্গৎপা অমসুং লংথোকপা ঙমখি। ইরোই থাঙ্গৎলিবদু স্বামীনা নত্তে, রাজাগী মীয়াম মরক্তগী ইচম চম্বা ভক্ত অমননি। কদায়দগী মপাঙ্গলনো মানা ফংখ্রিবদুবো? ভগবান বাবাদি তোঙান তোঙানবা মওং কয়াদা মাগী শক্তি উৎপিরিবনি। বারাগী প্রোক্সি পৱারনি।

(খ) খৃঃ ১৯৮৩গী ওক্টোবর থাদা ইটালিগী কোনুং রোমদা ফার্স্ট ৱার্ল্ড কনফরেন্স ওফ সত্য সাই সেবা ওর্গেনাইজেসন্স পাঙথোক্লম্মী। মদু য়াওননবা 'সনাতন সারথি'গী এদিটর ভি·কে নরসিংহ চৎলম্মী। প্লেন মনুংদা ময়েক অকুপ্পা পানবা মহাক্কী অথাবা অনোক্তু কাওরম্মে নিংশিংঙকখি। সেক্সন অমগী কো-ওর্দিনেটর ওইবনিনা প্রি-পব্লিকেসন কোপি ময়াম পাগদবনি। ইহান হানবদা, 'অষ্ট্রেলিয়ান সত্য সাই এন্নুয়েল'গী এদিটর ডা. সরা পৱন লাক্লম্মী—কনফরেন্স তৌগদৌরিবা, মানসু লৈরিবা রোমগী হোটেল অদুদা। আনোক্তু য়াওদনা লাইরিক পাবা ঙমদ্রবা অদদা ভি. কে. নরসিংহনা বাবাব

স্মরন তৌজদুনা কপ্পুনা খুরুমজরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা ডা. পবন অমসুং নরসিংহ্ অনিগী মরক্তা লৈরিবা কুশনগী ফিদা অদুদা পুপ লাওনা আনোক্তু তারকখি। মখোয় অনি পুংঙক ঙক্লম্মী। বাবাগী অঙকপা কৃপানি খন্নখি। প্রসান্তিদা হল্লক্লবা মতমদা, বাবানা "বেঙ্গলোরদগী রোম তান্না ঐনা নঙগী আনোক অদু থিনবিরকপনি" তাকপীখি।

(গ) নোরবেগী ইঞ্জিনিয়ার টিদেমান জোহানসেন বাবাগী কৃপা ফংলবা ভক্ত অমনি। মালংদগী পুথোকপা খুদোপ অমা মাঙোন্দা বাবানা খুদোল তম্বীখি। মাগী থবক্লা য়াদদুনা বাংলাদেশতা চৎখি। অদুবু নোংমা মাগী থবক্কী চৎপদা বাংলাদেশকী চিট্টাগোং তুরেলদা খুদোপতু তাথোকখিরম্মী। থা অহুমলোমগী মতুংদা মহাক্লা বাবাগী নাক্তা অমুক লাকখি। বাবানা নঙগী খুদোপতি হংবদা মানা খুমখি—"চিট্টাগোং তুরেলদা তাথোকখ্রে।" বাবানা থা অহুমগী মমাংদা তাথোকপ্রবা খুদোপ অদুমক মঙোন্দা অমুক হন্না পীবিখি। বাবানা হায়বিখি—"য়েংউ, নঙগী খুদোপ অসিদা লৈরে। মসি ঐগী খুত্তা তারকখি। মরমদি ঐদি তুরেল অদুদা লৈ, তুরেল পূম্নমক্তা লৈ। মফম পুম্নমক্তা লৈ।"

তশেংনমক, বাবাদি সর্ব্বব্যাপিনি (*Omnipresent*)। অন্তর্জামিনি (*Omniscient*)। সর্ব্বশক্তিমাননি (*Omnipotent*)। ঐশ্বর্য্য পম্নমক্লা পুল্লবা পুর্ন অবতারনি।

(ঘ) পুর্ন অবতার ওইবনা, ভগবান বাবাদদি ওইথোক্তবা হায়বসি অমত্তা লৈতে। মথ্বায় পানবা জীবনা মথ্বাই পান্দবা পোৎ ইরাই লাইনা ওত্থোকপা ঙম্মী। ককচেংনা জপমালা মরু অমুবা ওত্থোকপগী ব্বারী লৈ।

ইংঙেল থাগী ইরাইশিং অসি হিন্দুশিংনা অশেংবা নুমিৎনি লৌনৈ। হিন্দুগী লুহোংলবী নুপীশিংনা গৌরী পুজা (পার্ব্বতী ইমা খুরুম্বা) কৎনৈ। মপুরোইবগী মঙ্গল নীজে। স্বামীগী চরন থম্বালগী সেবাগা লোয়ননা পুজাসি কচ্চগে হায়দুনা হিন্দু মতৈ মনাও অনিনা সংকল্প তৌজরম্মী। স্বামীদা হায়জরুবদা য়াবিরক্লম্মী। লাই খুরুম্বগী পোৎলম ময়াম থৌরাং তৌজরম্মী।

অদুবু য়াম্না মরুওইবা জপমালা মরু অমুবদি ফংবা ওন্নমদে। হায়নখিবা মতম চপ চানা স্বামী লেংঙক্লম্মী। ইপা পাখত্তুনা লিক মরুশিং অদু য়াওদনা পূজা হৌরম্মী। অব্রাৎপা অদুগীদমক মপুক্লীংদা নিংকোক নিংকোক তৌরম্মী। য়েংবিয়ু বাবাগী কৃপা, দয়া। স্বামীগী চরন্দা কৎচবা লৈ অমদগী ইখঙ খঙহৌদনা অচৌবা ককচেং অমুবা অমা থোক্লক্লম্মী। 'নখোয়দি ঐঙোন্দা ককচেং অমুবা ওইনা কৎলেনা!' হায়দুনা ফাগী ওইনা বাবানা মখোয়দা হায়রম্মী। অদুগা থোক্লক্লিবা ককচেং অদু বাবানা লৌখৎলগা নুপীদুগী মখুবাক্তা হাপ্লম্মী। খুদক অদুদা ককচেং অদু অমুবা লীক মরু অনি ওম্বোকখ্রে। মতৈ মনাও অনি অদু পুংঙক ঙক্লম্মী। পুজাগী পোৎচংগী অব্রাৎপা লৈত্রে হরাওজরম্মী। নিংদা নিংজবদা হেক্তা পুথোকপীরকপা ঙম্বদু উবদা মতৈ মনাও অনিদু পুংপেন পেনজরম্মী। অসুম্না বাবানা মথ্বাই পানবা জীবদগী মথ্বাই পান্দবা পোৎ ওম্বোক্লম্মী। সংকল্লবু লৈরবদি হেক্তা ওইহনবা ঙম্বা বাবাগী সৃষ্টি শক্তি উৎপীখি।

(ঙ) মথক্কী অসিদগী পুমওন ওন্ন-তৈনবদা, মথ্বায় পান্দবা পোৎতগী মথ্বাই পানবা জীব ওম্বোকপসু বাবাদি ইরাই লাইনা ঙম্মী। ক্বামনাদগী তেনব্রা ওম্বোকপা।

স্বামীনা নোংচুপ থংবা অন্ধ্র প্রদেশতা চৎপগী ব্বারীনি। গোদাবরি জীলাগী ভক্ত অমগী য়ুমদা লৈরম্মী। চাক্লেন চারবা মতুংদা প্লেট অমদা ক্বামনা, ক্বা, শুনু, মরু মরাং ময়াম হাপ্তুনা বাবাগী মাংদা পুথোক্লম্মী। ক্বা চানবা তপ্পদা বাবানা শান্ন-শান্ননা ক্বামনাশিং অদুদগী মশিংশিং অদু লৌথোক্লম্মী।

মনাক্তা লৈরিবা ভক্তশিং অদুগা ব্বারী শানা শানা প্লেটতগী মশিংশিং অদু লৌখত্তুনা তেনব্রা অমা মান্না শারম্মী। অদুদগী বাবানা ময়ামদা ব্বাহং অমা হংলক্লম্মী—"ঈশ্বরনা থবক চিনবসি করিদনো খঙবরা?" ময়াম্না খুম্লক্লম্মী— "ঈশ্বরনা চিল্লিবসি সৃষ্টিদনি। শেমগৎপদনি।" বাবানা নোক্ল-নোক্লদুনা, মমাংদা লৈরিবা অশাবা তেনব্রা'দুদা তাপ শোক্লম্মী। মথ্বাই পাল্লক্লম্মী। তেনব্রা'দু মশা খপ-খপ্তুনা থুনমক পায়খিরম্মী। থৌদোক অদুদা ভক্তশিং অদু পুংঙক ঙক্লম্মী। ময়াম্না নুংঙাইবদুদা স্বামীসু হরাওনা নোকখিরম্মী।

প্রমানশিং অসিদগী বাবাসি অশেংবা ঈশ্বরনি খঙলে। মহিমাশিং অসিদগী অমুকসু বাবাসি শক্তি পূন্নমক য়াওরবা পুর্ন অবতারনি খঙলে। অদুনা ঐখোয় পূন্নমক্না ঘুর কলিগী মীওই ঐখোয়বু লানবিগে লেংবিরক্লিবা 'অহিংবা ঈশ্বর' অসিদা চংজসি। রাম ঐখোয় উহৌদে। কৃষ্ণ ঐখোয় খঙহৌদে। যীশু, জোরোষ্ট্রা ঐখোয় কনানসু থেংনহৌদে। বাবাদি হৌজিক হৌজিক হিংলিবা—দর্শন, স্পর্সন, সম্ভাসন পীবিরিবা অহিংবা ভগবাননি। অসিগুম্বা বাবাগী অশেংবা ভক্ত ওইনবা হোৎনমিন্নসি। অদুবু চংজবা হায়বসিসু অরাইবদি নত্তে।

**মলা, ভিক্ষেপা, আভর্না:-**

দিসকোর্স অমদা বাবানা তাকপীখি-মীওইবা হায়বসি মশাগী জ্ঞান লৈজবা ঙাক্তনি। কুপ্না খন্থবা ঙম্নবা শক্তি লৈনরিবা ঙাক্তনি। অদুবু মশাগী অশেংবা মশক্তি পাক খঙদে। হৌখিবা মপোক্কী সৎকর্ম্মগী ফলনা মী ওইনা পোক্লরিবনি। হন্দক্কী মপোকসিদা ফত্তবদা লুপ্পবদি, ফত্তবা ফল অদুম ফংগনি। অদুনা মীওইবা ঐখোয়না য়াম্না চেকশিনবা তাই। বাবাগী মোত মতুং ইন্না মীওইবগী ফত্তবা অভ্যাস অহুম লৈ-মলা, ভিক্ষেপা, আভর্না। (ফত্তবা ব্রাখল, লেপ্তুবা পুক্লীং, অপঙবা জ্ঞান।) মখোয়সিনা মীওইবগী আধ্যাত্মিক্কী মীৎয়েংবু চমম্নহল্লি। মশাগী অশেংবা শকফমবু খঙহনগদৌরিবা স্ব-স্বরুপ জ্ঞানদা অকায়বা পীরি।

**মলা (ফত্তবা ব্রাখল):-**

হীরা মনি মুক্তা লল্লোনবা নিপা অমনা শগোল তোংদুনা চৎলম্মী। শগোলদুনা খুরুপ থানা চেনবদা, হীরা য়াওবা খাউ অদু লম্বীদা তাহৌরম্মী। কারবারবালা অদু খঙহৌদ্রে।

মতুংদা লাকপা মরুপ অনীনা খাউ অদু খুল্লম্মী। মমল য়াম্নবা নুংশিং অদু উবদা মপুক্লিংদা কল্লক মীহৌবা ফাওনরম্মী। অমসু অমসু মরন্নাই ওইনিংঙক্লম্মী। নহা খরা ওইবদুনা খাউ অদু শংঙম্মী। খরা অহল ওইবদুনা চানবা থিবা চৎলম্মী। লম্বীদা চৎন-চৎনা ব্রাখল অমা লাক্লম্মী-মরুপ অদু হাত্তোক্লগে খল্লম্মী। অদুনা মরুপ্তুগী চানবা অদুদা হু হাপচিল্লম্মী। মানা

থুংণ্ডবগা মরুপ্তুদা হায়রম্মী—"ইনাও, নঙ হান্না চাক চাথোকউরো, ঐ পোত্তু অমুক শংবিরগে।" নহাদুগীসু হান্ননা খন্দুনা লৈবা প্লান লৈরম্মী। অমদুনা অচাপোৎশিংদু থম্লবগী কুম্থদুনা লৈরিঙৈদা, নহাদুনা মঙকশমদা থাংজৌ অথৌবা অমনা য়াল্লম্মী। হৌজিক্তি মণি মুক্তাশিং অদু মতোমতগী নাখৈ শেংঙে খল্লদুনা হরাওনা অচাপোৎশিংদু চারম্মী। অদুবু হ চেল্লবা চীঞাকশিং অদু চারুবদগী মাসু শিখিরম্মী।

মমল য়াম্লবা মণি মুক্তা ফংদুনসু মখোয় অনিমক মদুদগী কান্নবা অমত্তা ফংদনা শিখিরম্মী। ফত্তবা ৱাখলদগী ফত্তবা থবক তৌখি। ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা থবক পূম্নমক অরেপ্পা লৈতনা ঈশ্বরবু নিংজরবতদা মাংহনবা ঙমগনি।

**ভিক্ষেপা (লেপ্তবা পূক্লীং)ঃ-**

রামকৃষ্ণ পরমহংসনা দক্ষিনিশ্বরদা লৈবা ইমা কালিগী চাওখ্রবা লাইশং অদুগী পুরোহিত ওইরম্মী। রানী রাসমনি হায়বী ধর্ম্ম চেনবী নুপী অমনা কৎচবা লাইশঙনি। নোংমা মানা মন্দির অদুদা লাক্লম্মী। দেবীবু শিংথাদুনা শোনবা ভজন অমত্তং কচ্চনবা রামকৃষ্ণদা হায়জরম্মী। রামকৃষ্ণনা ভজন শকপদা রাসমনি য়াওনা লৈরিবা ভক্তশিং অদুনা ঈশৈগী তাম্থাদা মঙক নোম নোমদুনা লৈরম্মী। পরমহংসনা মরক্তা ঈশৈ.শকপা খংলেপ লেপ্লম্মী। রাসমনিগী মখজাইদা খূবাক্লা শেৎ থারম্মী। অদুগা চৈরম্মী। 'নশানা সিদা লৈরে, নপুক্লীংনা আদা লৈরে। কলিকত্তাগী হায়কোর্টতা লন-থুমগী কেশ তৌনরিবদু খন্দুনা লৈরে।' রাসমনিদি অশেংবা ভক্তনি। মপুক্লীং লৈতাদবা অদুগী চপ চাবা দণ্ডিনি খন্দুনা মশানা য়াজরম্মী। শাওরমদে।

পুক্লীং লৈতাদবসিগী কোক্লবা উপায়দি পুক্লীং লাকশিনবতনা ওইগনি। অরেপ্পা লৈতনা পুক্লীং লাকশিনবা তম্বা তাই। ভারত রত্ন ফংখ্রবী এম. এস. সুভালক্ষ্মী গুম্না পুক্লীং লোংদবা তম্বা তাই। মানা ভজন শকপদা মশামক ঈশ্বরদা পুংলুপ লুপশিল্লি। মশানা মশাবু কাওথোকচৈ। অদুনা উস্তাদ গুলাম আলি খাঁনা মাবু সুভালক্ষ্মীগী মহুত্তা সু-স্বর লক্ষ্মী (গোদেস ওব স্বীট ভোইস) হায়না শিংথাখি। গান্ধীজি ফাওবা মানা শকপা 'মীরা ভজন্দা' কপচখি।

**আভর্না (অপগুবা জ্ঞান)ঃ-**

ঐদি ছাত্রনি, ঐদি ওজানি, ঐদি ব্রাহ্মননি, ঐদি ক্ষেত্রিয়নি, ঐদি নুপীনি, ঐদি নিপানি অসিনচিংবা। অসুম্না মীওইবসি মশাগী ৱাখলনা থোক তৌবী। লান্না লমজিংই। 'ঐসি হকচাংসিনি' হায়না লান্না খলহল্লি। অসিগুম্বা অপংবসিনি আভর্না হায়রিবসি। বাবানা তাকপীরি-কুপ্না খঙ্গুরবদি খঙগনি— নহাক ছাত্র, ওজা, ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, নিপা, নুপী অমত্তা নত্তে। অশেংবদি নহাক আত্মাগী তুংনফম অমা ওইজবতনি। অচুম্বসি খঙজবতনা আভর্নাদগী নহাক লাম্থোকপা ঙমগনি।

মীরোল্লবী কৈ অমোম অমনা ইরৈ কল্লবা তুরেল অমা কুমদুনা লাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। তুরেল লাল্লিঙৈদা ঈশিংদুদা মচা পোক্লম্মী। মপীদু ঈশিংগী অকনবা ঈরৈদা তাওথখিরম্মী। মচাদুনা খরা তাওথরগা অকংবা তোর্ব্বান্দা তাওশিল্লক্লুনা য়াও শঙ্কু অমগী মরক্তা লৈরম্মী। য়াও শঙ্কুদুগী মরক্তা লৈবদগী, মতমগী মতুং ইন্না, কৈনি হায়বা মশাগী আইদের্ন্টিটি কাওথোকখ্রে। য়াওগুম্না নাপী চারে। য়াওগুম্না খোংলে। কৈগী অশেংবা শক্তি অমসুং তৌবা ঙম্বা পুম্বা মাংশিল্লকখি। নোংমদি কৈ অমনা য়াও শঙ্কু অদুনা লান্দারক্লম্মী। কৈ মচা অমা য়াওবা উরম্মী। কৈদুনা য়াওগুম লৈরম্বদুদা ঙক্লম্মী। কৈদুনা কৈ মচাদু ফারগা পুখ্রি ময়াদা চিংদুনা পুরম্মী। মম্নি'দু য়েংহল্লগা হায়রকই— য়েংঙু, নহাক য়াও নত্তে, নঙদি কৈনি। নশাগী অশেংবা নশক খঙজৌ। অদুতদা কৈ মচাদুনা অচুম্বদু খঙজখি।

তশেংনমক, অপংবসি নাম্থোক্লবা উপায়দি ঈশ্বরদা চংজবনি। স্বামীগী দিসকোর্স খুদিংদা ঐখোয়বু *'দিব্যাত্মা স্বরুপ-লারা!'* হেক হেক হায়বিরি। ঐখোয়গী অশেংবা মশক তাকপীরি। নখোয় খুদিংমক চুম্নগী ঈ-তোংদগী দিহে নত্তে, পরমাত্মাদগী থোক্লকপা আত্মা অমমমগী তুংনফমনি হায়বনি। অদুনা, থম্মোয়দা স্বামীগী মুর্ত্তিবু লাৎচদুনা, লৈয়েংসিনা স্বামীগী নামবু শোঞ্জরবদা, ফত্তবা অভ্যাসশিংদগী নাম্থোকচবা ঙমজগনি। মমৈথংদা আধ্যাত্মিক্কী শেংলবা পুক্নি ফংজগনি। আধ্যাত্মিক্কী শেংলবা পুক্নি ফংগনি—মমৈথংদা, কায়নথংদা। চানক্যগী লোন্দাদা হায়রবদি, মসিদি *'পর্ব্বত লগনং'*—চীংদোল অমা

কাবগুম্বনি। *"শনৈ শনৈ শিদ্ধং ভবেৎ।"* তপ্না তপ্না তৌরগা সিধান্ত ফংগনি। পম্বুং য়ৌগনি। অমুকসু "ব্রিথ লভ, মেন ইজ গোদ" হায়বা লাইরিক্তুদসু, ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনবা, সেম্যুল সেনব্রিসনা উৎপিরি, মথং মথং কাখৎলিবা সীড়ীগী থাক অহুমঃ—

"অহানবদা, মঙালদুগী মনুংদা ঐ লৈগনি।
মথংদা, মঙাল'দু ঐগী নুংদা লাক্কনি।
অরোইবদা, মঙালদুগা ঐগা অমত্তা ওইখিনি।"

(টিকা মতেক অমত্তং থমজগে। অহানবদা, ঈশ্বরগী নাক্তা চংবদা অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তা থেংনগনি। মথংদা, সুম সুম চংশিল্লক্লগা অঙকপশিং অদু নুংশি-নুংশিখ্রবা ঙাক্তা ওইরক্কনি। অরোইবদদি, অঙকপসু লৈররোই, নুংশিবসু ফাওররোই। অমত্তা ওইখ্রগনি। *'ত্বম-এব-অহম'*-নহাকসি ঐনি হায়বা অয়ৌবী বেদান্তগী *অদ্বৈত শরনাগতিদা* লৈখ্রগনি।) কয়াদা অর্থ লৈখ্রবা আধ্যাত্মিক্কী পাউখোংনো?

# ৭

# দৈব্য প্রীতি, পাপ ভীতি, সংঘ নীতি

*আগষ্ট ২১, ২০০৮ ইং*

পু*রন্দরদাস* মমিং লৈরবা সাধুনি। সাধু কবিনি। ঈশ্বরগী মগুণবু মান্না শিংথারিঃ "ব্রাংলবা চীংদোনগী লোকচপশিংদা হৌরিবা পিক্ল-পিক্লবা পাম্বীশিং, চাউর-চাউরবা উপাম্বীশিং—কনানা মখোং শোম্বীবগে? কনানা ঈশিং চাইবীবগে? ব্রাহোংগী ফজরবা মশা, মমৈ—কনানা মচু তৈবিরিবনো? তেনব্রাগী অশংবা মশা, অঙাংবা মচিন—চানরবা কলর কোম্বিনেসন--কনানা খল্লমলিবনো, কনানা শেন্নমলিবনো?"

বাবানসু তাকপিরি—বৈজ্ঞানিক অমনা হংঙকখি—*'পরম হংস'* হায়দুনা দর্শনিকশিংনা শীজিন্নরিবা ব্রাহৈগী নুংগী অর্থ করিনো? বাবানা হায়বিরি— কাংঙনা ঈশিং য়াল্লবা শঙ্গোমদা মচিন্না লুপশিল্লগা শঙ্গোম্বু ঈশিংদগী খাইদোকপা ঙম্বা অদুগুম্না, 'পরমহংস'না আত্মাবু অনাত্মাদগী খাইদোকপা ঙম্মী তাকপনি। মখা তাবদা, কনানা শঙ্গোমদগী ঈশিং খায়দোকপা ঙমহল্লিবনো হংবদা বৈজ্ঞানিক্কুনা লায়না পাওখুম পীরকখি—"কাংঙগী মচিন্দগী থোক্লকপা এসিদ্ অমগী মতেংনা কাংঙনা শঙ্গোমদুখক্তা চিংশিনবা ঙমহন্‌বননি।" লূরিবা ব্রাহংদি—কনাননো কাংঙগী মচিন্দা এসিদ হাপ্লম্‌লিবসি? বৈজ্ঞানিক কনাননি

হায়গদৌরিবনো? মসিদনি ঈশ্বর লাক্লিবসি। ঈশ্বরতনা মসি তৌরম্বনি। ঈশ্বরগী খুৎশেমগী অঙকপা হায়বদু মসিনি।

'সিগুম্বা ঈশ্বরবু ঐখোয়না করিগী থাজরোইদৌরিবনো? করিগী নুংশিরোইদৌরিবনো?

মৈতৈগী মতমগী শক্লোন মরি—*হয়িচক, হয়াচক, লাংবচক্, কোন্নচক্*; হিন্দুগীদা হায়রগা—*সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর, কলি*-যুগ মরি'সিদা অবতার তৌরকখিবা ঈশ্বর পূম্নমক গুণ ৬/৬ না য়োন্নগা যোগমঞ্চ'সিদা লীলা শন্নবিখিবা ঙাক্তনি। *ঐশ্বর্য্য, ধর্ম্ম, য়স, সম্পদ, জ্ঞান, বৈরাগ্য।*

ভগবান বাবানা নুমিৎ হুম্নি শিরুরবা ভারত মচা 'রাধাকৃষ্ণ' হিংগৎহনবগুম্, ভগবান কৃষ্ণসু মাগী গুরু *সন্দিপানিগী মচাবু* শিরুবদগী হিংগৎহন্দুনা গুরু দক্ষিনা ওইনা কচ্চখি। ভগবান রামচন্দ্রসু মনাওনিপা লক্ষ্মনদু ইন্দ্রজিৎকী শক্তিসেন্না প্যান্দুনা শিরুরবদগী গন্ধমাদন চীংদগী *জীবসঞ্চরনী* লৌদুনা হিংগৎহনখি। ভগবান যীশুসু অদু মঙাই। শিরদুনা ফুমখিবা নুমিৎ হুম্নি শুরবা মাগী মরুপ *লজারস* পু মচন নুপীনা কপ লাওদুনা হায়জবদগী অমুক হিংগৎহনখি। অসুম্না অবতার খুদিংমক মহিমাগী মহিমা ঙাক্তনি। অদু ওইরবদি, সত্য সাই বাবাগী তোপ তোপ্পা মগুণসি করিনি হায়গদৌরিবনো?

*ঐগী মোত্তদি,* ঐখোইগী সাইসি পুরা সিমপ্লিফায়রনি। লুর লুরবা কয়াবু লাইনা খংহল্লি। মপোক কয়াদা পাবা লোইবা ঙম্নরোইদবা আধ্যাত্মিক্কী লাইরিক ময়ামগী *সরাংস* ভগবান বাবা খক্তনা ঐখোয়দা থৌজাল তৌদুনা তাকপিরি। খুদম ওইনা হায়রবদা, মহর্ষি বেদ ব্যাসনা লেংবিরম্বা পুরান ১৮ বু ৰাহৈ পরেং অমদা শুপচিন্দুনা তাকপিরি—

"*পরোপ কর পুন্যায়, পাপয় পর পীদানম্।*"

(Help Ever, Hurt Never)

"মতম পূম্নমক্তা তেংবাংঙু, কনাগী থম্মোই শোকহনগনু।" অসুম্না বাবাগী লোন্দাদা—পুরান ১৮ অদু মোন'খাদা নমশন্দুনা থম্বগী মহুত্তা, কোক্তা হাপচিনবা ঙমহল্লি।

মতৌ অসুম্না, ভগবান বাবানা পাকচাওখ্রবা "সাই স্পিরিচুয়েলিজম্"বুসু হ্বাহে অহুমদা শুপচিন্দুনা ঐখোয়দা তাকপিরি—

"প্রীতি , ভীতি, নীতি।"

খজিক্তং পাকখোক্লগা, "*দৈব্য প্রীতি, পাপ ভীতি* অমসুং *সংঘ নীতি।*" ঈশ্বরবু নুংশিয়ু, পাপ্‌পু কীয়ু অমসুং সমাজগী অফ-ফত্ত নিয়ম ঙাকউ। মসিদা লোয়রে বাবাগী দর্শন শাস্ত্র। 'লুরবা তত্ত্ব, লাইখ্রবা লাইব্রা' ওল্লে। ঈশ্বরবু নুংশিজরবদি পাপ হায়বসি মশানা কীজরগনি। ঈশ্বরবু নিংঙবা, পাপপু কীরবদি, সমাজগী নিয়ম ঙাকনিংলগনি। সঙ্গ অফবা তৌনিংলগনি মী পূম্বা। অদু ওইরবদি, লৈবাক্তু ধর্ম্মচেনবা সমাজ হায়বদু ওইরনি।

**দৈব্য প্রীতিঃ**

ব্রহ্মাণ্ড পূম্বসি ঈশ্বরদগী থোক্লকপনি। নোংমা মহাক্না সংকল্প তৌরকখি—*"একোহম বহুশ্যাম"*—ইতোমতা লৈবসি নুংঙাইত্রে, হৌজিক্তি ময়াম শেম্মগে। 'সুম্না মাগী ইচ্ছা মতুংইন্না, পাকচাওখ্রবা মহাসাগরগুম্নবা *'সৎচিদানন্দ'* সিদগী জীব মখল মখা *লাখ ৮৪* পুথোকখি।

অন্দজা (মরুমদগী ওনবা) লাখ ২১, পিন্দজা (গর্ভদগী ওনবা) লাখ ২১, স্বেদজা (হুমাংদগী পোকপা) লাখ ২১ অমসুং উৎভজা (লৈপাক্তগী পোকপা) লাখ ২১, —পূম্না জীব লাখ ৮৪ শেম্মকখি।

স্বামীনা তাকপিরি— মীওইবা হায়বসিনা ঈশ্বরনা শেম্লিবা জীবা লাখ ৮৪ সিগী মনুংদগী খ্বাইদগী অথোইবনি। মদুগী প্রমান্দি, '*দৈবম মনুষ রুপেনা*' ঈশ্বরনা অবতার তৌবদা মীওইবগী রুপ্তা হেক হেক লাক্লিবসিনি। তশেংনমক, ব্রহ্মামক্না ফাওবা পোকঙমদ্রবা মপোক্কি হায়নরিবদুনি। মীওইবতদনি রেশনেলিতি য়াওরিবা। অতৈদি ইনষ্টিঙ্কতনা চৎপনি। অচুম অরান বিচার তৌবা ঙম্মিবা, মশাগী ব্রাখল লৈজবা জীবদি মীওইবতনি। অতৈদি পোকপদগী শাগোম্নরক্লবা ঈহুন্তনা হুমদুনা চৎপনি। অদুনা গীতাদা, শ্রীমদ্ভাগবত গীতামক্তদা লাওরি—"জন্তুনম নরজন্ম দুর্লভম।" (অহিংবা জীব ময়ামগী মনুংদা মীওইবনা খ্বাইদগী তাংঙবা মপোক্কি।) মপোক কয়াগী তৌজব্রকপা সৎ-কর্ম্মগী ফলনা মী ওইনা পোক্লরিবনি। অসিগুম্বা পুক্সিবু ঐখোয়না অরেম্বদা মাংহল্লোইদবনি।

সাইগী দর্শন শাস্ত্রগী মতুংইন্না, মীওইবনা পোক্লিবসি তাইবংপানগী ওইবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক নত্তে। সংসারগী ওইবা ময়াদা লুপ্তুনা লৈনবা নত্তে। মীওইবগী আত্মানা মুক্তি ফংখিনবগী খুদোংচাবা তাঞ্জানি। বাবানা তাকপিরি—মীনা পোক্লিবসি অমুক মী ওইনা পোক্তনবা হোৎনহৌনবনি। (A person is born to learn how not to be born again)

বাবাগী লোন্দাদা, পোকপগা ঐখোয়না *'কো হম'* হায়না কপলকই। *'ঐ কনানো'* হংঙকই। খুম্বা ঙমদবা ব্রাহং ওইনা, ঐখোয়না লোয়শিল্লোইদৌবনি পুন্সিসি। পুন্সি চুপ্পগী অভ্যাস অমা শেমদুনা, পুন্সিগী অরোইবা মতমদদি *'সো হম' (ঐ ঈশ্বরনি)* হায়না নুংঙাইনা শোঞ্জবা ঙমগদবনি। *'কো হম'* হায়বা ব্রাহংদুগী পাওখুম *'সো হম'* হায়বসিনা ওইহনগদৌবনি।

মদুগী প্রমাণ ওইনা, বাবানা থৌদোক অমা থম্বীরি—নোংমা *আদি শঙ্করনা* মাগী শিষ্য ১৩ গা লোয়ননা গঙ্গা স্নানগীদমক চৎলম্মী। উখাদা ফমদুনা *'দুক্রুন করনে', 'দুক্রুন করনে'* হায়না হন্না হন্না শোন্দুনা লৈবা ব্রাহ্মন মচা অমা থেংনরম্মী। *আদি শঙ্করনা* মনাক্তা চংশিল্লগা *পানিনিগী সংস্কৃত গ্রম্মার* অদু চিনফা পুনবা হোৎনরিবদু করিগীনো হংঙম্মী।

"অচৌবা পণ্ডিত ওইগদৌরিবনি। নিংথৌগী কোর্টতা য়াওগদৌরিবনি।" খুম্মকখি।

"অদুগা করি তৌগদৌরিবা?"

"মদুদগী পৈশা ময়াম ফংগদৌরিবনি। ইমুং মনুং নুংঙাইনা পানমিন্নগদৌরিবনি।"

"শেন-থুমদুনা নংবু কয়াম কুইনা নুংঙাইহনগদৌরিবনো?"

"শিদ্রিফাওবা নুংঙাইনা লেনবা ঙমগনি।"

শঙ্করনা মখা তারকখি—"শিরবা মতুংদদি করম তৌবা? শেনশিংদুনা শিরবা মতুংদা তেংবাংবিরকখিগদ্রা?"

ব্রাহ্মন মচা ঙাইহাক খঞ্জানখি; অদুগা খুম্মকখি—"মদুদি ঐ খংদ্রে।"

মদুদা শঙ্করনা মখাগী শ্লোক'সি থীরকখি—

*"ভজ গোবিন্দম, ভজ গোবিন্দম্, গোবিন্দম ভজো মূধ মতে;*
*সম্প্রপ্তে সন্নিহিতে কালে, নহি নহি রক্ষতি, দুক্রুন করনে।"*

(হে অপংবা! শিবগী মতম লাক্লবদা, গ্রম্মারগী নিয়মশিং 'দুনা নংবু করিসু কনবিরোই। অদুনা ঈশ্বরগী মিংখৈ শোল্লু। ঈশ্বরগী মিংখৈ শোল্লু।)

তশেংনমক, ৱানা তাল্লিবা লন-থুমসি শা ঙাগুম্না চাবা, তুম্বা, শিবখক্তদা মতেং পাংঙবদি, করিগী অদুক ৱানা তানগদৌরিবনো? ঈশ্বরনা পীবিরিবা মীওইবগী পুক্সিসে *চানবা, তুম্নবা, শিনবখক্তগী* নত্তে। ঈশ্বরগী মিংখৈ শোন্ননবগীদমক্তি। ঈশ্বরবু নুংশিজরবদি মীওইববু অৱা-অনা কয়াদগী ফনবিগনি। পুক্সিগী অরানবা খুভম ফংগনি।

অমরোমদা, স্বামীগী দিসকোর্স খুদিংদা ঐখোয়বু *'দিব্য আত্মা স্বরূপ লারা!"* হেক হেক হায়বিরি। ঐখোয়গী অশেংবা মশক তাকপিরি। ঐখোয় খুদিংমক চুম্নগী ঈ-তোংতগী দিহে নত্তে; পরমাত্মাদগী থোক্লকপা আত্মা অমমমগী তুংনফম্নি হায়বনি। মীওইবসি ঈশ্বরগী মমিনি তাকপিরি। ঐখোয়না চরিবা খুদিং ঈশ্বরগী reflection নি। মমিনি। তারিবা খুদিং resound নি। খোঙ্খাংনি। থেংনরিবা খুদিং reaction নি। থকতোক্লকপনি। ঈশ্বরগা মীওইবগা অমত্তনি। 'সো হম্' হায়না মীওইবনা স্বর হোল্লি। 'ঐ ঈশ্বরনি' হায়বনি। 'সো' হায়না স্বর চিংশিল্লি; 'হম্' হায়না স্বর হোন্দোক্লি। 'সুম্না স্বর হান্দোক হোঞ্জিনদা 'ঐ ঈশ্বরনি'—লাওরি। নোংমদা হায়বদি পুং ২৪ দা মীওইবনা স্বর চিংথোক চিংশিন তৌবসি ২১,৬০০ লক্লি—বাবানা তাকপিরি।

তশেংনমক, মীওইনা পোকপগী অশেংবা মথৌদি, মীওইবগী নুংদা লাওরিবা ঈশ্বরদুবু খংজবনা ওইগদৌবনি। ভগবান্না খৃ. ১৯৮৮ গী এপ্রিলদা মাগী ছাত্রশিংগা লোয়ননা ওটি (Oaty) দা চৎপদা লীখিবা ৱারী অমা তাবিসি।

নিংথৌ অমনা অয়েকপা লাই ময়াম, কলাগী ফজ-ফজবা পোৎলম কয়া উৎপা মেলা অমা পাঙথোক্লম্মী। মী পূম্নমকপু য়েংবা য়াহল্লম্মী। নিংথৌদুনা মাক্লগা অপাম অপাম্বা লৌখিবা য়ানি লাওথোক্লম্মী। নিপা-নুপী য়াম্না লাক্লম্মী। অপাম অপাম্বা পুদুনা হন্নখিরম্মী। ময়ামদুগী মনুংদা নুপী অমা য়াওরম্মী। মেলাদুগী পোৎয়ামদু য়েংঙম্মী। করিমত্তা পুদনা মহাক থোক্লকলম্মী।

নিংথৌ অদুনা লাক্লিবশিং'দুগী মরক্তগী করিমত্তা পুদনা থোক্লকপসি মহাক্তনি খংঙকখি। মদু করিগীনো মহাক্না খংনিংলম্মী। মানা নুপীদুদা হংঙম্মী—মেলাদা উৎলিবশিংসি নঙোন্দা করিস অপাম্বা লৈত্রবরা? ফজ

ফজবা কয়া উৎলি। মসি অমত্তা পামদ্রবরা? মানা খুম্মকখি—'মেলাসিদা অপাম্বা পোৎ মশিং লাকওমদনা য়াওরি।'

'অদুবু নংদি অমত্তা পুদ্রিবা করিগীনো? পামদ্রবরা?'

'পামদে।'

'অদু ওইরবদি নংগী অপাম্বা অমত্তদি হায়উ; মদু ঐনা নঙোন্দা শোয়দনা পীগে।'

নুপীদুনা খুমখি—'মহারাজ, ঐগী অপাম্বা শোয়দনা পীগনি হায়না নংনা ব্রাশকপা ঙমগদ্রা?

মহারাজনা খুমখি—'শোয়দনা ঙমগনি।'

'অদু ওইরবদি, ঐনা নংবু পাম্মী।' নুপীদুনা হায়রক্লম্মী।

মানা ব্রাশকখিবা মতুংইন্না মহারাজ অদু নুপী অদুদা চংজখি। নিংথৌ অদু মাগী ওইখি। অদুনা মেলাদুদা উৎলিবা পোৎলম পূম্বা নুপী অদুগী ওইখি।

মতৌ অদুগুম্না জগৎসি অচৌবা মেলা অমনি। মাগী মাগী অপাম্বা ফংবদা নুংঙাইনরি। মসিদি ঙাইহাক্কীনি। পৃথিবীগী মেলা অসিদা লাকপা নংনা ঈশ্বরতবু খনগদৌবনি। অদু ওইরবদি ব্রহ্মাণ্ড পূম্বসি নংগী ওইগনি।

ঈশ্বরদা চংজবা অসিদা স্বামীনা থাক অহুমথোক্লা খাইরি—

অহানবদা, ভক্ত অদু ভগবান্দগী থাপলপ্লা লৈ। মশামকপু ঈশ্বরগী মনাইনি চংজে। *দ্বাইতা ভবম* (dualism) গী থাক্লি। 'দাসোহম *ষ্টেজ*' নি।

অনীশুবদা, ভক্তদুনা খরগা হেন্না ঈশ্বরগী নাক্তা চংশিল্লক্লে। দাসোহম দগী 'দা' চৎখিদুনা 'সোহম' খক্তা লৈহৌই। *'বিসিষ্ট আদ্বৈতম'* (Qualified non-dualism) গী থাক্লি। *'সোহম ষ্টেজ'* নি।

অরোইবা থাক্তদি, ভক্ত অদুগী প্রেম অসুক্কী মতিক পাক্লা শন্দোকখ্রে। ভগবানগা অমত্তা ওইখ্রে। থাকসি য়ৌরকপদদি *'সোহম'* দগী *'সো'* সু লৌথোকখ্রে; 'অহম' হায়বদি *'ঐ'/ আত্মা* খক্তা ঙাইহৌরে। মসি *অদ্বৈতম* (non-dualism) গী থাক্লি। *'অহম'* ষ্টেজনি। থাকসি য়ৌরকপদদি — অচুম্বা খংঙক্লে। ভক্তদুনা ঈশ্বরবু মতম পূম্নমক্তা, পোৎ পূম্নমক্তা উজবা ফংজরে। *দ্বাইতম, বিসিষ্ট আদ্বৈতম, অদ্বৈতম*—হায়বসি আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা লৈবা সীড়ীগী থাক অহুমগুম্বনি। মসিবু ভগবান বাবানা *জ্ঞানতুম, দ্রশতুম* অমসুং

*প্রভেশতুম* হায়নসু তাকপি। *জ্ঞানতুম* গী মতাংদদি ঈশ্বরসি লৈ হায়বা খংবখক্তনি। *দ্রশতুম* গী মতাংদদি ঈশ্বরবু তশেংনা উজবা ফংজরবনি। *প্রভেশতুম* য়ৌরক্লবদি আত্মাদু ঈশ্বরদা লুপশ্রে হায়বনি। গীতাগী *'ত্বম্ এব্ অহম'* (ঐসি নহাক্নি) হায়বা অদ্বৈত্ব শরনাগতি হায়বদুগা চপ মান্নে।

**পাপ্ ভীতি:**

বাবানা তাকপিরি—মীওইবগী মশাদা য়েক্লবা ১৬ লৈ।

(ক) মপাম্ভোংগী নাপন নিপান: পাঙ্গল কনবগী, শাগৈ জাৎ ফবগী, লাইরিক হৈবগী, শেল পায়বগী, শক ফজবগী, নহা ওইবগী, শক্তি লৈবগী, খাংবা কনবগী।

(খ) নুংগী য়েক্লবা তরুক: *কাম, ক্রোধ, লোভ, মদ, মোহ, মৎসর্য্য*—অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা, নাপন, অনুরাগ, মিহৌবা।

(গ) হন্থবা গুণ অনী: তম অমসুং রজ গুণশিং।

করম্মা মখোয়না অকায়বা পীবগে হায়বদু য়েংশি; খুদম ওইনা অহুমখক্তং খনগৎচগে।

১) *কামম্ কর্মনাসনম্* (Desire is the destroyer of Karma)

২) *ক্রোধম জ্ঞান্নাসনম্* (Anger is the destroyer of Wisdom)

৩) *লোভম ভক্তি নাসনম্* (Greed is the destroyer of Devotion)

(অপাম্বনা তৌগদবা থবক মাংহল্লি। অশাওবনা মীওইবগী ৱাখল মাংহল্লি। মিহৌবনা ভক্তিবু মাংহল্লি।)

***ক) অফবা গুণ পুম্বা ফত্তবা ওল্লকই; পাপ চংগুকই:-***

শগোলগুম্না লেংদুনতা লৈবা তয়াং তশোইবা 'ইন্দ্রিশিং'সিনা মীওইবগী হকচাংগী গাড়ীবু চিংদুনা পুরিবনি। ইন্দ্রিশিংসি লেংদুনতা লৈ হায়দুনা শগোলগা প্রমান তৌরি। মখোয়শিং অসি অমগা অমগা মোত খেন্নে। শংদাইনবা য়াদে।

অমনা 'হোয়' হায়। অতোপ্প'মনা 'মায়' হায়। মিৎনা ফজবা য়েংনিংঙি, নাকোংনা ফত্তবা তানিংঙি। থোং মান্নদে। মোত খেন্নদুনতা লৈ। 'সুম্না অফবা গুণ পূম্বা ফত্তবা ওল্লকই। ভগবান বাবানা পেরেবল (অর্থ চেল্লবা ৱারী মচা) অমা লীবিদুনা মসিবু ময়েক শেংনা খংহনবিরি।

মতম অমদা লৈবাক অমগী সরকারনা মপালগী য়েক্লবশিং হায়জিল্লকপা ঙমদনবা শেন্নম্মী। সিমনা পরীংদা সিফাই থন্নম্মী। লৈবাক্তুদা হায়জিল্লকপা য়েক্লবা অমা সন্ত্রী তাবা সিফাই অমনা ফারম্মী। "য়েক্লবা অমা ফারে, ফারে" হায়দুনা লাওরম্মী। মদু তাবদা কেপ্টেন অদুনা লানফা অদু মাগী লানশংদা পুরক্লবা হায়রকখি। অদুবু সিফাইদুনা খুম্মকখি— 'চৎসি য়াদ্রে।' অদু ওইরবদি, সন্ত্রী তারিবা সিফাই নশামক ওইনা লাকও হায়না কেপ্টেনদুনা য়াথং পীরকখি। মদুদা সন্ত্রীদুনা খুম্মকখি — 'ঐনা চৎকে হায়বসু লানফাদুনা য়াদ্রে।" মসিনি মীওইবগী হৌজিক্কালগী ফিভমসি। মশাগী ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চনশিন্নবা হোৎনগদৌবদা, মশাবু মশাগী ইন্দ্রিশিংগী মখাদা লৈহল্লি। মীওইবসি মপু ওইগদবদা মনাই ওলহল্লে।

মসিগুম্বা ফিভম অসিনা মীওইবদা পীরক্লিবা পাপ খংমিন্নসি। মহাভারত্তা য়াওবা 'মোহিনী ভস্মসুর' গী ৱারী তাবিসি। মমাংঙৈদা ভস্মসুর হায়বা হিংচাবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মানা তপ তৌদুনা শিববু নিংজরম্মী। ইবুংঙোনা পেনবিরম্মী। মানা হেক মকোক্তা শোকপদা মীদু উফুল হেক্ত ওনবা হায়বা বর নীজরম্মী। শিবনা মাঙোন্দা বর অদু পীবিরম্মী। অনৌবা বরদুদা ঙাওদুনা থেংন থেংনবা মীপূম পূম্বদা চাং য়েংবদা মী কয়া উৎ ওনখরে। মমৈদদি মহাকসি অসুক্কী মতিক ফৎলক্ত্রে, অকীবা শকফম ওল্লক্লে। মাঙোন্দা বর পীবিরক্লিবা শিবগী মকোক্তা ফাওবা মাগী মখুৎ থমগে খনগৎলক্লে। মদুদগীদি ভগবান বিষ্ণুনা জগোয় শাবী, মশক মতৌ ফজরবী 'মোহিনী'গী শক্তম লৌরম্মী। ভস্মসুরগী মমাংদা জগোয় শারম্মী। ভস্মসুরসু মাগী মতৌ তমদুনা জগোয় শারম্মী। মমৈদা জগোয়গী খুৎথেক্কী খোংথাং মতুংইন্না, মোহিনীনা মাগী মখুত্তু মকোক্তা থমদুনা শারম্মী। ভস্মসুরগী মমাংদা জগোয় শারম্মী। ভস্মসুরসু জাগোয়গী তাম্বাদা ঙাওখিদুনা মোহিনীগী মতৌ তমদুনা মকোক্তা মখুৎ থন্নম্মী। খুদক্তুদা মহাক উৎ ওনখি। সুম্না পাপপু কীরক্তবদগী মীওইবশিংসি মশামক মাংনরি।

*খ) গীতাগী মতুংইম্না পাপ করিনো? করম্না নাম্বোক্কনি?*

গীতাগী অশেংবা পাওজেল-অহানবা ম্লোক্কী ইহান হানবা ৱাহে *'ধর্ম্ম'*, অমসুং অরোইবা ম্লোক্কী ইরোই লোইবা ৱাহে *'মম'*, পুনশিল্লগা *'মম্ ধর্ম্ম'*—মীপুম খুদিংনা মাগী মাগী মথৌ তৌগদবনি। মসিনি গীতাদগী ফংবা পাপ চংদনবা পারা। বাবানা হায়রি—সম্বরবু চিন্দা নমশিনবগী মহুত্তা মিত্তা হৈজিল্লবদি করম তৌগনি? মহাও খংদবতা নত্তনা, মিৎ উদবসু য়াই। ময়েক শেংনা খংনবা, হুই অমসুং গধাগী ৱারী অমা বাবানা লীবিরি।

ধোবী অমনা ফি হোন্নবা গধা অমা লোইরম্মী। হুই অমসু ধোবীঘাটতা ফি ফৌবদা শংনবা থন্নম্মী। নোংমদি শাওদুনা হুইদু থীনা ফুবিরম্মী। চাকসু থাবীরমদে। নুমিত্তুদা হুইদু ধোবীদুগা লোয়ননা মহৌশাগুম ধোবীঘাট্টা চৎলম্মী। মোংশোংলোমদগী লাকপা হুরানবা খরনা ফৌরিবা ফিশিংদু হুরানবা লাকপদা হুইদুনা শাওদুনা খোংঙমদে। গধাদুনা মদু উবদা, মপুবু নুংশিজবদগী হৌনা হৌনা খোংঙম্মী। মপুদুদা হুরানবা লৈরে উৎনবা হোৎনরম্মী। ফি-রোল ময়াম শুরুবদগী ৱারবা ধোবী অদুনা শাওদুনা মাগী তুম্বা থুগায় হায়দুনা গধাবু থীনা ফুবিরম্মী। গধানা হুইদুগী মথৌ তৌরুবদগী অৱাবা নংখি। স্বধর্ম্ম তৌগদবনি; পরধর্ম্ম তৌরোইদবনি। মসিদি পাপনি।

*গ) আদি শঙ্করাচার্য্যগী মোত মতুংইম্না পাপপু মশক তাকপা:-*

আদি শঙ্করনা নোংমা কাশিদা চৎলম্মী। ভগবান বিশ্বনাথতা খুরুমজরম্মী। 'হে ভগবন! ঐনা তৌখিবা পাপ অহুমখক কোকপিয়ু'—নীজরম্মী।

ক) নহাক অসি ঐখোয়গী ৱাখল অমসুং ৱাহৈগী ৱাংমদা লৈবনি খংন খংনা, ঈশ্বরবু ঐনা ৱাহৈ পরেং কয়া লেংদুনা শক তাক্লবা হোৎনরুরে। *ঈশা, গিরীশা, নারেশা, পরেশা।* ঐনা শব্দোকপগী ওন্নতৈনবদা, ঐনা পাংথোক্লবা হোৎনরুরে। মসিনা ঐগী অহানবা পাপনি।

খ) ঈশ্বরদি মফম পূম্নমক্তা লৈ হায়দুনা ঐনা শব্দোক্লগা— কাশি তান্না লাক্লুনা, নহাক'সি কাশিখক্তদা লৈবগুম্না, দর্শন তৌবা লাক্লি। ঙাংবনা অমা, তৌবনা অমা তৌরিবা অসি ঐগী অনীশুবা পাপনি।

গ) *"ন পুণ্যম, ন পাপম্, ন সুখম, ন দুখম।"* হায়বদি পাপ-পুণ্য, অৱা-নুংঙাই করিসু লৈতে ঐনা হায়বনি। অদুগা ঐনা ইপাপ কোকপিয়ু নিজরিবসি অহুমশুবা ঐগী পাপনি।

পূম্নমকসিগী অর্থদি ৱাখল, ৱাহৈ অমসুং থবক অহুমক থোং মান্নদবসি পাপনি তাকপনি। কনাগী মাংনবা তৌখিবগী পাপ লৈবা শঙ্কর নত্তে। তশেংনমক ৱাখল, ৱাহৈ অমসুং থবক থোং মান্নবদু বেদদা '*ত্রিকরণ সুদ্ধি*' কৌই।

***ঘ) পাপ্পু কীজবগী ৱারী অমসু তাবিসি:-***

নোংমা শাদানবা অমনা বন্দা শজি অমা তান্নরম্মী। শাদানবদুদগী মশা নাম্থোক্তুনা চেনখিবা শজিদু ফমদুনা লৈবা ঋষি অদুনা উরম্মী। শজি তান্নরক্লিবা শাদানবদুনা সাধুদুদা শজি চেনখিবা উহৌবরা হংঙম্মী। মদুগী পাওখুমদা সাধুনা খুমখি—

"হে শাদানবা! শজি চেনখিবা উহৌবা মিৎনা ঙাংবা ঙমদে; অদুগা ঙাংগদৌরিবা লৈয়েংনা উবা ঙমদে। ঐনা করি হায়গনি?" সুম্না ওইদবা ঙাংবা হায়বদু সাধুদু ওইখিদে। "সত্যম ব্রুয়থ, প্রিয়ম ব্রুয়থ, নব্রুয়থ সত্যমা প্রিয়ম।" (অচুম্বা ঙাংউ, ফজনা ঙাংউ, নুংঙাইরোইদবা অচুম্বদি খক ঙাংগনু।) হায়বা থাইনগী মুণি ঋষিশিংগী ৱাফমদু নিংশিংঙি।

অসুম্না, ফজবা ৱাঙাংনা মীবু লোয়নগদবনি। ক্বাক্না ঐখোয়গী অকায়বা করিসু তৌদে; কোকিলনা ঐখোয়দা কান্নবা করিসু পীদে। অদুবু ক্বাক্না 'ক্বাক, ক্বাক' খোংবদা ঐখোয়না খোয়রাং খোয়শাওনৈ। কোকিলনা 'কুহু, কুহু' খোংবদা মীওইবগী পুক্লিং হুনরি।

## সংঘ নীতি

সমাজ হায়বসি মী কাংবু অমা পুন্না লৈমিন্নবনি। অদুনা, পুন্না নুংঙাইমিন্নবা ঐখোয়না অফবা নিয়ম খর ঙাক্কদবনি। বাবাগী লোন্দাদা, *"রীতি, নীতি, খ্যাতি, জাতি"* হায়। সমাজগী নীতি-নিয়ম চৎলবতদা সমাজদুদা মিংচৎ পুরক্কনি। অচুম্বনা নীতিনি; ধর্ম্মনা রীতিনি; কৎথোকপনা খ্যাতিনি। অহুম অসিনা পুল্লগা সমাজদু চাওখৎকনি। অমরোমদা, সমাজদু শারিবা মীওই অমমমগী থাক্তসু নিয়ম খর ঙাকপা তাই। সংঘ নীতিসিগী

মথক্তা সঙ্গ নীতিসু লৈবা তাই। জর্ম্মণ দর্শনিক্ নিটস্চে (Nietzsche) না ফাওবা পুংঙক ঙকখ্রবা ভারতকী মণু ধর্ম্ম সুত্রনি। মদুদা ইরি—সৎসঙ্গ হায়বসি মমায় অহুম লোংঙি। *ভদ্রম পসয়ন্তু, ভদ্রম শ্রনন্নান্তু* অমসুং *ভদ্রম কুরভন্তু।* অফবতা য়েংঙু, অফবতা তাও অমসুং অফবতা তৌ।

অমমবা জঙ্গলদা চৎপদা থাউমৈ দরকার ওইবগুম, অফবা সঙ্গ তৌবা তাই। ফত্তবা সঙ্গ থাদোকপা তাই। শারবা কান্দা এয়র কন্দিসন লৈবা কাদা লৈবা নুংঙাই। ইংলবা কান্দা হিটর লৈবা কাদা চংঙগা নুংঙাই। এলেক্ট্রিক ব্লায়ার লুজ ওইবা মনাক্তা চংঙবদি অন্নাবা নংঙি। ফত্তবা সঙ্গদি অয়ুক্কী মমিগুম্বনি। অহানবদা শাংনা উরবসু, কুইর কুইরগা তেনশিল্লক্কনি। অফবা সঙ্গদি নুমিৎয়ুংবগী মমিদুমক্লি। অহানবদা তেঞ্জরবসু, কুইর কুইরগা সুম সুম শাংদোকলক্কনি। আদি শঙ্করগী ফাওরবা '*ভজ গোবিন্দ স্তোত্র*'নসু মদুগী অচুম্বদু ময়েক শেংনা উৎলি।

"From Good Company to No Company.

From No Company to No Desire.

From No Desire to Unmoving Truth.

From Unmoving Truth to Eternal Liberation."

অসুম্না, অরোইবদা অফবা সঙ্গনা আধ্যাত্মিক্কী সাধকতা অরানবা খুভম ফংহল্লি।

বাবানসু প্রমাণ পীরি। মুশুক মুবা মৈতান্দা মৈ য়াওই। মদু থোকহন্নবগীদমক মৈগা সঙ্গ তৌহনবা তাই। মদুতদা মুশুক মুরম্বদগী ঙাংশং ঙাংবা মৈরী থোক্লক্কনি। ডাকু রত্নাকরনা বশিস্তনচিংবা সাধু তরেৎকা থেংনবদগী বাল্মীকি মুনি ওনখি। রামায়ন লেংখি। রাজর্ষী বিশ্বামিত্রনা বসিস্ত মুনিগী মপান্দগী ব্রহ্মর্ষি ওইখি।

বেদ বেদান্তদসু লাওরি—*"ব্রহ্মবিদ ব্রহ্মাইভ ভবতি।"* ব্রহ্মন খংলবা মীদু লেপ্পমক ব্রহ্মন ওইরবনি। মদুগী প্রমাণদি জোন্না জেসস্কা মান্নরকখি। দার্বিন্না মাগী গুরু হেনস্লোগা চপ মান্নরকখি। মমৈদা কনানা হেনস্লোনো, কনানা দার্বিন্নো খংনরক্তবা তাঞ্জা লাকখি। প্রহ্লাদগী মমায়দা ভগবান হরিগী মঙান ফাওরকখি।

**নেগেটিভ ওইবা মীৎয়েংদা অমুক য়েংশি**—ফত্তবা মীদি খক তিন্নরোইদবনি। ফত্তবা মী মখল অহুম লৈ।

ক) *দুরচরণ* (ফত্তবা থবক তৌবা মী)।

খ) *দুরগুণ্* (ফত্তবা লীচৎ চৎপা মী)।

গ) *দুরভরণ্* (ফত্তবা মীৎয়েং য়েংবা মী)।

হায়রিবা মীওই অহুমসিগা তিন্নরবদি অমাংবা লাকই। উফুলনা নুংশিৎকা তিন্নরগা থক্তা কায়; ঈশিংগা তিন্নরগা খাদা লুপ্পি হায়নরিবদুনি। খুদম, মপাঙ্গলদা, মরৌশিংদা, তেনগী বিদ্যাদা লম্বা লৈত্রবা মহাভারতকী কর্ণ, কৌরব হায়বা ফত্তবা শাগেগা তিন্নরুবদগী মতিং ফুদোকপা ঙমখিদে। মীংচৎ থীখি। *'দুষ্ট কতুষ্টয়'*—ফত্তবা মরিগী মনুংদা অমনি লৌখি। দুর্য্যধন, দুষাসন, সকুনি, কর্ণ হায়না মীনা থীনা ঙাংনখি।

অদুনা ফত্তবা মীগী সঙ্গ থাদোক্কদবনি। ফত্তবা সঙ্গ হায়বসি ফত্তবা মীখক্তা নত্তনা ফত্তবা মফম, ফত্তবা তাঞ্জা-মেঞ্জা অমসুং ফত্তবা চিঞ্জাক অহুম্মকপুসু খংনৈ।

১) রামায়ন্দা রামগা লক্ষ্মনগা সীতা থিবা মতমগী ৱারীনি। খোংচৎতুগী মফম অমা য়ৌরকপা কালদা লক্ষ্মনসি য়াম্না চোকথরক্লম্মী। সীতা থিবসি তোক্লসি, অযোধ্যাদা হন্দুনা নুংঙাইনা লৈরুরসি হায়রকখি। রামনা নোকফেৎতা তৌখি অদুগা খজিক্তংগা চৎখিসি হায়রকখি। রামনা মহাক্কী থৱাইনি, রাম য়াওদনা মিকুপ অমফাওবা লৈবা ঙম্মোই ৱাশক্লিবা লক্ষ্মন্দা 'সিগুম্বা ৱাখলসি করম্না পোক্লক্লিবনো?

খর চৎলগা খোংনাং বোট অচৌবা অমগী মখোংদা মখোয় অনী পোখারম্মী। মিকুপ্তুদা লক্ষ্মনগী থম্মোইদা অনুতাপ অমা ফাওরক্লম্মী। মহাক লানথ্রে খংজরক্লম্মী। ময়াম্বগী মখোংদা কোল্লগা হায়জরক্লম্মী—

"য়াম্বুং, ঐনা হায়খিবশিং অদুগীদমক্তা ঐবু ঙাকপিয়ু। করম্না ফত্তবা ৱাখলসি ঐঙোন্দা পাইশিল্লক্লিবনো ঐহাক জ্ঞান তাদে।" মতাংদুদা রামনা হায়রকই—"লক্ষ্মন, ঐখোয়না লাল্লক্লিবা মফমদু 'সুর্পনখা'গী য়াকাবুংনি।

সুর্পনখানা অদ্বাইগী উরুমশিংদা হেক হেক পোত্থাবনি। মফমদু মঙোন্দগী থোক্লকপা ফত্তবা নুংশিংনা পুমথন থল্লি। মদুগী শউমশিং অদুনা নঙোন্দা ফত্তবা ব্রাখল পোকহল্লকপনি। মফম অদু হেক লাম্বোক্লকপদগীদি নংগী নশাগী ওইবা নগুণশিং অদু থোক্লকপনি। মরম অদুনা ফত্তবা য়াকাবুং ওইবা মফমদা চৎলুরবদি মীদু মফমদুগী ভাইব্রেসননা য়ৈদুনা ফত্তবা ওল্লকই। মফম হায়বসিসু য়াম্না চেকশিনগদবনি।

(২) ফত্তবা সঙ্গ হায়বসি ফত্তবা ফীভমসু খংনৈ। ফত্তবা ফীভম নাম্বোক্লবা হোৎনবা তাই। বুদ্ধদেবগী ইহান হানবা পাওতাক্তি "ফত্তবা সঙ্গ থাদোকউ" হায়বসিনি। নোংমা বুদ্ধদেবনা নহা ওইরিবা পরুব্রা খরগা লোয়ননা পরিক্রমা তৌরম্মী। মী খরনা লম্বীদা বুদ্ধদেববু করেম্নরম্মী। নহারোল য়াম্না মাংহল্লে ক্রিটিসাইজ তৌরম্মী। বুদ্ধদেবনা মখোয়বু ঙাংনিংবমখৈ ঙাংহল্লম্মী; বদনাম তৌরিবশিং অদু মহাক্না তুমিন্না তারম্মী। অদুগা ব্রাহে অমফাওবা হায়দনা তুমিন্না মফমদু থাদোক্লম্মী। মাগী শিষ্যশিং অদুনা চম্মনরদুনা করিমত্তা খুম্মদ্রিবা অদু করিগীনো হংজখি। বুদ্ধদেবনা হায়রকখি।

> "য়েৎলকপসি খুম্বিদ্রবদি, ক্রিটিক্তুদা ফত্তবশিংদু হঞ্জনজে।
> য়েৎলকপদা শাওবিদ্রবদি, ক্রিটিক্তুদগী হেন্না চাউরবনি।
> শাওরুরবদি, ক্রিটিক্তুগী থাক্তা নেম্না কুমথরক্লবনি।"

অসুম্না মওং তাদবা ফীভম মায়োক্লরবদি, করিসু য়েৎনরুবা তৌদনা নাম্বোকপা তাবনি।

তাঞ্জা-মেঞ্জা য়েংগদবনি হায়বগী অতোপ্পা খুদম অমসু লৈরি। মমাকনিপা কংসবু হাৎখিবগীদমক জরাসন্ধনা কৃষ্ণদা লান হেক হেক তারম্মী। শাওবনা মৈ হৌদুনা জরাসন্ধনা হেক হেক লাকপা খুদিং, কৃষ্ণনা লান্দগী চেল্লম্মী। অসুম্না তোইনা তৌশিল্লক্লবদা, করিগীনো কৃষ্ণদা হংনরকখি। কৃষ্ণনা হায়খি—ঐনা চেল্লিবসি কিদুনা চেনবা ওইনা খনগনু। ঐনা মাবু খুদক্তা লোয়শিনবা ঙম্মী; অদুবু মতাং চাদ্রি হায়দুনা তৌবনি। মাগী অশাওবসি হেক হেক হৌহন্দুনা মাগী মপাঙ্গল চিংথোকপনি। অমুক অমুক শাওবদা থা অহুম অহুম চৎকদবা ইনর্জি মাংঙিবনি। মীওইবগী অশাওবা মখল ৪ শুই। অফবা

মীনা শাওবদি ঈশিংদা ইবগুম্বনি। কুইনা খক লৈরোই। অনীশুবা কাংবুগী অশাওবনা লৈঙোয়দা ইবগুম্বনি। মীকুপ অমদা চামথোকপা য়াই। অহুমশুবা কাংবুগী অশাওবনা নুংদা য়েকপগুম্বনি। মতম খর কুইরগা মুৎখিনি। মরিশুবা কাংবুগী অশাওবদি ষ্টিল প্লেটতা ইবগুম্বনি। মৈদা শৌদোকহন্দুনা, নৌনা অমুক শাদোক্ত্রিমখে মুৎপা লৈরোই। জরাসন্ধ অকোনবা মখলগী অশাওবা লৈবা মীগী শাইওন্নি। 'সুম্না মাগী শক্তি খর খর চিংথোক্নুনা অরোইবদা, মাগী অরোইবা পুংফম লাকখি। ভীমবু মক্রাং শেগায়হল্লগা হাৎহনখ্রিবদুনি। মনাই ভীমগী অপাম্বা তানবা শিনখিবনি।

(৩) ফত্তবা চিঞ্জাক্কী মরমদা অমুক তাবিসি।

ঐখোয়না চারি-থক্লিবশিং অসিসু অফবা ওইহনবা তাবনি। চারিবা পাত্রসু, থোংঙিবা পোৎসু, থোংঙিবা মওংসু লোয়নমক অফবা ওইহনবা তাবনি। *(পাত্র সুদ্ধি, পদার্থ সুদ্ধি, পকা সুদ্ধি)* মহাভারত লান লোয়রবা মতুংদা ভগবান কৃষ্ণনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টিরনচিংবা পাণ্ডব মচিনমনাও মঙা লোয়নদুনা শর শৈয্যাদা নুমিৎ ৫৬নি চুপ্পা হিপ্পুনা নুমিৎনা উত্তরায়ন্দা থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈরিবা ভীষ্মগী নাক্তা লাকখি। দ্রৌপতীসু লোয়নরকখি। কৃষ্ণনা তাকপিবগী মতুংইন্না, রাজনীতিগী মরমদা, ধর্ম্মরাজনা মবুধৌ ভীষ্মদা হংজখি। ভীষ্মনা লৈবাক ঙাকপগী নিয়ম ময়াম তাকপিরম্মী। করম্না অফবা নিংথৌ ওইগনি তাকপিরম্মী। তাঞ্জাদুদা দ্রৌপতীনা মতোমতা ফাক-ফাক নোক্লকখি। মচিন মনাও মঙানা মঙোন্দা খানা য়েংলমখি। "দৌপতীদি হৌন-লোনচৎ খংবী নুপীনি। মানা নোক্লিবসি মরম লৈরমগনি; করিগীনো হংঙু" হায়না ভীষ্মনা হায়রকখি। করিগী নোক্লিবনো হংবদা, দ্রৌপতীনা খুম্মকখি—"অসুক কুইবা কৌরবশিংনা পানবা কান্দা ধর্ম্মনীতি, রাজনীতিগী অচুম্বা অমত্তসু তৌহল্লমদ্রগা, পীতামহ ভীষ্মনা পাওতাকশিং অসি ধর্ম্ম কায়দবা পাণ্ডব মচিন মনাওদা পীবগী কান্নবা করিনো? ধর্ম্মগী ৱাংমদা লৈবা মীদা পীগদবা পাওতাক পাণ্ডবতা করিগী পীবনো?

চহী ১২৬ শুরবা অহল ওইরবা ভীষ্মনা খুম্মকখি— চুম্মি, অসুক কুইবসি ঐনা দুর্য্যধনগী মচাক মরন চাদুনা লৈবদগী ঐঙোন্দা য়াওবা 'সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি, প্রেম, অহিংসা' হায়বা মীওইবগী অফবা গুণ ময়ামদু ময়াই চম্মুরে। ধর্ম্মগী

ব্বাখল লৈখাদা লুপ্পুরে। হৌজিক্তি নপুরোইবা আর্জ্জুনগী তেন্না থাবদগী, হকচাংদগী চেন্থরকপা 'ঈ'শিং অদুগা লোয়ননা, ঐঙোন্দা লৈরম্বা ফত্তবা ব্বাখল পুম্নমক মপান থোকখ্রে। হৌজিক্তি স্বতিক গুন্না ঐগী ব্বাখল, থম্মোই, হকচাং পূম্বা শিনথুংলে। তশেংনমক চাবা থকপা হায়বসিনসু মীওইবগী ব্বাখলদা অকনবা ঈথিল পী। প্রভাব তাই তাক্লি। গীতাগী ১৫শুবা আধ্যায়গী ১৪শুবা শ্লোক্তা ইরিবা চারমদাইদা শোনগদবা 'ব্রহ্মার্পনম'দা য়াওরি—

*"অন্নম ব্রহ্ম, রসো বিষ্ণু, ভোক্ত দেবো মহেশ্বর।"* চিঞ্জাক হায়বসি ব্রহ্মানি। মচংদুনা বিষ্ণুনি। চারিবদুনা মহেস্বরনি।

*"পচামি অন্নম চতুর বিধম।"* ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক মখল মরিমক্তা—হায়বদি, শাইদুনা চাবা, য়োৎতুনা চাবা, লেক্তুনা চাবা, চিংখত্তুনা চাবা— পুম্নমক্তা ঈশ্বর অহুম (Divine Trinity) য়াওরিবনি। অদুগুম্বা ঈশ্বরদা কৎচরগা চাবা চিঞ্জাকশিংসি, চাবা তুম্নবা সিষ্টেমদা লৈরিবা *'বৈশ্বনর'*না মৈগী শক্তম লৌদুনা চাকথেকই। অদুনা চারিবা চিঞ্জাক্না ঐখোয় মীওইবগী ব্বাখলদা অকনবা প্রভাব তাই হায়বসি অরেপ্পনি। চাবদা চেকশিনবা হায়বসি সঙ্গ নীতিগী নিয়ম অমনি।

লোইশিল্লকপসিদা বুদ্ধদেবগী ব্বাফম অমত্তং থমজরি। চহী তরুক চুপ্পা ধ্যান তৌরুরবা মতুংদা বুদ্ধদেবনা লাওথোক্লকখি— *'সর্ভম সরনম গচ্ছামি'*। (ঐগী লৈজবা পূম্বা কখোকচরে।) অদুগা শক্লকখি—

*বুদ্ধম সরনম গচ্ছামি।*

*সঙ্গম সরনম গচ্ছামি।*

*ধর্ম্মম সরনম গচ্ছামি।*

বুদ্ধিবু ফজনা শেংদোকউ। সমাজগী থবক্তা শীজিন্নৌ। মদুতনা পুরক্কনি 'অচুম্বা ধর্ম্ম'।

# ৮

# সাই এদ্যুকেয়ার—পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবা ঈশ্বরগী খুদোল

*ফেব্রুৱারী ২, ২০০৯ ইং*

হৌজিক্কী পৃথিবী অসিবু ৱারিবরা, নুংঙাইরিবরা? লুখ্রবা ৱাহংনি, পাক খুম্বা য়াদবা। অদুবু সত্য সাই বাবানা লায়না পাউখুম পীবিরি। "ভক্তশিংনবুদি লাইশঙশিংদা শোন্নরি—'শিবোহম, শিবোহম।' ঐ শিবনি, শিবনি হায়না। মীয়াম্নদি সমাজসিদা তেংথারি—'শবোহম, শবোহম।' ঐ শিরে, শিরে হায়না।" 'ৱারে, ৱারে; মীয়ামসে ৱারে।'—রেদিওদা, টিভিদা, খবরদা লাউরি, ঊৎলি, ইনরি। ২১ শুবা শতাব্দীগী বেদনি হায়না খঙনরিবা 'ফন্দামেন্টেলস ওব শ্রীসত্যসাই ইদ্যুকেয়ার' হায়বা লাইরিক্কী ভোল্যুম ১,২,৩,৪ মক্কী ইন্ট্রোদক্সনদসু ইরিঃ 'In the present age, the human Race at large, is in turmoil. People are in confused state. There is turmoil, unrest, trials and tribulations on a large scale everywhere.' শম্না হায়রবদা, কাং-খোং চাইরে পৃথিবীসে; নে-না তাদবা হায়বদু ওইরে পুন্সিসে। করিগীনো? করম্না কোক্কনি?

হিরন্যকশিপুনা মচা প্রহ্লাদ কৌরম্মী অদুগা হংঙম্মী—"নহাক্কী ওজা চন্দা অমসুং অমরকানা নঙোন্দা করি করি তম্বিরবগে?" প্রহ্লাদনা

খুম্মকখি—“পাবুং মহারাজ! গুরুদেবশিংনদি য়াম্না তম্বিখরে। ঐনদি পুন্সিগী পন্থুং মরিখক্তং খঙজরকই। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ।” “করিগীনো মখোয়না ধর্ম্ম অমসুং মোক্ষ তাক্লিবা? অর্থ, কামতনি খঙগদবদি” হায়দুনা অশাওবা উৎলম্মী। মপাবুংনা অমুক মখা তাথরকই—“শিক্ষা পৃম্বগী মচংসি করিনি হায়না নঙনা লৌবগে?” প্রহলাদনা হায়খি—“শিক্ষা পৃম্বগী মচংদি—*ওঁ নমঃ নারায়ণননি।*” পাউখুমদু হেক তাবদা হিরন্যকশিপু খংশাউ শাউরম্মী। মচাবু লৈবাক্তা ঈম্থুরম্মী। মদু শোনগনু কন্না লাউরম্মী।

অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক্কী বিদ্যাবু তাথীবসি ঙসি ফাওবদা লৈনরি। মিনুংশি চেন্নবা; নুংশিবা ফাওনবা; ঈশ্বরদা শক্তি লৈনবা, সহারা-সহনাভুতিগী মচল—মচেৎ অমা ফাওবা ঙসিগী শিক্ষাদা য়াওদ্রে। “আধ্যাত্মা বিদ্যানম।” (আধ্যাত্মিক্কী বিদ্যাতনা অশেংবা বিদ্যানি) কাউথোক্লখ্রে।

তশেংনমক, ‘স্প্রিরিচুয়েলাইজেসন ওব এদ্যুকেসন’ গী ৱাফমদি য়াম্না থাপখ্রে। অদুবু ঐখোয়গী শিক্ষাগী পথাপ অসিদা নীতি-শাস্ত্রগী তঙাইফদবা (ethical exigency) অমদি লৈরে হায়বসি ফাওনরকপদি কুইরবনি। ভারতকী ‘ফিলোসোফর কিঙ’ নি হায়নরিবা ডা. সর্ব্বপালি রাধাকৃষ্ণননা য়ুনিভর্সিটি এদ্যুকেসন কমিশনগী চেয়ারমেন ওইবা কান্দা (১৯৪৮-৪৯), ধর্ম্মগী পাউতাক-পাউজেল স্কুলগী লেবেলদা হাপচীনখি। অদুবু ভারততি সেকুলার ওইবা লৈবাক্লি হায়দুনা খৃমাঙ চাওশিনবা ঙমখিদে। খৃ. ১৯৬৪-৬৬ তা কোথারি এদ্যুকেসন কমিশন লাকপদগীদি ‘ধর্ম্ম অমগা অমগা পাউ হোদোক্লনবা’ হোৎনবনি হায়দুনা ধর্ম্মগী ৱাফম এদ্যুকেসন করিকলমদা হাপ্পা য়াহল্লকখি। শ্রীঅরবিন্দো আশ্রমগী মাদর্স স্কুল, রামকৃষ্ণ মিসনগী স্কুল, চিনমায়া স্কুল মথং-মথং লাকখি। মমাঙঙৈগী ভারতিয়া বিদ্যাগী পাউজেল—“*সত্যম ৱাদা, ধর্ম্মম চারা।*” (অচুম্বা ঙাঙউ, ধর্ম্ম চৎলু।) হায়বা ৱাফমদুগী মমি খরা খরা তম্বা হৌরক্লবরা খন্ননীংঙাই ওইরক্লি।

অৱাবসি করম্না কোক্লনি? ঐখোয়না ঈরাৎচরিবা স্বামীসিগী তোপতোপ্পা মগুণ অমত্তং হায়বা তারবদি, লুর-লুরবা কয়াবু লায়থোকহনবসিনি। (transformation of profundity to simplicity)

সাইসি সিমপ্লিফায়রনি হায়বা য়াই। মপোক কয়া চঙনা পাঁবদা লোইবা ঙম্নরোইদবা আধ্যাত্মিক্কী লাইরিক ময়ামগী সরাংস, ভগবান বাবানা ঐখোয়দা তাকপিরি। খূদম ওইনা হায়রবদা, মহর্ষি বেদ ব্যাসনা ইবিরম্বা পুরাণ ১৮ বু ৱাহৈ পরেং অমদা শূপচীল্লি। "*পরোপ কর পুণ্যায়, পাপয় পরপীদানম।*" মতম চূপ্পা মীগী মতেঙ পাংঙু, মীগী থম্মোয় খক নাহনগনু। (Help Ever, Hurt Never) মতৌ অদুগুম্না পৃথিবীদা লৈরিবা অৱা-অনা পূম্নমকসি কোকহন্নবা, 'গোল্ডন ইরা' অমা শাগৎনবা এদ্যুকেয়ার হায়বা অনৌবা কনসেপ্ট অমা পুথোক্লকখি। দিক্সনারীদা য়াওদবা ৱাহৈনি। সন্না শাববু গোল্ড স্মিথ হায়নবগুম, বাবাসু তশেংনমক ৱার্দস্মিথনি। অনৌবা প্রোগ্রাম অসি EHV-Education on Human Values হায়না খঙনৈ। *মানব অভ্যুদেয় শিক্ষণসু* কৌনৈ। মীবু অশেংবা মী ওইহন্নবনি; পৃথিবীদা শান্তি অমসুং পরশান্তি পুরক্লবনি। বিদ্যাদা বেদগী ৱাখল্লোন হাপচীল্লগা মীওইবগী নুংদা লৈবা গুণ ময়াম্বু ফৃগায়না শাৎহন্নবা থৌরাঙনি। মীপূম খূদিংদা মকা লাম্না থোক্লক্লবনি—'*সত্য, ধর্ম, শান্তি, প্রেম* অমসুং *অহিংসা*।'

হান্নগী 'এদ্যুকেসন' দি কোক্কী বিদ্যানি; অনৌবা 'এদ্যুকেয়ার' সিনা থম্মোয়গী বিদ্যানি। One is information-oriented, another is transformation-oriented. অমনা হিংনবনি। অমনা, পুন্সিগী পম্বুংগীনি। অমনা শক্তি পীরি; অমনা ভক্তি পীরি। অসুম্না সেকুলার এদ্যুকেসন্না মীবু অচাউরম কাহল্লি; স্প্রিরিচুয়েল এদ্যুকেসন্না মীবু অফবা ওইহল্লি। প্রমাণ অমদা হায়রগা, বাবানা তাকপিরি-সেকুলার এদ্যুকেসন্না মপানগী বম্বনি। স্প্রিরিচুয়েল এদ্যুকেসন্না মনুংগী করেন্তনি। মনুংগী করেন্ত য়াওদনা মপানগী বল্ব লৈবগী কান্নবা করিনো? ৱাংনা পাইনবগীদমক উচেক্লা মশা অনী দরকার ওইবগুম অমসুং য়াঙনা চেন্নবগীদমক ত্রেন্না তালী অনী দরকার ওইবগুম-মনুং অমসুং মপানগী বিদ্যা অনীমক দরকার ওই। মপান্দগী চঙশিলহনবা বিদ্যাগী মথক্তা, নুংদগী চিংথোক্লকপা বিদ্যাসু দরকার ওইরকই। অসুম্না ককঙাওনরবা পৃথিবীবু নৌহৌনা শেমগৎনবা থৌরাঙনি 'সাইগী এদ্যুকেয়ার'।

মসিগী অচুম্বসি উৎননবা বাবানা মতাঙসিদা পেরেবল অমা থম্বিরি। অঙাং অমনা মপাগী ব্রান্ড মেপ অচৌবা অমা মচেৎ মচেৎ শেগায়রম্মী। মপানা য়াম্না শাউরম্মী। মদুদা অঙাংদুনা চেজেৎশিং অদু খোমজীন্দুনা নপশীন্দুনা শেম্বা লাক্লরম্মী। ফনা কন্না হোৎনদুনসু পৃথিবীগী মেপ অদু মওং তাবা ঙম্লমদে। মমৈদা মেপ অদুগী ওন্ন-তৈনবা মায়কৈ অদু য়েংঙুবদা মীগী শক্তম অমগী মচেৎ মচেৎ তারবা লাই ওইরম্মে। অমদনা নাতোন, অমদনা মনা; সিদনা মখোঙ, আদনা মমীৎ অসিনচিংবা, অসিনচিংবা। অদুদগী মাঙোন্দা ব্রাখল অমা খংলাক লাকখি। চেজেৎশিং অদু মানা মথক-মখা ওম্হোক্লম্মী। মীগী মশাগী মচেৎ-মচেৎশিংদু মওং তানা শেমজীন্দুনা মীগী ফোটো অমা তাহল্লে। মদুগী মতুংদা অমুক হন্না মথক-মখা ওম্হোক্লুনা য়েংবদা পৃথিবীগী মেপ অদু মওং চপ চানা তারম্মে। মতৌ অসুম্না বাবানা তাকপিখি-ব্রারবা মতমসিদা, পৃথিবীসি মচেৎ মচেৎ তারবা কালসিদা পৃথিবীসি অমত্তা ওইনবা উপায়দি মী খুদিংমক অসি 'wholesome man' ওইহনবনি। মপূং ফারবা মীওই ওইহনবনি। অসিদগী হেন্না শম্বা উপায় লৈত্রে। মসিদনি 'এদ্যুকেয়ার' লাক্লিবসি।

**এদ্যুকেয়ারগী য়ুনিভর্সিলিটিঃ**

ব্রাখল্লোন অসি ভারত্তগী নত্তে, পৃথিবী পুম্বগীনি। মদুগী প্রমাণ-খ: ১৯৭৮ গী ভিদিও টেপ ইন্তরবিয়ু অমদা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা হায়বিখি-কৃষ্ণনা লৈরম্লিবসি চহী ৫৮৬৮ গী মমাঙদনি। রামনা চহী ১৫,০০০গী মমাঙদা লৈরম্মী। মতমদুদা বৈজ্ঞানিক সাক্ষী অমত্তা লৈরমদে। অদুবু য়াম্না থুনা গুজরাতকী সমুদ্র মপানগী সমুদ্র লৈনুংদগী দ্বারকা সহরগী অতেক-অকায় ময়াম ফংখি। পুরাণদা হায়বগী মতুং ইন্না কৃষ্ণনা থুপখ্রবা মতুংদা দ্বারকাসি সমুদ্রদা লুপখিবনি। ঐখোয় লোইনমক্না তানরবা ব্রাফম্লি। রামগী মতাঙদসু অদু মঙায়। সাক্ষী সাবোন লৈরমদবনি। হন্দক্তা সেতেলাইত পিকচর লৌবদা সমুদ্রগী লৈখাদা থোনগৎপা লম্বেল (কোজ ৱে) অমা ফংখি। ইন্দিয়ান পেনিনসুলাগা শ্রীলঙ্কাগগী মরক্তা লৈবা সেতুবন্ধদা রামনা শারম্বা থোং লুপশিনখিবদুনি লৌনরি। অসুম্না অনৌবা প্রমাণ কয়া পুথোক্লরকপদগী ঐখোয়না হান্না থাজনরম্বা কয়া হোৎলক্লি। রাম, কৃষ্ণগী ব্রারী মাইথোলোজীনি খন্নবা লাল্লক্লি।

বল গঙ্গাধর তিলক্না পুথোক্লকপা 'আর্কতিক হোম ওব দ বেদজ' হায়বা থিওরী লাকপদগী থাজনরমদবা কয়া থাজনরক্নি। হেন্না মরা চেৎশীন্নক্নি। খৃষ্টনা পোক্লদবা চহী ১০,০০০ গী মমাঙদা বেদ লৈরম্মে। অৱাংথংবা য়ুরোপকী উত্তর মেরু বৃত্ত (সব-আর্কতিক জোন) ময়াদা লৈরম্মী। উনগী য়ুগকী প্রলয় ঈচাওদা অয়াম্বা মাঙখ্রে। চীনথাঙ য়েনা লাকপা জ্ঞান ওইনা খরা হিংহৌবতা মঙায়রে। মদু খারোমদা খৃষ্টনা পোক্লদবা চহী ৮০০০ গী মমাঙদা লাকখিবনি—ভারত্তা, খা ভারত্তা, এসিয়াদা অমসুং সাউথ ইষ্ট এসিয়াদা। অসুম্না,

ক। বেদ, সংস্কৃত অমসুং সভ্যতাদি ভারত্তা আর্য্যশিংনা খৃষ্টনা পোক্লদবা চহী ১,৫০০ গী মমাঙতদা পুরকপনি হায়বা ইতিহাসকী ৱাফমসি লাল্লক্নি।

খ। বেদগী সনাতন ধর্ম্ম (Eternal Path of Righteousness) হায়বসি লিরবা ইন্টর-গ্লেসিয়েল পেরিয়দতগী হৌনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা খঙনরক্লবনিনা, বেদসি ভারত্তগী লননি লৌনরম্বসি য়ারক্তে।

গ। জিয়ুশিংগী ফাওরবা জেক শেমেশনসু ধর্ম্ম পূম্নমক্কী মরুদি বেদনি; পূম্নমক্না শন্দোক্লিবসি সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি, প্রেম অমসুং অহিংসা অসিনি হায়বা ফাওবা মোত পীনরক্নি। য়ুনিভর্সেলাইজ তৌরক্নি।

পূম্নমকসিদগী ডা. হরিহর অমসুং ডা. হিরামালিনিনা মখোয়গী লাইরিক 'এদ্যুকেয়ার ফোর পেরেন্টস, টিচরস এণ্ড স্টুদেন্টস" গী ৱারোইশিন্দা ইরি- 'এদ্যুকেয়ার' হায়বসিনা তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম ময়ামগী ঈচেলসি 'সনাতন ধর্ম্ম' হায়বা ঈপাকসিদা অমুক লোইনা পূল্লরগনি। *"নদিনম সাগরো গতি।"* ঈচেলশিংনা ঈপাক্তা তিল্লবগুম, মচোই-মচোই তারিবা কাঙলূপশিংসি অমত্তা ওইহল্লরগনি। মদুদতা মঙফাওনরক্লনি বাবাগী 'গোল্ডন ইরা'। ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী সংকল্প।

**এদ্যুকেয়ারনা পীরিবা মীওইবগী নুংদা লৈবা গুণ মঙাগী কুপথবা অর্থঃ**

"হৌজিক্কী শিক্ষা (এদ্যুকেয়ার) গা মরী লৈনরিবসি পৃথিবীগতনি। অশেংবা শিক্ষা (এদ্যুকেয়ার) দি মীওইবগা মরী লৈনগদবনি।" ঈশ্বরগী ঙমথঙনি হায়নরিবা ওল ইন্দিয়া প্রেসিদেন্ত (এ আই পি) শ্রীনিভাসন্না

খৃ. ২০০৮ গী ৱার্ল্ড এদ্যুকেসন কনফরেন্সতা হায়খি। ৱাফমসি ভগবান বাবানা য়াম্না থাগৎখি। তশেংনমক, অশেংবা শিক্ষাদি ইশাবু মশক তাকপনি। 'ঐ' সি 'ঐ' নি খঙহনবনি।

মসিগী লুপ্তবা রহস্যসি মীওইবগী নুংদা লৈবা গুণ মঙাদা য়াওরিবা 'সত্য' সিদং নৈনরগা খঙগনি। 'সত্য' হায়বসি 'সৎ' (অরেপ্পা) হায়বসিদগী লাকপনি। মফম-মতমগী মতুং ইন্না অওনবা লৈত্রবা হায়বনি। "The Eternal Unchanging One" হায়বনি। মসিবু ওইথোকপ্রা? ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী ফাওবা তত্তনা হোংঙি; লৈবাকশিংসি তত্তনা তাউথরি। সমুদ্রগী লেবেল ৱাংখৎলক্লি। হিমালয় চীং চাউখৎলক্লি। মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং ফাওবা তত্তনা ওল্লক্লি। নুমিৎ খুম্নি খুদিংগী উনশাগী অনৌবা মরোল লাক্লি। থা মরি খুদিংগী রেদ ব্লদ সেল অনৌবা ফংঙি। পৃথিবীগী খুৎশেম খুদিংদা হোংদবা অমত্তা লৈতে। অসিগুম্বা হোংদুনতা লৈবা খুৎশেমসিগী ৱাংমদা, পূম্নমক্কী হৌফম ওইবা, পূম্নমক্কী লোইফম ওইবা অমা লৈরি। মদুবু সত্য কৌই। ঈশ্বরসু কৌই। প্রমাণদি- 'Sound of Music' তা Julie Andrews না শক্লিবদুনি—"... nothing comes from nothing; nothing ever could..." ("...লৈতবদগী অরৈবা লাকপা য়াদে; খকলাকখিবা লৈতে...") কোন্টম ফিজিসিষ্ট ময়াম্নসু মদুমক হায়রি। মফম-মতমগী মনুংদা লৈরিবা মেতর (মপং ওইবা পোৎশক) শিং অসিগী ৱাংমদা, মফম-মতমগী ৱাংমদা লৈবা য়ুনিফাইদ ফিল্ড হায়বা অমা লৈরি। জেরো এনর্জীসু হায়নৈ। মদুদগী পূম্নমকসি লাকই অমসুং মফমদুদা পূম্নমকসি তিনখি। পোল্লকপা মতমদা হকচাংদা য়াওরকই, শিবা মতমদা হকচাংদু থাদোকখি; য়ুনিফাইদ ফিল্ড অদুদা অমুক তিনখি। That is the Eternal Unchanging One—the indweller in every one and everything. মদুনি 'সত্য' হায়রিবসি। মদুনি 'ঈশ্বর' হায়রিবসি। অদুনা ভগবান বাবানা হায়বিরি—

সত্য হায়বসু ঈশ্বরনি।
ধর্ম্ম হায়বসু ঈশ্বরনি।
শান্তি হায়বসু ঈশ্বরনি।
প্রেম হায়বসু ঈশ্বরনি।

হায়রিবা মীওইবগী গুণশিংসি নুংদা থূপ্পুনা লৈবা ঙাক্তনি। মপান্দা লৈতে। নুংদা লৈবা গুণশিং পুথোক্লকপদুনি এদ্যুকেয়ার হায়রিবসি। এদ্যুকেয়ারগী মতেঙনা পূম্নমক অমত্তা ওইগদৌরিবনি।

অমুকসু ভগবান্না মখা তাথবিরি- "Initially I alone existed beyond time and space. In order to LOVE Myself, I separated Myself from Myself and from my own Being sprang forth all creations by My Will." শেম্লক্লিবা ফোর্সসি 'নুংশিবা' নি। আত্মা অমগা আত্মা অমগগী মরী, আত্মাগা পরমাত্মাগী মরী-পূম্নমক নুংশিবনা পুল্লিবনি। মরমদি 'নুংশিবা' হায়বসি আত্মাগী মওং অদুনি। মীওইবগী গুণ পূম্নমক্কী নুংদা 'নুংশিবা' য়াওরিবনি। অদুনা বাবানা তাকপিরি--

> ৱাঙাঙদা নুংশিবা য়াওবদুনি 'অচুম্বা' হায়রিবসি।
> থবক্তা নুংশিবা য়াওবদুনি 'ধর্ম্ম' হায়রিবসি।
> ৱাখলদা নুংশিবা য়াওবদুনি 'শান্তি' হায়রিবসি।
> পাউ হোদোক্লবদা নুংশিবা য়াওবদুনি 'অহিংসা' হায়রিবসি।

প্রবন্ধসিগী নৈনবদি মতাঙসিদা লোইরবনি। অদুবু ৱাফম অহুমখক্তংগা খঙমিন্নখিসি। অহানবদা, এদ্যুকেয়ারগী মরমদা নৈনবদা ডা. আর্ট ওং জুমসাইগী মরমদা খরদং পল্লমদ্রবদি মপূং ইফা ফাদনা উই। অদুনা মহাক্কী মরমদা খরদং থমজগে। জুমসাই আমেরিকাগী নাসাগী অফাওবা সাইনটিষ্টনি। বেঙ্কোক পার্লিয়ামেন্তকী মেম্বর অহুমলক ওইরম্মবনি। খৃ. ১৯৯৮ দা আর্ট ওংনা বেঙ্কোক্তা সত্য সাই এদ্যুকেসনগী স্কুল অমা লিংখৎখি। শ্রীসত্য সাইগী *মানব অভ্যুদেয় শিক্ষন* (Human Value based Education) হায়বা ৱাখল্লোল শন্দোক্লম্মী। খৃ. ২০০০ গী সেপ্টেম্বর থাদা অন্তরজাতিগী ওইবা কনফরেন্স অমা আর্ট ওংগী স্কুলসিনা শীন্দুনা প্রসান্তিদা পাঙথোকখি। লৈবাক ৭৮ দগী অখঙ-অহৈ ৬৫০ না শরুক য়াখি। শিক্ষাগী মরমদা হৈ-শিংলবা পণ্ডিত কয়া শরুক য়াখি। অস্ট্রেলিয়াগী ডা. রোজর পাকখম, আমেরিকাগী য়াসিন শঙ্কর। কি-নোত এদ্রেসতা য়াসিন্না হায়খি— "সত্য সাই বাবাসি গ্রহসিদা লৈবা হৌজিক্কী নীতি শাস্ত্রগী খ্বাইদগী চাউবা

গুরুদেবনি।” তশেংনমক, মীফম অসি হ্যুমেন ভেল্যুবু য়োকখৎপা শিক্ষা পথাপকী ইহান হানবা অন্তরজাতিগী ওইবা কনফরেন্সনি। মদুদা আর্ট ওং জুমসাইনা ব্রা ঙাঙবদা হায়খি—EHV হায়বদি 3H হায়বনি। অহানবগী H না হার্তনি, অনীশুবগী H না হেদনি, অহুমশুবগী H না হেন্দনি। হায়রিবা হার্ত, হেদ, হেন্দ অহুমসিবু হার্মোনিয়সলী থম্বা ঙম্বা মীদু মপূং ফাবা মী কৌই তাকপিখি। বেদনসু লাউরি-*“মান্নস য়েখম, বচন য়েখম, কর্মন য়েখম মহাত্মানম।”* (The man whose thoughts, words and deeds are in perfect harmony is a noble soul.) তশেংনমক, খল্লিবদু ঙাঙবা তাই। ঙাঙঙিবদু পাঙথোকপা তাই। অদুবু ওইরবদি মীদুদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর য়াওরবনি। ‘দিভাইন ত্রিনিতী’ হায়বদু ওইরবনি। অদুনা গুদ পিপলবু গোদ পিপল হায়নরিবনি।

অনীশুবদা, ফার্স্ত সাই য়ুনিভর্সিটিগী ফার্স্ত ভি সি ওইরম্বা ডা. ভি কে গোককনা হায়রম্বা অমা তাবীসি— তিচিং তেক্নিক মঙা হায়বদি প্রেয়র, ভজন, সাইলেন্ত সিতিং, স্তোরী তেলিং, গ্রুপ এক্তিবিতিজ অসি শীজিন্নদুনা বাল বিকাস প্রোগ্রাম পাঙথোক্লরিবনি। চহী ৫ দগী ১৩ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংবু চহী ৯ চূপ্লা তৌবা কোর্সনি। মসি চৎথরকপদগী অঙাংশিংদুদা অফবা অভ্যাস ময়াম লাকই। মশা মশাগী মপূক্লীংবু মপূং ফানা লাকশীনবা ঙম্মকই। মাস্তর মাইন্দ ওইরকই। নুংদা লৈবা গুণশিং মপূং ফানা ঙাম্থোক্লকই। দ্যুতি, দিসিপ্লিন, দিভোসন, দিতর্মিনেসন, দিস্ক্রিমিনেসন হায়বদি— মঙাসি মপূং ফানা উৎলকই। মীওইবগী কন্সসনেস লেবেল ব্রাংখৎলকই। শম্না হায়রবদা, বাল বিকাসকী তিচিং তেক্নিক মঙাসিনা “catalyse the growth of a right thinking, right speaking and right acting generation.” শঙ্করগী কোক পানবা, বুদ্ধগী থম্মোয় চেনবা অমসুং জনক্কী খূৎ লৈবা মীরোল অমা থোক্লক্লবা মপূং ফারবা মোদুল হায়বদু ওইরক্লি। মোদুলসিনা মরম ওইদুনা মীওইশিংবু নুংদা লৈবা গুণশিংদুগী রিসেপ্তর ওইহনল্লী। ’সিদা নত্তনা মীপূম তিংনা গুণশিংদু য়ৌহন্নবগী ভাইব্রেতরসু ওইরকই। শব্দোক্লবগী রেদিয়েতরসু ওইরকই।

অহুমশুবদা, মসিগা মরী লৈনবা-অঙাংশিংদা স্বামীনা য়াম্না তোয়না লীবা ৱারী অমা অমুক তাবীসি—

মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মাগী শিংঙবা মন্ত্রী অমসু লৈরম্মী। নোংমদি মখোয়নী ৱারী শাদুনা ফম্মিঙৈদা, মনাইশিংনা চানবা হৈ-রা খরা পুশিল্লক্লম্মী। ছুরি পায়দুনা খায়রুবদা নিংথৌদু মখূৎ শোক্লম্মী। মন্ত্রীদুনা নিংথৌগী অশোকপা মফমদু বেন্দেজ য়েৎশীল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী।—"ৱাবিরুনু ইনিংথৌ, পূম্নমক ঈশ্বরনা ফনবা শিল্লকপনি।" নিংথৌদু শাউরম্মী। লৈবাক্কী মপূ ওইরিবা ঐগী খূৎতা শোকপবু, হৈ-পা শারদুনা ঐগী ফনবনিকাক মানা হায়জশারি! "মন্ত্রীদু বণ্ডিশঙদা থাজীনখো"—য়াথং তাউথরক্লম্মী। সন্ত্রীশিং অদুনা মন্ত্রী অদু ফানবা চঙলকপা কান্দসু, মন্ত্রীদুনা হায়খি—"ইনিংথৌ! ঐ করিসু নুংঙাইতবা তৌজদে। মসিসু ঐগী ফনবা শীনবিরকপা ওইরমগনি।" মদু তাবদা নিংথৌ অদু অমুক্কা হেন্না শাউরম্মী; ফী-ফী কামম্মী।

মথংগী নুমিৎতা, নিংথৌ অদু জঙ্গলদা শাদানবা চৎলম্মী। মহাক লম্মাঙনরম্মী; মাগী মপাঙশিংদগী কায়নরম্মী; জঙ্গলদুদা লৈবা উপ-জাতি খরনা মাবু ফারম্মী। খুল্লাকপগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী। খুল্লাকপনা মহাকপু বলি কৎনবা পুরোহিতকী মনাক্তা পুরো তাকপিরকখি। মখোয়না বলি তৌনবা মী থিরিঙৈদা লাইগী নোংদমদগী নিংথৌদু ফংঙুবনি। পুরোহিতনা 'লানফা' অদু বলি কৎপা য়াবা মীরা য়েংঙবা মতুংদা বলি তৌরো হায়রকখি। অদুবু শঙলিংবশিংনা হাৎননবা থাঙ পায়দুনা লাক্লবা কান্দদি মখূৎতা য়েৎলিবা বেন্দেজ উরকখি; "ঙাইখো" লাউরকখি। বলি কৎকদবা মীদি অশোক-অপন করিমত্তা য়াওদবা মী ওইগদবনি; নিপাসিদি য়াররোই। মখূৎতা অনাবা লৈরে। পুরোহিতকী ৱা তাবদা, খুল্লাকপনা নিংথৌ অদু থাদোক্লম্মী। নুংবঙনরুরবা নিংথৌ দশা কোক্লে খঞ্জখি; মাগী মন্ত্রী অশিংবদু নীংশিংলকখি। মন্ত্রীদুনা হায়খিবা ৱাদু কয়াদা চুমখ্রবনো খল্লকখি। খূৎ শোকপদুননিকো ঐনা হিংঙক্লিবসি খল্লকখি। মাগী অশিংবা মন্ত্রীবু বণ্ডিশঙদা থমজিল্লুবদু নীংঙল্লক্লমদে। কোনুংদা থুনা য়াঙনা হল্লক্লম্মী। মন্ত্রীদু থাদোক্লম্মী; চেজেৎ কোনশিল্লম্মী, অদুগা লাল্লে হায়জরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা নিংথৌদুনা মন্ত্রীদুদা হংঙম্মী-ঐনা খঙদবা অমা লৈরি। নঙবু বণ্ডিশঙদা থম্নবা হায়বা কান্দা 'মসিসু ঐগী ফনবনি' হায়না নঙনা হায়খিবদুগী অর্থ করিনো? মদুদা মন্ত্রীদুনা খুম্মকখি-ইনিংথৌ! ঐবু বণ্ডিশঙদা থম্নমদ্রবদি শাদানবা চৎপদু ঐগা শোয়দনা লোয়নরমগনি। ঐখোয় অনীমক ফারমগনি। খূৎ শোকপদু উবদগী ইনিংথৌবু

থাদোক্লক্কনি। ঐঙোন্দদি অশোক-অপন অমত্তা য়াওদবনিনা বলি কৎপা য়াবা মীনি হায়দুনা মখোয়না ঐবু ফাজীনগনি। মদুনা ঐগী পুন্সিগী অরোইবা ওইরমগনি। মরম অদুনা ঐবু বণ্ডিশঙদা থাজীনবা অদু ঐগীদি খ্বাইদগী লাইবক ফবা হায়বদু ওইরিবনি।

অসুম্না সাই এদ্যুকেয়ারনা মীওইবদা তোপ তোপ্পা মওংগী অওনবা অমা পীরক্কনি। ঈশ্বরনা তম্মক-তম্মকপবু থাজবা, খাঙবা কনবা, পেম্ছোকপা হায়বা পোজ্জিতিব ওইবা গুণশিংসি মীওইবদা লাক্কনি। মশাগী থাজবা লাক্কনি। লমচৎ-ব্যবহার ফজরক্কনি। মশাদা অকিবা ফাওরক্লোই। অসিগুম্বা মীওইদা ফাওগদবা হায়ববু পাপ্পু কিজবখক্কনি। "*দৈব্য প্রীতি, পাপ ভীতি, সংঘ নীতি।*" ঈশ্বরবু নুংশিজবা, পাপ্পু কিজবা অমসুং সমাজগী নিয়ম ঙাকপা-মীদাশিং অসিগী গুণ ওইরক্কনি।

অসুম্না বাল বিকাসতগী লোকবিকাসতা তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্লুনা মীপৃম-খৃদিংগী থম্মোয়দা ধর্ম্ম চেল্লক্কনি। স্বামীনা তাকপিরি—

ধর্ম্ম চেল্লবদি, মীওইবগী লোনচৎ ফজনরক্কনি।
লোনচৎ ফজনরবদি, ইমুং মহী লাওঙরোই।
ইমুং ঈংঙবদি, লৈবাক ঈরাং লৈরক্লরোই।
ঈরাং নেম্লবদি, পৃথিবীদা শান্তি লাক্লনি।

অদুননি হন্দক্তা খৃ. ২০০৮ গী জুলাই তাং ২০দা প্রসান্তি নিলয়মগী সাই কুলবন্ত হোলদা পাঙথোকখিবা শ্রীসত্য সাই ব্রান্ড এদ্যুকেসন কনফরেন্সগী হৌদোকপগী দিসকোর্সতা ভগবান বাবানা অচৌবা এসুরেন্স অমা পীবিখ্রিবদু— "ঙসি ঐনা হায়রিবসিনি— লাক্কদৌরিবা চহী ২৫ দগী ৩০ ফাওবগী মনুংদা পৃথিবী পুম্বসি অমত্তা ওইরগনি— জাতি অমত্তা। ধর্ম্ম অমত্তা। অমসুং ঈশ্বর অমত্তা।"

অসুম্না মোত খেন্নবা পুম্বা থাদোক্লরক্লুনা, ঐখোয় পুম্বা অমত্তা ওইরগনি। বেদশিংনা মতম কুইনগী মমাঙদগী লাউদুনা লাক্লবা ব্রাফম্লি।

"*একম্ সত্ বিপ্রহ বহুধা বদন্তি।*"

(অরেপ্পদি অমত্তনি, অহৈ-অপা শাবশিংনা তোঙান-তোঙানবা মিং থোঞ্জবতনি।)

মরম অদুনা পৃথিবীগী অখণ্ড-অহৈশিংনা বাবাগী 'এদ্যুকেয়ার—ই.ঐচ.ভি.' প্রোগ্রাম্বু 'His Magnum Opus' নি হায়নরি। মাগী খ্বাইদগী চাউবা দাননি লৌনরি। তশেংনমক, সাই এদ্যুকেয়ার—পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবা ঈশ্বরগী খুদোলনি।

# ৯

# সায়ত্রী ঃ মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র

*আগষ্ট ২৪, ২০০৯ ইং*

"মী হায়বসি কনানো? শিবা নাইবা ঈশ্বর।
ঈশ্বর হায়বসিনা কনানো? শিবা নাইদ্রবা মী।"
-হেরা ক্লিতস।

মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিগী পন্থুংসি কদাইদনি হায়সিগে? পুন্সি হায়বসি ঙাইহাক্কীনি। শিখ্রগা লোয়রবা পুন্সিনি। অদুনা হিংলিঙৈদা নুংঙাইথোকপনা চুল্লবরা? "চাউ, থকউ, নুংঙাইথোকউ।" (eat, drink and be merry.) নোংচুপলোমগী 'হেদোনিষ্ট' শিংনা চহী কয়াগী মমাংদগী লাউদুনা লাক্লি। নোংপোকলোমদসু অদু মঙায়। চর্বাক্কী মোত্না হায়রি — "যাবৎ জীবেৎ সুখং পিবেৎ; ইরনং কৃতৱা ঘীতং পীবেৎ।" (হিংলিঙৈদা নুংঙাইনা লেম্থোকউ; শেল লৈত্রবসু শোংলগা ঘী চাও।) চুম্মু চুল্লবরনে মসিবু? পোকপসু অমুক্তনি। শিবসু অমুক্তনি। শিরগা লোইরে মীওইবা। উৎতগীবু ঐখোয় অমুক হিংগৎলকখিগদ্রা!

মসিগী ওন্ন তৈনবদা, সাই ধর্ম্মগী দর্শণ শাস্ত্রনা তোপ-তোপ্পা পুন্সিগী অর্থ অমা থিন্দুনা তাক্লক্লি। খোঙফম শোইবদগী ঐখোয়সি পোকপা শিবগী

চক্রদা লৈদুনা লৈরে। কয়ারক পোকখ্রে; কয়ারক পোক্লকখিগনি। মীওইবনা পোক্লিবসি তাইবংপানগী ওইবা নুংঙাইবা ফংনবদগীদমক্তা নত্তে। সংসারগী ওইবা মায়াদা লুপ্তুনা লৈনবা নত্তে। মীওইবগী আত্মানা মুক্তি ফংখিনবগী খুদোংচাবা তাঙ্গানি। বাবানা তাকপিরি — "মীনা পোক্লিবসি অমুক মী ওইনা পোক্তনবা হোৎনহৌনবনি।" (A person is born to learn how not to be born again.)

ধর্ম্ম ধর্ম্ম হায়নরিবসি মসিনি। জীবাত্মানা পরমাত্মাদা সমর্পণ তৌনবা চৎপা তীর্থযাত্রা 'দুনি। ইন্দিভিজুয়েলাইজ সোলনা ওমনি সোলদা তিন্নবা চৎপা খোঙচৎ। হোমরগী 'ওদিসেস' না লানফমদগী ময়ুমদা হনবা— চত্তবা ইয়া য়াদ্রবা 'ওদিসি' দুমক্লি। শাংখ্রবা লুখ্রবা খোঙচৎদুমক্লি। 'সিগুম্বা লুরবা শাংলবা খোঙচৎসি মায় পাক্লবগীদমক, সাই বাবাগী মোত্তা, মচল অহুম চংঙি— মন্ত্র, মন্ত্র, তন্ত্র।

মন্ত্রঃ- কাল অহুমদা হায়বদি অয়ুক্তা, নুমিৎ য়ুংবদা অমসুং নুমিদাংৱাইদা শোন্নবা 'মন্ত্র অহুম'—সাই ঈশ্বরীয়া গায়ত্রী মন্ত্র, সাই সুর্য্য গায়ত্রী মন্ত্র অমসুং সাই হিরন্যাগর্ভ গায়ত্রী মন্ত্র।

যন্ত্রঃ- সাইগী আধ্যাত্মিক্কী লমবু ময়েক শেংনা খংনবা মপাম্বোংগী শকফম্ (phenomenology), মনুংগী ধর্ম্মতত্ত্ব (theology) অমসুং চৎনবী রুহি (principles of praxis) 'পুম্বা কুপ্না মালচিত্র ওইনা য়েক্তুনা উৎলিবা নক্সা অদুবু 'যন্ত্র' হায়না খংনৈ।

তন্ত্রঃ- সাইদা খুরুমজগদৌবা মওং (Methodology of Sai Worship) হায়বদি খোঙথাং তরেৎ লৈবা সাই পুজাগী মথং-মনাও পরেং অদুবু 'তন্ত্র' কৌই।

অসুম্না, শোনগদবা মন্ত্র অহুম, চৎনবী রুহি ময়াম, থাংগদবা খোঙথাং তরেৎ— মখোয়সিবু পূন্না বাবানা কৌই; — *"সায়ত্রী: মন্ত্র, যন্ত্র, তন্ত্র।"*

## সাই মন্ত্র

ওঁ ভূর ভূব স্বঃ- গায়ত্রী মন্ত্রসি বৈদিক যুগতগী হৌরদুনা মীওইববু মুক্তিগী লম্বীদা লমজিংনবগী মহামন্ত্র ওইনা লৌনগ্নক্লি। অদুবু কলি যুগ য়ৌরকপদগীদি ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা পীবিরক্নে— অনৌবা মন্ত্র অমা। গায়ত্রী মন্ত্র নত্তবা সায়ত্রী মন্ত্র। *সাই ঈশ্বরয়ী গায়ত্রী মন্ত্র, সাই সুর্য্য গায়ত্রী মন্ত্র অমসুং সাই হিরণ্যগর্ভ গায়ত্রী মন্ত্র।* অহুম্মক অমত্তদা য়াওরবা শেংলবা 'সায়ত্রী মন্ত্র।' অয়ুক্কী মতম, নুমিৎয়ুংবা মতম অমসুং সন্ধ্যাগী মতমদা, মৈতৈ লাইনিংদা মঙাং, লুৱাং অমসুং খুমন লাই অহুম্মু খুরুম্নরম্বগুম, সাই লাইনিংগীসু কাল অহুমগী গায়ত্রী মন্ত্র অহুম'সি লৈরে।

*সাই ঈশ্বরয়ী গায়ত্রী মন্ত্র:*

নোংমা শেংখ্রবা নুমিৎ অমদা (খৃষ্টমাস ইভ: ডিসেম্বর ২৪, ১৯৭৭ দা), শেংখ্রবা মফম অমদা (বৃন্দাবন, ভগবান বাবাগী লৈফম হৱাইট ফিল্ডদা), শেংখ্রবা পুংফম অমদা (বাবামক্না লেংবিরক্তুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জামক্তদা)—ঈশ্বরগী থৌইনশিন্দগী মাইবী লাইফাওগুম্না—বৈদিক্কী পণ্ডিতনি হায়নরিবা গান্ধীকোটা সুব্রমান্য শাস্ত্রীজীগী মচিন্দগী থোক্লকখি—*সাই ঈশ্বরয়ী গায়ত্রী মন্ত্র।* ত্রেতা যুগতা ব্রহ্মঋষি বিশ্বামিত্রনা মতম কুইনা তপস্যা তৌরবা মতুংদা ব্রহ্ম গায়ত্রী মন্ত্র মচিন্দগী থোক্লকখিবদুগা চপ মান্নে শোন্নখি। হায়নখি।

বাবাগী ভজন খুদিংগী মমাংদা মাপল্লক শক্লরিবা মন্ত্র অদুমক্নি। "ওঁ *সাঈয়ী শ্বরায়া বিধমহে। সত্য দেবায়া ধীমহি।। তন্নঃ সর্ব্বঃ প্রচোদয়াৎ।।।"* (সাই অসি ঈশ্বরগী লাংঙোন্নি। অচুম্বগী শক্লোন লৌরিবা ঈশ্বরসিবু খুরুমজরি। মুক্তিগী লম্বীদা ঐখোয়বু লমজিংবিয়ু নীজরি) মৈতৈগী মঙাং লাই খুরুম্বগী মওংদা অয়ুক্তা শোনগদবনি। অয়ুক ঙন্তা অশিবগী পাংখক ওইনা তুম্মুবদগী হৌগৎলকপা, পুক্লিং-হকচাং ইতেক তেকখৎলিঙৈ মতম অদুদা *সাই ঈশ্বরয়ী গায়ত্রী মন্ত্র* শোন্নবগী চপচাবা মতমনি।

*সাই সুর্য্য গায়ত্রী মন্ত্র:-*

চহী ৫,৫০০ গী মমাংদা ব্যাসদেবগী মচা ইবুংঙো শুকদেব গোস্বামীনা ইবিরম্বা *'শুকনাড়ী'* হায়বা লাইরিক্তুদা, হান্নদা থম্বীরম্নবা অদুগা

চপচাননা, ভাদ্র থাগী, কৃষ্ণপক্ষ মতমগী তরুকনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭.০৫ দা প্রসান্তিদা উপদ্রব অমা থোকখি। চপচানা মতম অসিদা শ্রী সত্য সাইনা কৈলাসকুল্লবা মহাক্কী লৈফমদগী, সনা মচুনা ফুদোংলবা মাগী দোলায় তোংদুনা সূর্য্যদেবগী রথ খোংনেৎনদুনা, বৈকুন্থগী মশক ওইরবা প্রসান্তি মন্দিরদা লেংথোক্লকখি। বাবাগী ভক্ত'চা ময়াম্না চিংদুনা লেংথোক্লকপনি। বাবাগী লৈফম অদুগী ভারনধাগী পিল্লরশিং অদু শিব-নটরাজগী অয়েকপা মুর্ত্তিনা লৈতেংঙি হায়দুনা কৈলাসকা প্রমাণ তৌরি। মতৌ অদুগুম্না, প্রসান্তি মন্দির অদুসু বিষ্ণুগী 'দশ অবতার' গী তসবীর ময়াম্না লৈতেংঙি হায়দুনা বিষ্ণুগী বৈকুন্থগা প্রমান তৌরি।

সূর্য্যদেবগী রথ হায়রুবগী মরমদি বাবাগী ফম্নবা সনামচুগী সিংহাসন অদু স্নামচুগী পে না থাকন ওইনা খনবতা নত্তনা, সিংহাসন অদুগী মনিংদা সূর্য্যদেব মানবা সনাগী পুখম অচৌবা অমনা লৈতেংঙি। মকোক মরি পানবা ব্রহ্মাগী স্নাগী মুর্ত্তি অমনা সারথিগী ফমফমদা থল্লম্মী। ব্রহ্মানা শিবগী সারথি ওইখিবগী ৱাফম—আদি-পবর্বগী ৱারী লাইরিক্তা য়াওরি। মমাংঙৈদা শিবনা শক্তিগা লোয়ননা তমথিরবা হিংচাবা 'থ্রিপুরা আসুর' হাৎনবা চৎখিবদা বৈকুণ্ঠদা লমদনখি অমসুং ব্রহ্মানা মাগী সারথি ওইখি।

অসুম্না অয়ুক্কী নুমিৎনা তরং তরং থোক্লকপা, ঙাংলৈনবা মশেক মঙালনা মায়কৈ পূম্বা পুমঙান ঙালহল্লবা মতম অদুদা, বাবানা মাগী ঙাংলৈনবা ফিজোন্দু শেত্তুনা মাগী লৈফমদগী লেংথোক্লকপসি অঙকপা পুক্লিং শুদ্ধাৎনিঙাই ওইবা দৃশ্য ওইখি। সেহনাই খোঞ্জেলগী তান্থাদা থীরিবা বেদমন্ত্র ময়ামগী শেংলবা খোঞ্জেলনা সাই কুলৱান্ট হোল অদু পুমনিন নীল্লম্মী। মথুম মরাং হৌরবা মপুক্লিংদা কনাগী ইথিল য়াওদনা, *সাই ঈশ্বরয়ী গায়ত্রী মন্ত্র* সুভা রাওনা মতোমতা শোঞ্জবা হৌরকখি। সাই বাবানা সূর্য্যদেবগা লৈনরিবা মরীসি মপুক্লিংদা ঙকপা হৌরকখি। মথম্মোয়দা ইথিল কয়া ফাওরকখি। অমরোমদা সাই ঈশ্বরয়ী মন্ত্র, অমরোমদনা সূর্য্যগী মন্ত্র অনীনা ঙাইহাক থৌরী পান্দোং হাইনখি। খংহৌদনা নোংথাংনা কুপ্পগুম মপুক্লিংদা ঙাল্লকখি—অনীমক্লা পুনশিল্লবা মন্ত্র অমা। সূর্য্যমন্দলদা লেংশিল্লিবা বাবাবু ধ্যান তৌজরুবদা, খল্লুবা লৈতনা মতোমতা থোক্লকখি মাগী থম্মোইদগী—*সাই সূর্য্য গায়ত্রী মন্ত্র*—

*"ওঁ শ্রীভাস্কারায়া বিধমহে*
*সাই দেবায়া ধীমহি*
*তন্না সূর্য্য প্রচোদয়াৎ।"*

(সাইসি মতোমদা লংনা ঙানবা ঈশ্বরনি। মহাকপু ঐখোয়না সাই সূর্য্য হায়না খুরুমজরি। মুক্তিগী লম্বীদা ঐখোয়দা মঙাল পীনবিয়ু নীজরি।) মৈতৈগী লুব্রাং লাই খুরুম্বগুম, নুমিৎ চপযুংবদা মন্ত্র'সি শোঞ্জনবগী চপচাবা মতমনি তাকপিরি।

সাই *হিরন্যগর্ভ গায়ত্রী মন্ত্র:*

খৃষ্টাব্দ ১৯৯৯গী মহাশিবরাত্রি নুমিত্তা বাবানা মহাক্কী চাকখাওদগী মা মচুগী লংলবা লিঙ্গ অমা পুথোক্লকখি। মশাগী ঈনা শঙ্গোম ওম্থোক্লগা মচাগী মমুক থন্নবা হোৎনরিবদু মাতৃপ্রেমননি। লৈশেমঙৈদগী লৈরক্লবা লক্ষনানি। মতৌ অসুগুম্না, দৈব্যপ্রেমসু 'লিঙ্গ'গী মশক লৌদুনা বাবাগী খোয়দৌদগী হৌরক্লগা য়েৎথংবদা লৈরিবা আধ্যাত্মিক্কী থম্মোয়রোমদা ফাওরগা-থোক্লকই। লিঙ্গ অসি উচেক-ব্রায়াগী মরুম, মীওইবগী পিন্দ (human embryo), বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডগী মশক্লুম্না য়েরুম মওং মাল্লি। মসিবু উজবা মীওইদি মুক্তি ফংনবা আধ্যাত্মিক্কী শক্তি ফংজরবনি —বাবানা তাকপিখি।

সত্য সাইগী মচিন্দগী পুথোক্লকপা সনা মচুগী লিঙ্গ অদু হেক উবদা, গান্ধী কোটা সুভা রাওগী মথম্মোইদা মঙাল অমা খংফাও ফাওরকখি। খংহৌদনা মন্ত্র ওইনা মচিন্দা থোক্লকখি—'সাই হিরণ্য গর্ভ গায়ত্রী মন্ত্র'

অহানবদা, বাবানা দিল্লীদা লেংঙকপদা মী লিশিং লিশিংনা দর্শনগীদমক্তা হাজল্লকপা দৃশ্য'দু মমিত্তা শংশং উরকখি। নুংশিবগী অঙকপা য়োৎচাবীগুম উজখি। বাবাদি তশেংনমক নুংশিবগী শাইওন্নি। প্রেমগী শক্তমনি। অদুনা *সাই হিরণ্য গায়ত্রী মন্ত্র*গী অহানবা পরেংদা থোক্লকখি — "ওঁ প্রেমাথ্ মানায় বিধমহে।" (সত্য সাইদি নুংশিবগী শক্তমনি হায়বদি ঐখোয়না খংঙে।)

অনীশুবদা, প্রেম নৎত্রগা নুংশিবগী তত্ত্ব ময়ামগা লোয়ননা থোক্লক্লিবা লংলবা সনা মচুগী 'লিঙ্গ' য়াওবা হিরণ্যগর্ভনি বাবাদি। অদুনা মন্ত্রসিগী অনীশুবা পরেংদা থোক্লকখি— *"হিরণ্য গর্ভায়া ধীমহি।"* (স্না মচুগী গর্ভ লৈরবা ঈশ্বর নঙোন্দা খুরুমজরি।)

অহুমশুবদা, উপনিষদশিংদা হিরণ্যগর্ভগী অতোপ্পা মমিং অমদি 'সত্য' নি হায়রি। সত্য হায়বসি তারাদা চৎলিবা মৈগুম্বনি। 'প্রেম ' হায়বসিনা মদুদা ঙালহল্লিবা বলবনি। অসিগুম্বা সত্য অমসুং প্রেম হায়বসি হিরণ্যগর্ভগী মূলতত্ত্বনি। প্রিন্সিপলনি। অদুনা অবতার অসিগী অতোপ্পা মমিং 'সত্য' হায়নসু খংনৈ। অসুম্না অহুমশুবা পরেংদা থোক্লকখি—*"তন্না সত্য প্রচোদয়াৎ।"* (অচুম্বগী ঈশ্বর নহাক্না মুক্তিগী লম্বীদা চৎপদা, ঐখোয়বু উৎসাহ পীনবিয়ু।) মৈতৈ লাইনিংগী খুমন লাইবু খুরুমজবগুম, সন্ধ্যা য়াচংবদা শোনগদবা মন্ত্রনি তাকপিরি।

নিংশিংবা য়াবদি—অহুমশুবা পরেং অসি খুৎ থারমদাইদা করি ব্রাহে হায়গদৌবনো খঞ্জানরিঙৈদা, বাবা মশামক্না হাপচিনবিরকখি হায়রি। মদুদা গান্ধীকোটা সুভারাওনা তশেংনমক ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফাওজখি। মমাংঙৈদা জয়দেব কবিনা খুৎ থাবা ঙমদ্রবা কান্দা, শ্রীহরিনা গীত গোবিন্দগী অরোইবা পদ, লোন্না ইশিনবিরম্বদু নৌহৌনা নিংশিংজখি।

বাবাদা কখোকচরিবা মন্ত্র অহুম্মক, ব্রহ্ম গায়ত্রী মন্ত্রগুম্না, শেংলবা বৈদিক ছন্দদা ইবনি। মন্ত্র অহুম্মক পরেং অহুম অহুম্না শাই। পরেং খুদিং ময়েক নিপান নিপান লৈ। অদুনা মন্ত্র খুদিংমক পূন্না ময়েক কুন্মরি ওই। 'সিগুম্লবা সায়ত্রী মন্ত্র খুদিংমক ব্রহ্ম গায়ত্রীগুম্না শরুক অহুমথোক্না খায়দোকপা য়াই। অহানবা পরেংনা, মতিক মগুণ শীংথাজবা। অনীশুবা পরেংনা, শক্লোন্দুদা ধ্যান তৌজবা। অহুমশুবা পরেংনা, মুক্তিগীদমক প্রার্থনা তৌজবা। অসুম্না সাই মন্ত্র অহুম্মক ব্রহ্ম গায়ত্রী মন্ত্রগা মগুণ চপ মান্নে উৎলি।

সায়ত্রী মন্ত্র অহুমক্না জীবাত্মাবু পরমাত্মাগা মরী শাগৎনবা অকনবা ঈথিল পী। মীওইবগী জ্ঞান্দগী দৈব্য জ্ঞান্দা লানশিনহল্লি। থোং লানবগুম

লানশিনহল্লি। ঐখোয়গী হপ্পবা থাক্কী হকচাংসি অৱাংবা থাক্কী হকচাং ওইবা ঈশ্বরদা পুনশিলহল্লি। মসিদা লাক্লিবা অহোংবা অসি মীওইবগী হকচাংগী মরোল অহুম্মক্তা পীরকই। স্থুল দিহেদা, সুক্ষ্মা দিহেদা অমসুং প্রানিক দিহেদা। যুবীগী অকনবা মকু, অথোৎপা মতোং অমসুং মনুংগী মহিদা পূন্না অহোংবা লাকপগুম, মথক্কী দিহে-মরোল অহুম্মকসিদা পূন্না লাক্কনি অহোংবসি। হোংবগী মতমদি— *বিশ্বা, থাইজস, প্রাজনা।* (মীৎ পাংঙিঙৈদা, মং মংঙিঙৈদা, শিখৈ তুম্মিঙৈদা)— মতম অহুমকসিদা। মসিনি সাইগী মংলান, অনৌবা যুগসিগী। বাবানা তাকপিরি—মদুতদা আত্মাদু 'থুরীয়া' (tras cendental state) দা লাক্কনি। মসি সমাধীসু কৌই। মতমসিদা আত্মাদু পরমাত্মাগা হকথেংনগনি।

## সাই যন্ত্র

খৃষ্টাব্দ ১৯৯৯ গী ওক্টোবর তাং ১১, নিংথৌকাবা নুমিৎকী শেংলবা অয়ুক অঙনবা (ব্রহ্মা মুহূর্ত) মতমদা 'সাই মন্ত্র' অসি গন্ধীকোটা সুভারাওনা য়েকখি। যন্ত্র'সি চিথেক মরি নাইবা বর্গক্ষেত্র কোর অমনা কোয়শিল্লি। ময়ায়দা *'সাই শিরোহম'* গী কেন্দ্র বিন্দু লৈরি। মসিবু সমবাহু ত্রিভুজ অমনা কোয়শিল্লি। বাহু (পাম্বোম) অমমমদা 'সত্যম, শিবম, সুন্দরম' হায়বা বাবাগী *'স্বরুপ লক্ষনা'* (inherent characteristics) অহুম অদু অমমমতা ওইনা থারি।

মপানগী বর্গক্ষেত্র কোর অদুগা মনুংগী ত্রিভুজ অদুগগী মরক্তা কোয়রোক কোয়বা বৃত্ত অহুম লৈ। মদুদা সাই গায়ত্রী মন্ত্র অহুম অদুসু অমমমতা ওইনা ইরি।

মথক্তা ঐখোয়না নৈনশ্রে, যন্ত্র হায়বসি সত্য সাইগী লাইনিং লম্বীগী মেপনি। মানচিত্রনি। নক্সানি। মরুওইবা মগুণশিং অদুবু খংনবা শোজেনি। মসিদা অবতার অসিগী দৈব্যগুণশিং— *'থাটসতা লক্ষনা'* (manifested aspects) অদু তরেৎ তরেৎনা খুজিং ওইদুনা ফোংদোক্লি। মদুবু সংস্কৃত্তা *'সপ্টাময়ী'* কৌই। পূন্না সপ্টাময়ী মাপন হাপলি। মরম অদুনা যন্ত্র অসি *'সাই সপ্টাময়ী'* হায়নসু খংনৈ।

মরুওইবা অনীখক্তং খনগৎচরি—*প্রয়োজনা সপ্টাকম* অমসুং *মহিমা সপ্টাকম।*

**(ক) অহানবদা, *'প্রয়োজনা সপ্তাকম'* হায়বদি সাইগী পান্দম তরেৎ:-**

সাই বাবানা মীওইবগীদমক পাঙথোক্কে নিংবা উদেশ্যশিংদি য়াম্না য়ামখ্রে। মখোয়শিং অদুবু তরেৎখক্তদা শুপচিন্দুনা শন্নপ্না উৎপিরি গান্ধী কোটা সুভা রাওনা। মদুবু শ্রীসত্য সাই অবতারগী পান্দম তরেৎ 'প্রযোজনা সপ্তাকম' কৌই। বর্গক্ষেত্র কোর অদুগী মনুংথংবা ময়া ময়াদা পান্দম তরেৎ'সি ইরি।

(১) *আকর্সনায়া সবর্ব জননম্:* মী পূম্নমকপু চিংশিনবা য়োৎচাবীগুম্না।

(২) *বিকর্শনায়চা দুর্শক্রত্যাম:* ফত্তবা ব্রাখল মাংহনবা। হাত্তোকপগী মহুত্তা হাবেংথোকপা।

(৩) *সংস্কার্রনায়া থামসি কানম:* কতনচুবশিংবু শেমদোকপিবা।

(৪) *সংস্কারনয়া রাজসি কানম:* রজগুন্দা ঙাওবশিংবু স্বতগুন্দা ওনশিনহনবা।

(৫) *উৎকর্সানায় সাধুনাম:* ধর্ম্মচেনবা মীওইশিংবু কনবিবা।

(৬) *সাক্ষাত কারায়চা ভক্তনাম:* ভক্তশিংদা বাবাগী দর্শন শংশংনা উৎপিবা।

(৭) সম্ভবামি পদে পদে: খোঙথাং খোঙথাং খুদিংগী মীওইববু ঙাকপী শেনবিবা। যুগ যুগকী অবতার তৌবা নত্তবা।

**(খ) মথংদা, 'মহিমা সপ্তাকম' হায়বদি সাইগী মহিমা তরেৎ:-**

মথক্কী পান্দমশিংদু পাঙথোক্লবা বাবানা অঙকপা লীলা কয়া কয়া শান্নরি, উৎপিরি, শন্দোক্লি। বাবানা অদু তৌরে, আদা তৌরে—পংঙাং ঙাংনৈ; পংই ইনৈ; পংশন শন্দোক্লে। পূম্নমকসিনা ঐখোয়বু পুমঙাও ঙাওহল্লি। "Bewilder our logical mind. But why all this? Why?

A hundred why's danced before our mind? অদুনা গান্ধীকোটা সুভা রাওনা য়াম্না শম্বা মওংদা বাবাগী শক্তিশিংসি তরেৎখক্তদা পুংশুপ শুপ্না ফোংদোক্লি।

সাই যন্ত্রগী মনুংদা লৈরিবা, সাই সুর্য্য গায়ত্রিনা কোয়শিল্লিবা বৃত্ত অমসুং সাই হিরন্যগর্ভ গায়ত্রী মন্ত্রনা কোয়শিল্লিবা বৃত্ত অনীগী মরক্তা লৈরিবা অহাংবা অদুদা লৈনা তরেৎ য়াওরি। বাবাগী অঙকপা মগুণ (মহিমা) তরেৎ লৈনাশিং অদুদা অমমমতা ওইনা ইদুনা উৎলি। *মহিমা সপ্তাকম* হায়না খংনৈ।

১) *আকর্সণ শক্তি* (Magnetic Miracle of Philanthropy): বিশ্বপ্রেমগী মগুন্না পীবা আকর্সন শক্তিনা বাবাগা থেংনরুবা মীওই অমত্তা বাবাদগী নাম্থোকখিদে; য়োৎচাবীগুম নপশিন্দুনা লৈখিবা ঙাক্তনি।

২) *সৃষ্টি শক্তি* (Materialisation Miracle): সংকল্পবু লৈরবদি হেক্তা ওইহনবা ঙম্বা সৃষ্টি শক্তিনা মরম ওইদুনা, বাবানা মালংদা মখুৎ হায়বদা থোকহন্নিংবা পোৎ হেক্তা থোকহনবা ঙম্মী।

৩) *রোগ নির্ভানা শক্তি* (Mind Boggling Medical Miracles): অশি-আনা কোকহনবা শক্তিনা হকচাংগী, ব্রাখলগী অমসুং পুক্লিংগী অনাবা পূম্বা কোকহনবতা নত্তনা অশিবগী খায়াত্তগী ফাওবা মনাই ভক্তশিংবু কনবিবা ঙম্মী। রাধা কৃষ্ণন, ব্রালটর কোরান অসিনচিংবা।

৪) *প্রচার শক্তি* (Mighty Metaphysical Miracles of teachings):- লুরবা আধ্যাত্মিক্কী জ্ঞানশিংবু মীয়াম্না লাইনা খংনবা, পণ্ডিতশিংনসু থাগৎনিংঙাই ওইবা মওংদা বাবানা ঐখোয়বু তম্বীরি। লুরবা দর্শনিক জ্ঞানবু অরাইবা মওংদা শন্দোক্লি।

৫) *লোক সেবা শক্তি* (Miracles of Monumental Mega Public Services) লেম্না লাইরিক তমহনবা (educare), লেম্না অনা লাইয়েংবা (medicare) অমসুং লেম্না থক্লবা ঈশিং ফংহনবা (Socio-care) অসিনচিংবা পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা মীয়ামগী সেবা অণ্ডকপা মওংদা তৌবিরি।

৬) *ব্যবহার দক্ষতা শক্তি:* (Micro/Macro Management Miracles):- পিশক পিকপদগী হৌরদুনা চাউর-চাউরবা থবক কয়াগী প্লান্নিং, পাঙথোকপা, শিন্দোক-শিঞ্জিন পূম্বদা হৈথোই শিংথোইবগী শাক্তি। নুমিৎ খজিক্তদা থাজবগী ৱাংমদা চাউর চাউরবা বিল্ডিং কয়া লোয়শিনবা শক্তিসিনা ঙমহল্লি।

৭) *পরিবর্ত্তণ শক্তি:* (Magnum Man Making Miracles) মীওই কয়াবু শেমদোকপিবা, শেংদোকপিবা অমসুং আধ্যাত্মিক্কী লমদা পুশিনবিবা ঙম্বা অঙকপা শাক্তি লৈ। খুদম ওইনা, বোঙ্কোক্কী ফাওরবা বৈজ্ঞানিক 'আর্ট ওং জুমসাই' ফাওরবা আধ্যাত্মিক্কী মীওই ওলহনখি।

অরোইবা, সাই চক্রগী মতোন্দা ওঁ থারি। পুরা মনুংদা লৈতে। মনুংদা অমসুং মথক্তা তংখায় তংখায় লৈরি। পরব্রহ্মদি তাইবংপানসি শন্না লৈরি; অদুগা তাইবং ৱাংমদসু লৈ হায়বা উৎপনি। ঋগবেদগী লাইশোন ঈশৈদা ঈশ্বরনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসি থুংনা কোল্লবা মতুংদা মহাক্কী খুৎশা তরা হেন্দোক্তুনা লৈ হায়নফাও উপমা তৌরি। মতৌ অদুগুম্না বেদ পুম্নমক্তসু পরব্রহ্মবু মশক তাক্লবা হোৎনবদা ইরি:

"*নেথি, নেথি, নেথি!*" ৱাহৈগী অর্থদি—'মসি নত্তে, মসি নত্তে, মসি নত্তে' হায়বনি। চপচাবা অর্থদি 'মসিদা নত্তে, মসিদা নত্তে, মসিদগী য়াম্না হেল্লি হায়বনি।'

নোংচুপলোমগী দর্শনিকশিংনা, মরুওইনা, জর্মনীগী ইমানুয়েল কান্টনা য়াম্না শাওরিবসি নোংপোকলোমগী ঈশ্বরদা ওন্নতৈনবা শক্তি (contradictory predicates) পীশনবা অসিনি। ইম্মানেন্ট ওই হায়রগা ত্রানসেনদেনতেলসু ওই হায়রিবসি করিগীনো? থোঙবু মতম অমত্তদা হাংসু হাংবা, থিংসু থিংবা য়াবরা? মাগী চাউরবা ৱাহংনি।

অদুবু হিন্দু ধর্ম্মগীদি ঈশ্বরদি লাইরদুনা, যোগ সিদ্ধি ফংলবা মুনি ঋষিশিং ফাওবা ত্রানসেনদেনতেল ওইবা ঙম্মী। মপানগী দিহে থাদোক্তুনা আত্মানা চৎনিংবা মফমদা কোয়রুবা অমসুং হল্লকপা ইঙম ঙম্মে। সাই বাবাসু

ময়ামগা হ্বারী শারিঙৈদা তুমিন্না সমাধিদা কয়ারক লৈখি। ভোপালগী মিলিটরী ওফিসার মতোমতা নোংমৈনা কাপশিঞ্জদুনা শিগে থৌরাংলকপদা বাবানা কোদাইকেনেলদা লৈনা লৈনা ওফিসার অদুগী থোংজিন্দা মাগী কলেজ তম্লিঙৈ মমান্নবা, মাগী নুপী অমসুং মনাই শাদুনা শক্লোন অহুম থোক্লা লাক্কুনা মনাইবু কনবিখিবগী হ্বারী লৈ। মহাভারত্তসু খুৎলায় থাদোক্কুনা দ্রোনগী আত্মানা অশোত্থামা শিবরা য়েংবা যম লৈবাক্তা চৎখ্রিঙৈদা, আর্জ্জুন্না মাগী গুরু দ্রোনগী লীরুংগী লীরিদা লীন অমুবা অমা উদুনা, মাগী গুরুবু লীন্না চিক্কদৌরে খন্দুনা তেন্না লীরি ককপদা লীরুংগী খোংজিনা মখৌরীদা লেংদুনা দ্রোনগী পুক্সি লোয়শিনখি। শিরবা দিহেদদি আত্মানা হঞ্জিনবা য়াখিদে। অরোইবা মহাসমাধি ওইখি।

নোংপোক নোংচুপকী ধর্ম্মদা খেন্নরিবসি মতাংসিদনি। নোংপোক্কী দর্শণ শাস্ত্রনা নোংচুপকী দর্শণ শাস্ত্রদগী হেল্লিবসিসু মসিদনি।

## সাই তন্ত্র

সাইদা খুরুমজগদৌবা মওং অদুবু তন্ত্র কৌই। মসিদা খোঙথাং তরেৎ লৈ। ভগবান শ্রী সত্য সাইদা সমর্পণ — পূর্ণসমর্পণ তৌবা ফংনবগীদমক মীওইবা ঐখোয়গী অওনবা (transformation) তরেৎ দরকার ওই। হকচাং, ইন্দ্রি, পুক্নিং, হ্বাখল, থম্মোয়, অহংকার অমসুং ইশা—তরেৎ অসিগী অওনবা চংঙি। মদুগীদমক সাই খুরুমজবগী মওং তরেৎ থোক্লা খায়রি।

১) হকচাংগী অওনবা পুরক্লবা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা *সষ্টাঙ্গ নমস্কার* তৌদুনা নোংমদা অহুমলক খুরুম্বা—অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং।

২) ইন্দ্রিশিংগী অওনবা পুরক্লবা সাই চক্রবু নোংমদা অহুমলক *আভানা* (invocation) তৌজবা।

৩) পুক্নিংগী অওনবা পুরক্লবা সাই শিববু তুমিন্না ধ্যান তৌদুন কাল অহুমদা খুরুমজবা।

৪) মীওইবগী অহংকার মাংহন্নবগীদমক অয়ুক্তা *সাই ঈশ্বরয়ী গায়ত্রী মন্ত্র* তরেৎলক শোন্দুনা ভগবান বাবাদা *নৈবিদ (নাইভেধ্য)* না লুক ওইনা কচ্চবা।

৫) ব্রাখল-লৌশিংগী অওনবা পুরক্লবা নুমিৎয়ুংবা মতমদা, *সাই সূর্য্যা গায়ত্রী মন্ত্র* তরেৎলক শোন্দুনা, সাই চক্রদা জল হৈথদুনা *অভিষেক* তৌজবা।

৬) নুংগী বিবেক শক্তিগী অওনবা পুরক্লবা সন্ধ্যাদা *সাই হিরন্যাগর্ভ গায়ত্রী মন্ত্র* তরেৎলক শোন্দুনা ঈশ্বরদা লৈ-শু কচ্চবা। *পুস্পাঞ্জলী* তৌজবা।

৭) ইশাগী আত্মাবু পরমত্মাগা পুনশিলহনবদি *সাই-ব্রহ্ম যোগত*না ঙমগনি। নুমিৎ খুদিংগী *'সাই শিবোহম'*—(ঐ সাই শিবনি)-হায়না তত্তনা *শোঞ্জবা* অমসুং *কর্পুরগী* মৈরীনা য়েৎওইননা মঙ্গলার্ত্তি কচ্চবা। মদুতদা ফংগনি অরোইবদা, অব্রাংবা থাক্কী নুংঙাইবা অমদা ইশাবু ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনবা। (State of oneness with Divinity in transcendental Bliss.)

তশেংনমক, সংসারগী মায়াবু থাদোকপা, চুশিনখ্রবা হৈনবীবু হন্দোকহনবা—অরাইবা নত্তে। সাধক অদুগী শাংলবা সাধনা চংগনি। 'সাইমন্ত্র' শোঞ্জবা তাই; 'সাই যন্ত্র' ধ্যান তৌজবা তাই; 'সাইতন্ত্র' অভ্যাস ওইহনবা তাই। মদুতদা ফাওরক্কনি মমৈদা আধ্যাত্মিক্কী মঙান। *'সাই শিবোহম।'*—ঐ সাই শিবনি হায়বগী স্বভাব। সাই লাইনিংনা অসুম্না ভগবান অমসুং ভক্ত অনীসি অরোইবদা অমত্তা ওইহনবা ঙম্মী হায়বসি উৎপিরি:- ("Yes, He is God," but more so, quite essentially, "So am I.")

"হোয়, মহাক ঈশ্বরনি," অদুবু মদুদগী অমুক হেনবদি,
মচি ওইবা মীৎয়েংদা, "অদুগুম্বা ঈশ্বরদু ঐসু ওইরবনি।"

*জয় সাই রাম!*

